# মিরাং

( অনীশুবা শরুক )

ডাঃ এল: মনীকুমার, সুরেম্বম


M.U. LIBRARY
Data Entered
BY ..................................

# Mirang

(Anisuba Sharuk)

By: Dr. L. Shashikumar, Yurembam

# মিরাং

(অনীশুবা শরুক)



| | | |
|---|---|---|
| অহানবা কোঙবা | ঃ | ২০০৫ |
| অকোঙবা | ঃ | নোঙ্গাখোলশীদমক, গৌরো খোঙামচানা |
| কোপী | ঃ | ৫৫০/- |
| মমল | ঃ | ১৪০/- ( লাইব্ররী এডিসন ) |
| কংফম থোকপা | ঃ | অইবা |
| মখুম | ঃ | কল্লেজন |



© অইবা

# ৱাফম খরদং

লীলা অসি অহানবা শরুক ফোঙবগা ঈরোয়ননা পুথোকচবা য়ারম্বনি; অদুবু শেন-থুমগী খুদোংচাদবা মাইয়োক্নখি। মতমগী য়াওন্দা অহোংবা কয়া লাকখিদবা নত্তে। মসিমক অইবশিংদা খ্বাইদগী খুদোংথীবনি। লীলা দ্রামা হায়বসিমক্তবু ষ্টেজদা, শুমাঙদা পুথোকত্রবদি মথৱায় য়াওদবগুমই; লোয়ননা মতম মতমগী য়াওন্দা পেন্দবা কয়াসু হোংলকই। ঐগী ওইনদি ফোঙবা ঙমলোইদবা ওইরবদি ঈনীংবগী আশাসু য়াম্না হঙ্গরকই। ইদুনা থমলুরগা ফোঙদোকপা ঙমদবসিমক লায়না মখল অমনি। মসি পূন্নমক্কী মথক্তা মতমগী ঈচেলনুংদা হায়জ-নোঙ্, ৱাচৎ-ৱানোম, শেঙ্গা-থুমজা হায়বসিসু হৌজিক্তি খম থেংনা বাংলক্রে। মসিমক যুগসিগী মীওই মরক্তা ঐগী খ্বাইদগী লাইবক থীবনি। অদুবু ইর্বদি পুর্ন্নীগী লেপফন্দ্রবা শিঙ্গানি।

মসিগী মথক্তা ঐগী থম্মোয়গী অপাম্বা অনীংবসি খঙবী উবিবদগী খ্বাইনা ইকাই খুম্নজরিবা নোহাখোলগী অচঙবা প্রসিডেন্ট ওজা গৌরো থোঙামচানা ফোঙদোক্নবগীদমক্তা মাইপুনবীদুনা ঙসিদি মঙফাওনরে। মসি পূন্নমক্কী মথক্তা ঐগী পামজবা কয়াসিদা নোহাখোলগী অচঙবা মেম্বরশিংগী মনুংদা ওঝা ঈবোয়াইমা, রাধেশ্যামনচিংবা কয়ানা তেঙবাঙবীদুনা এম আর প্রিন্টরসনা নম্বগী থৌদাং য়াবীদুনা ঙসিদি লাইরিক ওইনা মীয়াম মাঙদা পুথোকচরে। পূন্নমক্কী লমন অমদি তোনশিঙ্গরে। তেঙবাঙবীরকখিবা পূন্নমক্কী তৌবীমল কাউজরোই। লীলাগী লাইরিকসি লমদমসিগী মীয়ামদা শিন্নজরে।

ডাঃ শশীকুমার য়ুরেম্বম

য়ুরেম্বম

তাং ২/২/০৫ ইং

# নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপকী মায়কৈদগী

মতমগী পীবুক্লুংদা লেপ্পা লৈতনা থৌদোক-ৱাথোক মখল কয়াগী থোক্লি মীওইবা সমাজদা। অদুগা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক কয়াসিবু অইবশিংনা লেম্না খক মাওতন্দে। মীওইবগা সাহিত্যগা ঈরোয়ননা থাদোক্লবা য়াদবনা থৌদোকশিং অসিনা মচাক ওইরগা অইবশিংনা শৈরেং, বারেং, দ্রামা, উপন্যাস, ৱারী মচা, লীলানচিংবা কয়া ইদুনা মীওইবা জাতিবু য়াইফনবা লেপ্তুনা পাউজেল পীরি। ঐখোয়গী ডাঃ শশীকুমার সাহিত্যগী পোথোক কয়াদা খুৎ থারিবা অইবনি, লোয়নননা মাগী পামজবা খুৎইদি লীলা দ্রামানা মপুং ওই।

মাগী হন্দক্কী লাইরিকসিনা লুপসিগী ৪৫ শুবা পোথোক্নি। লোয়নননা অইবনা মীওইবা সমাজদা করম্বা পাউজেল পীরিবগে হায়বদু খঙবীনবা সাহিত্যবু নুংশিবীবা খুৎ ইরাগী মফমদা লাইরিকসি অসিগী য়াইফরবা নুমিৎসিদা শিন্নজরি।

গৌরো থোঙামচা

প্রসিডেন্ট,

নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ (নোহাখোল)

য়ুরেম্বম

তাং ১/২/০৫ ইং

**লীলাসিদা চঙবা মীশিং —**

*নুপাগী শক্তমদা —*

১ । ইবুংঙো — মতমগী মন্ত্রী, চহী ৭৫/৭৬
২ । নোরতোন — রাজনীতিৱালা, চহী ৬২/৬৩
৩ । ডাকু — মতমগী হৈশিংবা মন্ত্রী, চহী ৪৭/৪৮
৪ । রোবোট — মতমগী পুলিস অফিসার, চহী ৩০/ ৩১
৫ । ওকসন — মতমগী সরেন্দরি নহা, চহী ৩০/ ৩১

*নুপীগী শক্তম —*

১ । লৈমা — ৱাখল চোইরবী নুপী, চহী ৬২/ ৬৫
২ । থাজমানবী — চিফ মিনিষ্টরগী, নুপী, চহী ৩০/৩১
৩ । কেথবী — ডাকুগী মচানুপী, চহী ২৭/২৮

*লীলা শান্নবীনীংবশিংনা অইবগী অয়াবা লৌবীয়ু ।*

# অহানবা মতাং

মফমঃ লম্বী লমহাং মতম ঃ অয়ুক পূং মাপল তরা

*(লৈমা মশা য়াম্না নান্না, পুঙৌ ফনেক অমা শেং অঙৌবা ফিদুপ ইন্দুনা তপ্না খোরক্তুনা)*

লৈমাঃ হৌজিক মণিপুরগী প্রজা মীয়াম অসিবু করম তৌনা হিংনরিবনো ? (তুমীন চপ লেপ্লগা) অমত্তা পাউখুম পীবা ঙম্মোই। ঙস্কমসু খোক্তে। মীশি মীনা নোংমত্তা লেপ্তে; সরকার অসিনা করি তৌবি, মন্ত্রী এম এল এ অমত্তা চোংথোরক্তুনা প্রজাগী য়াইফবা পাউতাক অমত্তা পীয়ুনা। প্রজাশিং ফদি শুম্বগুম শুমগে খল্লিবা কয়াম চাউবা নখূৎনো ? (মায়কৈ শুনা ওন-ওন্দুনা হন্না হন্না লাউরকই; ইশি শিনা নোক্তুনা অমুক তুমীন্না লৈ) অচুম্বা তৌনি অফবা তৌনি চোংথোক্লিবা নহারোলশিংসু কৈদৌরবগে ? নখোয়সু মন্ত্রীগা মান্নরগা শেঙ্গাও অমা য়েন্নরিবরা ? লৈবাকসে মাঙবা তারে, মীবু শা ঙা হাৎপগুম হাৎনরবসিদা খঙ শিন্নদ্রিবা করিগীনো ? মী লৈত্রবদা মন্ত্রী ওইবা য়াখিগদ্রা ? কনা অমত্তা খুম্মোই। ঐ ইতোমত্তা লাউবা বাদুনা তোকচবা তারনি। ঐসু লাউরোই অদুবু পেনদি পেনখিদ্রেদা (লৈমগী মওং মতৌ য়েংদুনা নোরতোন লৈরম্বদগী চঙ শিল্লক্তুনা)

নোরতোন ঃ ইতৈমা, ইতৈমা ! করিনো তৌরিবদুবো ? লাউবগা ঙাঙবগা হকচাংদো য়াম্না চোকথরগনি।

লৈমাঃ (ইশি শিনা নোক্লগা) রাজনীতি তৌবা অঙাওবা! ওইজবা থিবদা, কান্নবা ফংনবা হোৎনবদা ইজ্জৎ পূম্বা মাঙনরে। অঙাওবা নমীৎ অনীদু লাওনা পাঙথোকউ। কাচিন কোয়া য়ৌনা য়েংউ (মতিন শীৎলি)।

নোরতোনঃ ইতৈমা, হকচাংদো য়াম্না শোহ্নুনা উরে। হোটেল অমদা অচা-অথক খরদং চামিন্নরুসিদনা ।

লৈমাঃ নঙবু কনানো ? মীগী অরাবা উরগা অরাবা ফোঙলিবা ? নঙ মী মান্দে।

নোরতোনঃ ঐবু নীংশিংবা থোকত্রব্রা ?

লৈমাঃ ঐ নখোয়বু নীংশিংনবা মতম লৈতে। লৈবাক প্রজাশিংগী মথং মথং খল্লিঙৈ। ঐগী ইচা মৈবাবা হল্লকপা ঙাইরিবনি ঙাইরিবা।

নোরতোনঃ মৈরাবদি কদায়দা চৎখিবা ?

লৈমাঃ মৈরাবসি মমাশিংদু নুংঙাইহনগনি হায়দুনা মহামন্ত্র লৌরুনি চৎখিবনি ঙসি ফাওবা হল্লকত্রি।

নোবতোনঃ মৈরাবা হল্লকপা ঙাইবা ওইনা হোটেলসিদা চা অমত্তা ওইরবসু থকমিন্নরুসি।

লৈমাঃ নঙসে ঐদি মিনুংশি য়াম্না লৈবা মী মাল্লুরে।

নোরতোনঃ ইতৈমা !

লৈমাঃ করম্বা মমানা নুংশিবা মচা য়াওদনা হোটেলদা অচা-অথক চানবগে ? চানরম্বা য়াই, থক্লরম্বা য়াই, মদুগুম্বা মমাদো ঐদি নত্তে। নঙ ঐবু শাঊজানুকো।

নোরতোনঃ ইতৈমদা ঐনা করিগী শাউরুগনি। শাউজদে শাউজদে।

লৈমাঃ ঙসিগী লৈবাকসে মওং অমদি তৌরেকো; ওইজবা থিনবদা কান্নবা ফংনবা হোৎনবদা ইজ্জৎ হায়বদু য়েংনদ্রে।

নোরতোনঃ চুম্মী চুম্মী ইতৈমা।

লৈমাঃ অশেংবদি অদুম লৈরি, অচুম্বদি মতম লৈবা খিবিক্তা চুমদুনতা লৈগনি: মালেমসিদা ইচা মৈরাবা, ইচানুপী থাজমানবী অনীখক লৈ ঐগীদমক।

নোরতোনঃ ঐসে থাজমানবীগী মপানি; মপা ঐবু শক খঙদ্রবরা ?

লৈমাঃ ঐ নঙবু কাউথোক্লুবে। থাজমানবীগী মপারা ?

নোরতোনঃ মানি, মানি; থাজমানবী মশক খঙবীরিবরা ?

লৈমাঃ থাজমানবীবুদি করি খঙদনি; মহাকসু মমা ঐবু নুংঙাইহনগনি হায়রম্মী অদুবু উন্নখিদবদি কুইরে। মৈরাবগা মখোয অনী পূন্না চৎমিন্নখিবা ওইরম্লে।

নোবতোনঃ থাজমানবীগা মৈরাবগদি চৎমিন্নখিদে।

লৈমাঃ অদুদি করিগীনো থাজমানবীনা ঐগী নাক্তা লাক্তবদি। ঐদি নহালমখৈ মখোয় অনী চৎমিন্নখিবনি খন্দুনা ঙাইবনি। ফরে, করিগুম্বা উন্নরবদি ঐনা হংহৌই অমুক্তা তম্বীয়।

নোরতোনঃ ইতৈমা ঐ শোয়দনা পাউদো হায়জগে।

লৈমাঃ থাজমানবীদি কমদৌরি, নুংঙাইবিদনা ? নুপীনা নুপীগী থম্মোয় খঙদবসি;

মতম অমদা মহাক লেপ্তুনা ঐগী নাক্তা লাক্লম্মী উন্নখিদবা কুইরে।

নোরতোনঃ মহাক নুংঙাইরম্বা য়াই।

লৈমাঃ চুম্মী ! নঙগী রাদু; নুংঙাইরবদি অরাবা পূম্নমক কাউথোকই অদুনা মহাক্না ঐবু কাউথোক্লমগনি। অদুদি মঙোন্দা নীংশিংলুরনু অরাবা ওইনা থোক্লগনি।

নোরতোনঃ অরাবা পাউসু তম্বীবদি কায়দেদা ইতৈমা।

লৈমাঃ মদুনা মঙোন্দা খুরৌ থাংননবনি। মৈরাবদো করিগুম্বদা থেংনবা থোক্লবদি মমানা ঙাইহৌই হায়না খরদি তম্বীয়ুকো ইবুংঙো।

নোরতোনঃ ঐ উন্নরবদি শোয়দনা তমজগে অদুবু উন্নগদবদি মান্দরে।

লৈমাঃ পৃথিবী মতুম তায় হায়বদাই শোয়দনা উন্নফম থোকই।

নোরতোনঃ (নুংঙাইতনা) ইতৈমা ঐবু শক খঙলিবরা ? (মীৎতগী ঈরা তারকই)

লৈমাঃ মীনা মীবু মশক খঙদবা হৌনবরা ? মৈরাবা হক্লক্কদবা কুইদরে। মৈরাবা চৎখিবদুদা থাজমানবীনা ঐখোয়দা লাক্কবা ওইরিনিদা।

নোরতোনঃ ইতৈমা ঙসিগী চাক ঈশিংদি ?

লৈমাঃ ঐগী ইচানুপী থাজমানবীনা শোয়দনা ঐবু ঙাইরম্লনি।

নোরতোনঃ মফম কদায়দা ?

লৈমাঃ লম্বীদনি, লম্বীদা; চাম্মিনবা হাউবনি, ঐগী ময়োমসিদা ঙরাং ঐঙোন্দা পীরম্বা তল, হৱাই য়াওবি, চামিন্নসিদনা ঐখোয় অনী।

নোরতোনঃ ইতৈমা ঐদি চাক চারগা থবক লাক্লবনি। ইতৈমা ইথন্তা চাবীরো।

লৈমাঃ ঐবু হঙৈইবগী রাবা ? নংত্রগা তশেংনা থম্মোয় শেংলবরা ?

নোরতোনঃ থম্মোয় শেংলবনি।

লৈমাঃ নঙবু কদায়দা লেঙবীগদৌরিবনো; ঐগা রারী শান্নবসি ফনা কুইরে খেঙদ্রিবরা ?

নোরতোনঃ খেঙদ্রি, থাজমানবীগী মনাক্তা চৎকে তৌবনি।

লৈমাঃ থাজমানবী হায়বীদুগা অদোমগা করি থোক্লবগে ?

নোরতোনঃ থাজমানবী ঐগী ইচানি।

লৈমাঃ থাজমানবীগী মপা ওইরে। ঐদি খঙলুদরে রারৌবীনুকো; অদু পাউসিদং ওইবসু- উন্নদবা কুইবে, নুংঙাইবনা অরাবা খঙদবা ঙসিগী মণিপুরদা লৈমসু নুংঙাইনা হিংহৌদি। য়ৌরো য়ৌরো রারৌনবা য়াদে পঙাঙ ঙাঙনখ্রে।

নোরতোনঃ (য়াম্না চৎনীংদনা) ইতৈমা ! (হন্ন হন্না য়েংনা চৎখি )

লৈমাঃ (মতোমতা) ঐগী ইচা মৈরাবসি মমাবু কুইনা থাদোকমল্লি। মমা নুংশিবা খঙদবা মচা মাল্লিকো; ফৈ হন্দক্তী হেক উন্নবগা মতীক থোকপা লাক্লগে; মমা ওইবীশিংগী মহামন্ত্র লৌরুনি চৎখ্রগা নাথৈবা শারি। থবকসি চিনবসিনা চাক চাবা ফাওবা হেক শংদেদা ঐসে (মতাংসিদা ওকসন লাকই)

ওকসনঃ ইমাসিবু উন্নদনা থৈদোক্তুনা চৎখ্রসিরা (ৱাখল খল্লি) (লৈমসু মী অমা লাকপদি উরে)

লৈমাঃ লম্বীসে মীয়ামগীনি মীয়ামগী; চৎনীংবা চৎপদা থিংবীনবা কনাসু লৈতে।

ওকসনঃ (য়াম্না হৈনিংদনা) ইমা পোত্থারম্মীবরা?

লৈমাঃ (য়াম্না ঈংনা তপ্না) ইবুংঙো থবক শূদনা ৱাবসে ঐমুক ৱাবা লৈতরে, পোত্থাসিরা খল্লি। নঙবু করি লমদগীনো ? করি থোক্লবগী ইমা কৌরিনো ?

ওকসনঃ নত্তে ইমা ঐবু কাউরবরা ?

লৈমাঃ কাউবা কাউদবা ঐগীদি ইচা মৈরাবা মতোমতনি। নঙনা প্রপ প্রপ লাক্লগা ইমা হেক্তা কৌবসিদা ইপা পাখৎলুরে । নঙদি কদোমদা লেংবীগদৌরিবা ?

ওকসনঃ চুম্না থবক অমত্তা চৎচগে তৌবনি।

লৈমাঃ নোংমৈনা মরাঙ কায়রবা মতমসিদা পঙ্চৎ চখোক্কনু নোংমৈনকা পানগনি। হৌজিক্কী মণিপুরদি অশিবতনা মাঙজরবনি। মীগী মমলসু য়াম্না হোঙনরবনি।

ওকসনঃ ইমাগী ৱাদু ওহ্লোক্লা চুমখ্রে।

লৈমাঃ চুম্মী হেক হায়রকপসিদা ঐসু হেক কিরকইবা; সরকারনা ফোংনা ফোংনা হাৎকে হায়না হাৎপসিদি মমল কয়া য়ামদে। শোয়দুনা পানবনা খরদি হেল্লি। অদুগা খূৎনেকুম্বদদি মমল খরা কাওখৎলি মহায়নৈ অচুম চুমদদি ইমাসু য়াওরুদবনা খঙদ্রে। মীনা হায়নবনি।

ওকসনঃ ইমাবু কদায় ফাওবা চৎপীগদৌরিবা, গাড়ী ঙাইবীরল্লীবরা ?

লৈমাঃ চুম্মী ইমাসে মীশক অমখক ঙাইরম্বনি কুইরে।

ওকসনঃ কনাবু ঙাইবীরম্বনো ? ঐখোয়গা খঙন-চান্নবা ওইরমগদ্রা ?

লৈমাঃ পীকখ্রবা মণিপুরসিদা করিগী অমনা অমবু শক খঙনরোইদগেনে ?

ওকসনঃ অদুদি কনানো ?

লৈমাঃ সুমদৌবা ঐগী ইচানুপা অমখক পোকচবা, মমা ওইবীশিংগী মহামন্ত্র লৌরুনি চৎখিবনি মৈরাবা, মৈরাবা।

ওকসনঃ ও ! মৈরাবা !

লৈমাঃ নঙসু মৈরাবগা খঙনবরা ?

ওকসনঃ খরা খরা খঙনৈ মহাক্তি লাক্কদবা মান্দে।

লৈমাঃ নঙনা মহাকপু পাখোন অমুক থাখিবরা ? মাদি মীনা হায়রিমখৈ থাজবনি। চৎলমগনি। অদুদি ঐবু ঙাইরগুমসিরা ?

ওকসনঃ ঙাইরুরনু ইমা, য়ূমদা পোত্থারগা ঙাইবীরো, মদুনা খরা হেক শাফরনি।

লৈমাঃ নত্তে নঙবু মৈরাবগা তিন্নবরা, খঙনবরা ?

ওকসনঃ খঙসু খঙনৈ, তিনসু তিন্নৈ।

লৈমাঃ খঙসু খঙনবা তিন্নবসু তিন্নবা; মদু ওইরবদি হন্দক্কা উন্নরবদি য়াম্না থুনা হল্লকউ খরা তম্মুকো ইবুংঙো পূকফবা।

ওকসনঃ ইমা ঐ শোয়দনা পূন্নমক তমজগে।

লৈমাঃ নুংঙাইরেদনা অদুদি; ইচাগী পাউ অমা খঙলবনিনা ফরে ইবুংঙো পূকফবা নঙ শোয়বা য়াদে মরীক চুম্না তমগদবনি। নমিংনা করি কৌই ?

ওকসনঃ ঐগী মিংদি ওকসন কৌই।

লৈমাঃ ওকসন. ফরে ফরে ইবুংঙো ইমাসু কয়া ৱানা ঙাইরুরে। অদুদি য়ূমদা হল্লগে নঙ লৈহৌখোকো (ঙাঙনা ঙাঙনা চৎখি)

ওকসনঃ (নুংঙাইতনা) মহাক্না ঐবু শক ফাওবা মুন্না খঙদ্রবা ? তশেংনা অঙাওবী হায়বদু ওইরবা. মীওইবশিংসে ৱাখলগী মখা য়াম্না পোল্লি হায়নরিবসি কয়াদা চুমখ্রবা (রোবোট লাকই চপ চাবা পুলিস ইন্সপেক্টরগী ফিজেৎ অমদা) সার, কদোমদগীনো মতাং চাদনা নতোমদা চৎলিবসিবো ?

রোবোটঃ চুম্না অসুম ...

ওকসনঃ ঙসি অসিবু সি এমগা পূন্না ডিপুটি সি এমসু দিল্লি চৎখি হায়বসিবু।

রোবোটঃ চুম্মী। মকোক থোংবা ভি আই পি তিন্নবগী খরদি কান্নবা ফংবীরেদনা।

ওকসনঃ খনবীরিবদু অচুম্বদি নত্তে। সারনা প্রমোসন ফংবদি অঙকপা ওইরোই; ঐখোয় মীচম্না করিবু কান্নরুগনি ঙসিগী সরকারগী থৌসিনসিদা।

রোবোটঃ ঐখোয়গীদমক্তদি থোইনা কান্নবা ফংই। হীরম খুদীংমক্তা ঐনা হন্দক্কী প্রমোসন অসিগা লোয়ননা মফম চাবা ঐনা পামজবা মফমদা পোষ্টিংসু

ফংবদি য়াম্না লায়না থোকই।

ওকসনঃ মদুনি সরকারগী থবক তৌবগী ওইজবা; সরকারগী থবক তৌহৌদবা ঐখোয়দি করিসু উপায় লৈতে ঠিকা তৌবসু য়াদ্রে। অদুবু ফূড এণ্ড সিভিল সপ্লাইগী খরদংদি ...।

রোবোটঃ খ্বাইদগী লুরিবদি থাজমানবীনা মৈরাবা হাৎপগী মরম কন্না থিগৎলকপসিনি।

ওকসনঃ হীরম অদুদা সি এমগী মত করিনো ?

রোবোটঃ সি এমগীদি নুপীগী মখূৎতা লোইনা লৈরেনা।

ওকসনঃ থাজমানবীনা ফনা চপখৎলক্লবসু পূন্নমক্তি সি এম ওইরিবা মহাক্কী দায়ত্বনি নৎত্রা ?

রোবোটঃ মৈরাবগী মীহাৎ লৈবাক পূন্নমক ইখঙ-খঙনা ফোঙদোক্লদবগী ৱানি।

ওকসনঃ ঙসিগী মণিপুরদা করি কান্নগনি; শঙ্গ পঙ্গগী ৱানি নৎত্রা ?

রোবোটঃ মীহাৎপদি শঙ্গ পঙ্গনা চেনবা য়ারোই; অচুম্বা আইন অমদি লৈগনি।

ওকসনঃ আইন হায়বসি আইনবু মখূৎতা পায়দুনা শীজিন্নরিবশিংগী মথৌনি।

রোবোটঃ মদুসু য়ারোই; ঙসি হয়েং লৈথোক লৈশিন তৌনবদি য়াই, মদুগী তংতাবা অমদি লৈগনি।

ওকসনঃ পূন্নমক মতম মতমগী সি এমনা পুজখিনি।

রোবোটঃ মদুসু থাজমানবীনা য়াগদবা মান্দে।

ওকসনঃ মতমদু লাক্লবকান্দা থাজমানবী সি এম অনীগী লান অমদি থোরকপা তাবনি।

রোবোটঃ অচৌবনা শোয়রগা মচা মশুদা দযা তাবা হায়বসি ঙসিগী আইনগী চৎনবীনি। মখোয় লোইনা অমত্তা ওইখিনি।

ওকসনঃ মদু থেংনবা তাই, য়েংনবা তাইনা। মীওইবগী পুন্সীবু হেক্তা মাঙবা য়াবরা ?

রোবোটঃ খরদি খুউ শেনবা দরকার ওইরে। থাজমানবীনা মরম পূন্নমক খঙলকপা মতমদা ...

ওকসনঃ মহাক্কী মপুরোইবা ওইরিবা অদুবু দণ্ডি পীবা ঙম্বা হায়বসি ইতিহাসতা অতাঙবনি।

রোবোটঃ অৱাবা খুদোংথীবা হায়বসি তরাই তরাই কনাসু লৌনীংদে; মৈরাবগী থৌদোক্কী মপূং ওইরিবা হকথেংনবদুনি ঙসি দযা তাগদৌরিবা; মসি আইনগী ৱানি।

ওকসনঃ চুম্মী ঐখোয় সারসু মদুগী মপূং ওইবদি চেন্নদবা খক য়ারোই।

রোবোট ঃ আইনগী শকলোন য়াম্মী চেক চেকশিল্লবদি আইনসু মমায় লৈথোকখিদুনা ... মপূং ওইনা ডিপুটি, মরী লৈনবা পুলিস অফিসার ঙন্নমক নাপ্লোকখিনি। মসিদগী কন্নবগীদমক্তা তরাইবা থবক ওইরোই।

ওকসনঃ হায়রিবসিবু থাজমানবী মশাবু তশেংনা খঙলবরা; অতৈ কনা কনাদি মরী মখোঙ খঙনরে ?

রোবোটঃ কনা অমত্তা খঙনদ্রি; থাজমানবীনা কন্না মশাগী থবক ওইনা চপখৎলকপগী রানি। মৈরাবা হাৎপদা চেন্নবা মী অমত্তা লেম্না থারোই অসিনি।

ওকসনঃ মৈরাবা হাৎপদা চেন্নবা মীশক্তি মরি-মঙানি । ঙসি মহাক্কা সি এমগী নুপী ওইরগা কন্না চপখৎলকপসিদি সি এমনা ঈনশীনবগী বারা।

রোবোট ঃ মদুনা মখোয়গী অরোনবা বানি। ঐঙোন্দা উন্নবা খুদীংমক্তা রাফমসি তরাইতরাইনা লৌদবসিনি। ঐসু সি এমনা লোইন্না হায়দোক্লবরা চিংনবা ফাওবকই।

ওকসনঃ হন্দক্কী সি এম, ডিপুটি সি এমনা দিল্লিদা চৎখিঙৈদা য়াম্না কৃপ্না খঙদোকপিয়ু তাঙ্গা ফংলবদি। অদুগা ঐসু তশেংনা উনদুনা রারী খঙদোকচগে।

রোবোটঃ মফম মতম ফংলবদি অমুক্তং খঙদোকহন্নীংই।

ওকসনঃ নুমিৎ কয়ানি দিল্লিদা চৎখিবনো ?

রোবোটঃ তশেংবদি নিনি-হুমনি ওইবা য়াই; অদুবু সরকারগী থবক্তি রাফমসি তরাই তরাইনা লৌবা য়াদে।

ওকসনঃ ইমা লৈমসু ঙাওরে। মহাক্কী মরী মতা কনানা হীরমসিদা মপূং ওইবা দায়ত্ব লৌরিবনো ?

রোবোটঃ অতৈ কনাসু নত্তে। থাজমানবী মতোমতগী রানি। লেপ্তুনা থিরি থিরখিগনি। ঙসিদি মহাক্কা মখল-মখা কয়াগী মীশক থাদোকই। শোয়দনা খঙনগদবা মাল্লি।

ওকসনঃ সার, ডিপুটি সি এম, সি এম নত্তনা কনানা হায়দোরক্কনি; মসিদা থাজমানবীনা খঙলকপা তারবদি সি এমগী মফমদগী নত্তনা করিসু ওইরোই।

রোবোটঃ মীহাৎ অসি খঙবা য়াবা মরম তোঙান-তোঙানবা কয়া লৈ।

ওকসনঃ করি মরম্নো, সারনসু শেংদোকপিয়ু।

রোবোটঃ ডিপুটি সি এমগা সি এমগা হেক য়ানদবা মতমদা মরম অমা; অনীশুবদা ডিপুটি সি এমনা মচানুপীগা ওকসন বাবুগা লৈনবা মরী পাল্লক্তবা মতমদা ...

ওকসনঃ রাফমদু খন্নবা য়াবা মরম খরা লৈরে।

রোবোটঃ মদুগীসু মথক্তা লুপা পৈশা পামদবা মীশক হৌজিকপু লৈরিগদরা ?

ওকসনঃ দষাসি তরাই তরাই লৌবা য়াদে। চুম্মী অদুবু সারনসু মীৎ-নাকোং খরদি ওইনবা লম্বী তান্নমিন্নসি।

রোবোটঃ থবক অদু পাঙথোকপদা তরাইনা খন্দোকপা য়াদে। থাজমানবী মশাগী চপ চাবা ফিরেপ লৈবী নুপীনি। মহাক্না চহী হুস্ফুতরামঙা হেল্লবা অমগা লৈমিন্নবা হাযবসি অর্থ য়ামখ্রে। মহাক মশাগী ক্লাস এম এনি; রাজনীতিসু খম থেংনা হৈবীনি। তরাইবা নত্তে। নোংমদি মহাক ভোট শোয়দনা লেপ্পগদবা মীশক অমনি।

ওকসনঃ চুম্মী। খ্বাইদগী পঙবসি (নুংশাশ্বর শানো হোনদোক্লগা) ঐ পূন্নমক ভাব তাজরে। অদুবু হৌখ্রবদি হৌখ্রে থেংনবা তাই; খঙনবা তাই। ঐখোয় মরি মঙাগী ব্রাখল মান্নরিবরা মান্নদ্রিবরা খঙদোকপা দরকারনি।

রোবোটঃ মতম মতমগীনি, মশা মশাগী ওইজবা থিনবা ঙাক্তনি; অদুবু থাজমানবীসি মীচম ওইজরবসু জ্ঞান লৈবীনি লৌশিং শিংই। মাগী পুন্সীগী অর্থ মশক খঙনা হিংবীনি। মসিমদি ঐ তশেংনা পরা ফারে।

ওকসনঃ ঐসু থাজমানবী উনদুনা মরম খঙদোকচগে; সারনসু করিনো হায়লদু ...।

রোবোটঃ হন্দক্কী দিল্লি খোঙচৎ মনুংসি খরা খুদোংচাবা লৈরগনি খল্লি।

ওকসনঃ চুম্মী মতাংসি য়ৌরবদি মতম মাঙহনবা য়াদে। ডিপুটি সি এমগী আশাসু ঐ খঙই।

রোবোটঃ থবক অসি হৌজিক তরাইনা খন্দোকপা য়ারোই, থাজমানবী, সি এম, ডিপুটি সি এম পূন্নমক অমত্তা ওইখিরোই হায়বসু চিংনেনীঙাইনি। মখোয় খুদীংমক্কী মতীক চাবা সেক্যুরিটি লৈ।

ওকসনঃ মফম মতমগী ব্রানি, ভারতকী প্রাইম মিনিস্টর ইন্দিরা কমদৌখি ? মী ওইবগী অততাই হায়বদু লাক্লবদা ...

রোবোটঃ তিংখং য়ূরবদি তিংখংনা হন্দোকপা তাবনি।

ওকসনঃ চেঙ পুরগা ফৌ ওইনা শিংবা য়াবা নত্তে। থাসি পুর্নিমা নাইরমদ্রবদি কমদৌনি।

রোবোটঃ অমম্বা লৈবদগী অঙানবা উবা ফংবনি।

ওকসনঃ থাজদ্রবা কয়াসু থোরক্লবদা ওইথোক্লোইদবা লৈতে।

রোবোটঃ হৌখ্রবদি হৌখ্রে তুংগী লম্বী থিমিন্নসি।

ওকসনঃ মদুতনা পূন্নমক্কী য়াইফবনি। (ব্রারী শানা শানা থোকমিন্নখি)



## অনীশুবা মতাং

মফম ঃ সি এমগী রেসিডেন্স মতম ঃ নুমিদাংৱাইরম

*(চপ চাবা সি এমগী য়ুমগী লৈতেংনি; অহল ওইজরবসু ইবুংঙো নহাগী ৱাঙাঙ শাজৎ মীৎয়েং কয়ানি)*

ইবুংঙোঃ থাজমানবী নঙবু তারিবরা ?

থাজমানবীঃ (থোরক্লুনা য়াম্না কেনা সনা লুপা কয়াগা শাগোন্ননা) করিনো ঐবু কৌবীবদি ইধৌ ?

ইবুংঙোঃ করি ৱানো থাজমানবী, নঙগী ইধৌ হায়বদু অমুক হন্না ঐবু তাহল্লনু হায়রগা মী মমাঙদা ঐবু ...

থাজমানবীঃ ইধৌ কৌবসিদি ওয়োক্লা চানখ্রবনি।

ইবুংঙোঃ চুম্মী অদুবু কনাগুম্বা মীতোপ্পা উবা তাবদা করি খনখিনি। নঙবু সিবী ? মীতোপ ওইনা হেক খনখিগনি হায়বনি অতো।

থাজমানবীঃ মসি পূম্নমক থবক্লা শাক্লিনি।

ইবুংঙোঃ নঙ ঐগী নুপীনি হায়বসিদা কনানা ওবজেক্সন তৌগদৌরিবা; নো প্রোব্লেম থাজ।

থাজমানবীঃ (মোমোন নোক্লগা) মবক মরক্তা ইংলিসকা থেৎপসিদি ওয়োক্লা পকচখ্রে।

ইবুংঙোঃ পূম্নমক তোক্লো হয়েংগী দিল্লি খোঙচৎ অসি নঙবু য়াওনীংবরা ঐদি তশেংনা ঐগী প্রাইভেট পি এ ওইনা লোয়ননীংখ্রে :

থাজমানবীঃ ঐদি ওয়োক্লা ইকাইখ্রেদা, হয়েং মতুংগী খোঙচৎতা য়াওজগে হন্দক্লীসিদি য়াওজরবোই।

ইবুংঙোঃ ঐনদি ইংলিস মপূং ফানা ঙাঙবা ইবা ঙমদবসিদা লোয়ননীংবনি।

থাজমানবীঃ ঐখোয়গী মণিপুরদসু ঙাঙনরিবা অসিদা দিল্লি তান্না লোয়নরবদি প্রাইম মিনিষ্টর, ফাইনান্স মিনিষ্টরনা কদায়দগী মশু মপুনো হংলক্লবদি মদুনা

হেন্না ইকাইখ্রে। হন্দক্কী খোঙচৎসিদা প্রাইম মিনিষ্টর অমদি অতৈ মরী লৈনবা মিনিষ্টরশিংদা খঙ হনবীরম্মু মতুংগী খোঙচৎতগী য়াওজগে।

ইবুংঙোঃ ভেরী গুড সজেসন; মদুনি থাজমানবী মরী মখোঙ পূম্নমক হন্দক্কী খোঙচৎসিদা শেংদোক্লুরমলগে, মথংদা অতৈ অতৈ মরী লৈনবা ঐগী কেবীনেট মিনিষ্টর য়াওদনা ঐখোয় অনী চৎপা খ্বাইদগী ফরবা পোইন্ট অমনি। (গাড়ী থৌজিল্লকপগী মখোল)

থাজমানবীঃ ডিপুটি সি এম ওইরমালে চঙলকইবসি।

ইবুংঙোঃ মানি মানি; (চঙলকই) চঙলকউ চঙলকউ।

ডাকুঃ মেম সাহেব ! (মখূৎ জুর তৌরম্লগা মখোঙ শাগনা তিংখোঙ্লুনা)

থাজমানবীঃ (য়াম্না ইকাইনা শোম্লাংনবা রাইগো লোয়ননা) লেঙশিনবিরকসি (চঙখি)

ইবুংঙোঃ পণ্ডিত, ঐখোয়গী সরকারসি কমদৌবা; পূম্নমক নঙনা কায়দনবা শীনবা তাবনি।

ডাকুঃ সরকারসি ঈরাং খরদি লৈগদবা মাল্লি। কেবীনেট মিনিষ্টর খরদি শিন্দোক-শিনজিন দরকার ওইরে।

ইবুংঙোঃ হন্দক্কী দিল্লি খোঙচৎ অসি হল্লকপগা হোংদোক-হোংজিন তৌরগনি হায়না মখোয় ময়াম্বু থেমলম্মু।

ডাকুঃ পূম্নমক পেলহনবা কদায়দগী ওইথোক্কনি। মথুম-মরাঙ হৌরিবা মবুক চুমদবা খরা লৌথোকপা তাবনি। ওপোজিসন্দগী মখোয় তরূক য়াওজগে হায়রিবসি লৌশিনবা তাবনি।

ইবুংঙোঃ মখোয় তরূক অদু শেংলবরা ?

ডাকুঃ শেংলে পূম্নমক মখোয়গী পার্টিদু থাদোক্কদৌবনি।

ইবুংঙোঃ শেঙ্গাও পায়বা নহা তৌবা ঙম্বা দাসতি ঐ কয়া পামদে; মাবু মরৌ লৈনা থল্লমসি।

ডাকুঃ মখোয় পার্টিগী প্রেসিদেন্ট থৌনাজাওগা মখোয় অনীমক য়াওহনলোইসিরা ঐগসু মায় কয়া চানদে।

ইবুংঙোঃ হয়েং চঙলক্লগা খাবৈ খারা শাগদৌবা লৈরবদি মখোয় অনী হন্দোকলম্মু; পূম্নমক নঙনা শীনবদা ঐনা য়াদবা লৈত্তরে। সরকারসিদং চহী মপূং ফানা চৎলগা লোইরে। মণিপুরসি মাঙখ্রবসু নঙ ঐগী শোয়দ্রগা লোইরে; দিল্লিদা মতীকচাবা লম অমমম থমহৌরগা লোইরে। অসুক জ্ঞান তাদবা লমদমসিবু কৈদৌরুনি।

ডাকুঃ ঐসু হেক ঙস্বা মখৈ হোৎনজগে।

ইবুংঙোঃ ঐগী হায়ববু নঙনা মসিমনা ফরে হায়বদু হেক্তা য়ারে। সরকার কায়বা য়াদে। সরকার কায়গদবা ওইরবদি এনি করিনো হোৎনবা তাবনি। সরকারসিগী মরুমদা নঙ ঐগী খুদোংচাবা ময়াম লৌশিনহৌগদবনি।

ডাকুঃ হয়েংগী দিল্লি খোঙচৎ অসিদা য়াম্না হেন্না কূপ্না সেন্টরগী অখঙ অহৈশিংগা খন্নমিন্নবা হায়বদুনি।

ইবুংঙোঃ মতাং অসিদনি ঐনা খ্বাইদগী থৱায় নুংঙাইরক্কবসি।

ডাকুঃ করিগী মতাংনো তাকপীয়ু।

ইবুংঙোঃ ঐনদি ইংলিস মপুং ফানসু হৈবা নত্তেদো। নখোযনা ঐগী ইমাঙদা ইংলিস কয়া লোনবদু মঙগী মতৌনিদো; মদুগীদমক্তা খল্লগা থাজমানবীবু খরদং উপাই ওইগদ্রা ...

ডাকুঃ মদুমক তশেংনা চুন্নবনি। মথংগী ইলেকসন্দদি থাজমানবী ওইনা ভোট লেপহল্লগা হোৎনবা হায়বদুনি।

ইবুংঙোঃ ভেরী গুড সজেসননি মদু; মদুগীদমক্তা ঐনা নঙবু থাদোক্তবনি ঐনা হন্দক্কী ভোট কাবিবা পূন্নমক নঙগী নপান্দগীনি; নঙগী ওইজবা ফংনবা সজেসন ময়ামসিদনি।

ডাকুঃ কৈদৌরবা মখাদি!

ইবুংঙোঃ নঙবু লীডর ওইহনবা পামদ্রি মযাম্না। ঐদি তশেংনা নঙগী লীডরসিপকী মখাদা লৈনীংবনি অদুদা ময়াম্না ঐবু সি এম ওইনবা হোৎনবনি।

ডাকুঃ মদু পূন্নমক ঐসু ভাব তাজে। সারনা সি এম ওইবসি ঐগী খূৎচাবীনি ঙাঙনরিবসি ঐসু তাজে।

ইবুংঙোঃ ঙাঙননীংবা ঙাঙনজসনু, হায়নীংবা হায়জসনু ওইজবা, কান্নবা ফংলিমখৈ তাশিন্নদবা তাবনি। মসিগী খূৎলাইসি থাদোকপা খক য়াদে।

ডাকুঃ সারগী রাফমদু তশেংনা চুন্নবনি।

ইবুংঙোঃ ওইজবা কান্নবা ফংনবা হোৎনবদা মীবু উদ্রবদি পূন্নমক য়ারে। অদুনা হন্দক্কী দিল্লি খোঙচৎ অসি সেন্ট্রেল লীডর য়ানবা করিনো লুপা সনা খুদোনপোৎ তস্বা তাবনি। শম্না হোম মিনিষ্টরনা খ্বাইদগী পাম্না পোৎশক পুগদবনি। মসিনি মণিপুর মচা ঐখোয়না সেন্টরদগী খুদোংচাবা লৌনবিবসি।

ডাকুঃ মদু পূন্নমক সেন্টরনা য়ারগা লোইরে। হোম মিনিষ্টর, ফাইনান্স মিনিষ্টরনা ঐখোয়গীসিদা লাক্লগা ঙাঙনবদি হেক্তা খঙনরকই; অদুনা দিল্লিদা ঙাঙনবসিনা পূন্নমক মায় পাক্লে।

ইবুংঙোঃ হেন্না কূপ্পা ৱাফম ঙাঙনবদা মৈতৈলোন খঙবা ওইরবদি ঐনা ঙাঙনগদবসি; হেরা ঐসু নুপানি, অদুবু লাইরিক হৈহৌদবা ওঙ্গোক্লা তোনখ্রে। মীৎ তাঙবগা মান্নে হায়বদু কয়াদা চুমখ্রবা।

ডাকুঃ মথংগী খোঙচৎতগীদি মেম সাহেব পুরসি; হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা ৱারী পূন্নমক শাদোক্লল্লসি।

ইবুংঙোঃ মদুমক ঐগী অপাম্বনি। মরম খুদীংমক প্রাইম মিনিষ্টর, ফাইনান্স মিনিষ্টরদা ফোলো তৌরম্বা তাই।

ডাকুঃ হৌজিক্কী মতমদা লুপা পৈশানা পেলহনবা ঙমদবা লৈতে। হেক ঙম্বা থৌদাং হোৎনগনি।

ইবুংঙোঃ সরকার কায়বা য়াদে। ঙম্ন-ঙম্নবা হোৎনদুনা চহী মঙাদং লেনহৌবা ঙম্নবদি লোইরে। হয়েংগী দিল্লি খোঙচৎ অসিদা মখা তাবা ৱাকম কয়া মপুং ফানা ফোঙদোক্লমগদবনি। তঙাই ফদ্রবদি মখোয়গী পার্টিদা পুরা য়াওশিনগদবনি। দিল্লিগা নক্লবা হায়বসিনা খরদি শাফগনি।

ডাকুঃ হয়েং মখোয়গী য়াকা য়েংনবা হায়বদুনি। লোটরিগী চয়েৎনরিবা অতৈ অতৈ পূন্নমক শেংদোক্লহৌবা মতাংসু চাবনি।

ইবুংঙোঃ পূন্নমক্কী মথক্তা এম ও য়ুগী ৱাফমদা থবক ওইনা হেক্তা পায়খৎপা তাবনি; সরকার কায়দ্রগা লোইরে থোক্ল-থোক্লবনি।

ডাকুঃ অদুদি ঐসু অমুক য়ৌজরগে অতৈ অতৈ কাউবা লৈবীরবসু টেলিফোন তৌবীরকউ।

ইবুংঙোঃ চহী মতাংনে, ইশাগী মতীক চাবা ক্লাস লৈতবনে ওঙ্গোক্লা লাইবক থীখ্রবা হায়বদুনি। মতম অমগী রাজনীতিদুসু নত্তে; ঙরাং কারকপা মখোয় কেন্দ্রিবা নহা এম এল এ শোইনৌগী চক্রি মতৌনে খাঙবদি ঙম্বা নত্তে, অদুবু চঙশিল্লুরবনিনা।

ডাকুঃ এম এল এ নহা খরসিনি লাক্ল-ফানবা য়াদ্রিবসি ঐখোয়না পোকপা য়াবা অঙাং খরনা এম এল এ ওইরকপসিদি ...

ইবুংঙোঃ কদায়দগী ইশু ঙাক ওইবা য়াবা খরা য়াওরিবসি হন্দক্তী মতীক খরদি খঙহনগে খল্লী।

ডাকুঃ মফম মতমগী য়েংনবনি খরদি লাক্লবা য়ারে। মন্ত্রী ওইববু তরাই তরাইনা য়াবরা ?

ইবুংঙোঃ অনৌবা মন্ত্রী খরা হোংদোক হোংজিন তৌরগনি হায়নবদুদা করিনো

মাগী মাগী অপাম্বা খনবসিনা লুপা কোকথোং কোকথোং থিল্লকইবা; নত্তে এম এল এ রাজোনা নঙোন্দা লুপা লাক্ষ কুন পীরল্লবরা ?

ডাকুঃ চুম্মী লুপা লাক্ষ কুন পীরল্লে। অদুগা দাসনদি লুপা লাক্ষ কুল্লারোম সারগীদা য়ৌরক্লবরা ?

ইবুংঙোঃ দাস, তোলোম্বা, কদবম্না, কামুঙৈ, থোঙারেলনচিংবা কয়ানা য়াম্না তোয়না লাক্কুনা লুপা পৈশা করিনো ...

ডাকুঃ দাসকী রাফমদু খরদি কুপ্না খন্নবা চঙই। অঙাং ওইনা মঙক খরা কল্লি। কদরম্নাসু মীঙম্বা হেল্লি; হন্দক্কী দিল্লি থোঙচৎকী মন্তৃংদা পোর্টফোলিও খরা হোংদোক্কনি হায়বদুদা চেন্নবনি।

ইবুংঙোঃ দিল্লি থোঙচৎ অসিদা লুপা কৎলরিবসি মশীং খঙদে। মথা শাববসু শানা সি এম ওইবসিদি ...

ডাকুঃ পূম্নমক দিল্লি য়ৌরগা য়াম্না ঈংনা কুপ্না খন্নবিরুবা হায়বদুনি ঐস্ হঞ্জরগে (খুরুম্লগা থোকখি)।

ইবুংঙোঃ য়ৌবো যৌরো (মতোমতা রাখল তৌনা) নুপাসে ওয়োক্না হৈ শিংখরেদা; ঙাঙবা শকপনা ফরিবা, ওইজবা ফংনবা হোৎনবদা মফম মতম য়েংদনা ইকাইবা হায়বা থিদনা হোৎনৈসে; হৌজিক্কী মতমগী মীওইনি, শোয়দনা মী ওইনি। (মতাংসিদা ওকসন চঙলকই)

ওকসনঃ (খুরুমই ) ইধৌ হয়েংমক দিল্লি চৎলগনি তাজরে।

ইবুংঙোঃ (য়াম্না লেম্না) অদু কৈদৌরবগে; করি হায়নীংই ?

ওকসনঃ ডিমাপুরদা চেঙ লৌবগী অয়াবদু অসুম পল্থদুনা লৈরে। মদু শেংদোকপিয়ু।

ইবুংঙোঃ মদুদি য়াররোই। থাঙ্গাল বজারগী সুনিলান্দা শীন্নখ্রবনি চিংববু হৌরল্লগনি।

ওকসনঃ (শাউরপ্না) করিনো ইধৌ তাকপীরিবসিবু ?

ইবুংঙোঃ নঙ মদু শাউরনু। এফ সি এস মন্ত্রীনা টেলিফোন তৌরকপদুদা ঐনা এস হায়দোকখ্রে। নত্তে মদু নত্তবা অমা থিরো, শাউনু শাউনু।

ওকসনঃ (শাউনা চৎকে তৌই)

ইবুংঙোঃ (খামদুনা) ঙাইখো; লম্বী চৎপগী বেড়া মরক্তা মদু নঙগী খুদোংচাবা খরা মাঙজগদ্রা হায়দুনা অতোপ্পা অমদা পীবীগে তৌবনি।

ওকসনঃ— অদুবু ইধৌখোয়না খঙবীফম থোক্তে; ঐগী ইথৌনি।

ইবুংঙোঃ অদু মীঙোন্দা পীথোকখ্রে। করি করিনো অমা থিরসি।

ওকসনঃ (শাউনা) থবক্কা অমত্তা লৌজররোই।

ইবুংঙোঃ নঙ য়াম্না ৱারৌরমালে। নঙগীদমক ঐ লৈরিবসিদি ঐসে সি এমনি নঙগী করি ৱাৎকনি। ঐনা দিল্লিদগী হেক থোরকপগা ইম্ফাল মনুংগী লম্বী শেম্বগী থবক অসি নঙোন্দা পীবীগে লুপা ক্রোর তরা কুনগী থবকনি।

ওকসনঃ (খরা নেমথরগা) ইধৌখোয়না সি এম ওইরিঙৈসিদা ...

ইবুংঙোঃ ঐসু খল্লি, নখোয়বু মী মরক্তা মী ওইনা হিংহন্নবা। ঐনা দিল্লি চৎখিৱৈদা শিজীন্নরম্মু ঐগী ইণ্ডিকা কারদো। দিল্লিদগী হেক থোরকপগা করিনো হেন্না কান্ননবা শীনবা হায়বদুনি।

ওকসনঃ অদুদি ইধৌ ঐসু হঞ্জরগে।

ইবুংঙোঃ হল্লো হল্লো, (লুপা চামঙা চৎপী অনী চেকশিন্না ফুরিৎখাউদগী লৌথোক্লগা) সে সে মসি নঙগী খুৎপায়শেল ওইরম্মু লুপা লিশীং অমনি (পী)।

ওকসনঃ (লৌনীংদবা শানা লৌই, চৎখি) ইধৌ চৎচরে।

ইবুংঙোঃ (চৎখিবা মায়কৈদা মুন্না য়েংলগা) খঙদ্রেদা খুরক্কী ঈ-শিংসে খুরৌ ওহ্লোক্লা থাংগদৌরিসে, মখোয় খরসি লোইশিনহন্নবা হোৎনবা তারে। (রোবোট চঙলকই)

রোবোটঃ (য়াম্না কোইদবগী মওংদা) ইধৌ হয়েংগী পূং কয়াগী ফ্লাইটনো ?

ইবুংঙোঃ (য়াম্না থওইদনা) মদুসু খঙদ্রি, ফ্লাইট টিকেট উদ্রি।

রোবোটঃ নুমিৎ কয়ানিগী খোঙচৎনো ইধৌ ?

ইবুংঙোঃ (থওইদনা ) মদুসু তম্বা ঙমদে। নঙ করি হায়নীংই ? মতম মাঙহনগনু হেক্তা হায়য়ু।

রোবোটঃ ঐগী ...

ইবুংঙোঃ নঙগী পোষ্টিংদু চান্দেলগী ...

রোবোটঃ ইম্ফালদা অসুম ...

ইবুংঙোঃ মদু খরা নুঙাইরোইদৌরি। মতম খরদি লৈরুরো।

রোবোটঃ (লুপা মপুন অমা পুথোক্লগা) ইধৌ ...

ইবুংঙোঃ (শাউনা) মদুম্না তৌনু রোবোট। ঐবু শেঞ্জাবা মানবরা ? ঐনা য়াররোই হায়বসি অর্থ য়াম্না লৈবনি।

রোবোটঃ (ইকাইনা) ইধৌ।

ইবুংঙোঃ নঙগী লমন ঐ লোইনা খঙই। ঐগী ৱাসু খরদি তাও; শাউনু, ঐনা নঙবু কন্দুনা থম্বা ফত্তে। থা অমা অনী লৈরুরো অদুগা প্রোমোসন অমগা লোয়ননা ... ইম্ফালদা ... য়ানীংদ্রা ...

রোবোটঃ মফম অমদা হেক চৎখ্রগা সট হল্লকপা হায়বসে ...

ইবুংঙোঃ (খোল খরা কল্লপ) ঐসে সি এম নি। ঐনা ঙমদবা করি লৈবগে? মী মচাগী ৱাখল থাদোকউ। ভাব তাউনে, নখোয়বু ইম্ফাল মনুংদা লৈবগী কান্নবা করিনো? কাঙবু অমনা মপান্দা থাবীয়ু হায়দুনা ৱানোম্নরিবা নঙসু য়াম্না মুন্না খল্লম্মু। ঐনা দিল্লিদগী থোরকপা মতমদা খন্নসি য়ৌরো য়ৌরো।

রোবোটঃ (ইকাইনা খুরুম্লগা থোকখি) ইধৌ ...

ইবুংঙোঃ (ৱাখল তৌনা) মহাক্না ইম্ফালদা লৈনীংলিবসিগী মরম করিনো? শিবা কিবগীরা করি ওইজবা ফংনীংঙাই লৈ। মরম অমদি শোয়দনা লৈফম থোকইসে। (থাজমানবী থোরক্কুনা)

থাজমানবীঃ রোবোটনা করি হায়রম্মী অদুগা ওকসন্না কৈদৌবা লাকপনো? মখোয় অনীগী মওংসে ঐ কয়া পামদে।

ইবুংঙোঃ পূন্নমক ঙম্ন-ঙম্নবা, য়ান-য়ানবা চৎনবা হায়বদুনি সিবী সুমতৌবনি। পূন্নমক ওইজবা থিনবা ঙাক্তনি।

থাজমানবীঃ মী ফত্তবা হীদাক লৈতে। লোইনমক পামজদে ইধৌ ।

ইবুংঙোঃ পূন্নমক ঐ লোইনা খঙই। থাদোক্লবা, খাইদোকপা, হন্দোকপা য়াদবগী লোয়নবা ঙাক্তনি; মখোয় মখোয়গী পরা ময়েক শেংনা খঙই। ঐগী ঐগী মী ওইরগা ফবনি। য়েক্লবা ওইনা থম্বদি কদায়দগী অফবা ওইগনি; মদু খঙনা জ্ঞান তানা চৎনবা তাবনি।

থাজমানবীঃ মীওইবসি ফম্বা চল্লগা হিপ্না পান্নকপসি হৌনশানি।

ইবুংঙোঃ মদুমক ভাব তারিবসি অফবনি।

থাজমানবীঃ ওকসন কনানো? রোবোট করম্বা মীশকনো ঐসু য়াম্না মুন্না খঙই।

ইবুংঙোঃ নঙনা খঙবদগী ঐনা হেন্না খঙই। থাজ, খঙনা খঙনা থাদোক্লবা য়াদবদগী লোয়নরিবনি।

থাজমানবীঃ ইমুংদা লেঙশিনবিরসি ইধৌ, চাক ঈশিং ...

ইবুংঙোঃ ঙরাংগী লুপা ময়ামদু বেঙ্কতা জমা তৌখ্রবরা?

থাজমানবীঃ লুপা ময়ামদু ঐগী একাওন্টদা থমজিনখ্রে।

ইবুংঙোঃ খরদি নঙগী পাবুংগী নামাদসু থমজিনবা ফৈ; তম্বা ঙম্বা নত্তে সি আই ডিগী রিপোর্টনচিংবা লাক্লবসু উপাই খরদি ওইগনি।

থাজমানবীঃ মন্ত্রী খরনসু কেবীনেট হোংদোক-হোংজিনগীদমক্তা লুপা লাক্ষ য়াম্খে হুম্ফু পীরম্মী।

ইবুংঙোঃ মন্ত্রী কনা কনানো ?

থাজমানবীঃ কিয়ামুদিন, ধীরেল লাক্ষ তরামঙা তরামঙা পীরম্মী। অদুগা নহা রাজেশ্বর, চোংপীনাও অনীনা তরাহুমদোই তরাহুমদোই; অদুগা চন্দ্রকংনান মাগী হৌজিক পায়জরিবসি হোংদোকপীনু হায়না লাক্ষ মঙা অমা থনম্মী।

ইবুংঙোঃ লৌশিনবা লাইরকপা য়াদে; তৌবতবু খরদি শিংবা তাই। হন্দক্কী মতাং অসিদা চেনাইদা লম অমা থমহৌদবা য়াদে। অদুগা দিল্লিদা অচৌবা ফ্লেট অমদি ঙাঙনবা লোইরে। হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা লোইথোকলমগে।

থাজমানবীঃ নুপামচাশিংনা মপান্দা লৈরিবসিবু মখোয়গী মমিংদা লৈবা লমনি ঙাঙনরকলিবসি অচুম্বরা ?

ইবুংঙোঃ চুম্মী ! দিল্লিগী ছাত্রশিংনা খবরদা ইনরকখিবশিংদু অরানবা অমতা য়াওদে।

থাজমানবীঃ করিগুম্বা সি বি আই চঙলবদি কমদৌবা ?

ইবুংঙোঃ হৌজিক্কী মতমদবু অশেংবা তৌবা কনানো ? সি বি আইসু মীনি মী; মদুগীদমক্তা ব্রারুগনু হৌজিক্কী মতমদা য়াদবা ঙমদবা থক য়াওদে। নচানুপাশিংসু তরাই তরাইবা নত্তে।

থাজমানবীঃ ফরে চাক চানা চানা ডাইনিং রুমদা শানরুরসি (মথং মথং চঙমীন্নখি)।



# মিরাং

## অহুমশুবা মতাং

মফম ঃ লম্বী লমহাং        মতম ঃ নুমিদাংৱাইরম

*[ওকসন য়াম্না ৱাখল নুংঙাইতনা মতোমতা চৎলি]*

ওকসনঃ ঐগী খঙ্‌হৌদবা ৱাখলদগী মরাল লৈজদ্রবা ঐগী মরুপ অমবু ইখুৎমক্লা হাৎখ্রবা ! মরুপ অদু কায়নবদগী ইমা অমসু ঙাওচৎনরবা। ঐনা ঐগী চান্নবীনি খল্লুবা, মহাক্তবু ফংলবদি খন্দুনা মপাগী থৌইনশিন্দসু থাজরুবা, অদুগা হৌজিক্লা ঐবু কাওথোকপা; মখোয় ময়াম চঙদুনা ঐবু অপঙবা তাহল্লবা; মসিদা কেথবীসু ঐবু নল্লবা পামদ্রে ফোংনসু হায়রবা; ঐঙোন্দগী হেন্না পঙবসি লৈরমখিগদ্রা ? [মতাংসিদা কেথবী জ্ঞান তানা মতমগী ফিজেৎতা লাকই]

কেথবীঃ (ওকসন উবদা লৈদুনা হনখিগে তৌই; অদুবু খোঙফম য়াদবগী লৈশিল্লক্তুনা) দাদা ওকসন করিনো ৱাখল য়াম্না নুংনাংবগী মওংদা।

ওকসনঃ (নুংশাশ্বর শাংনা হোন্দোক্লগা) কেথবী ! ঐ হৌজিক্তা অনৌবা জ্ঞান অমা লাকই। ঐ মতম শাংনা মঙলৈবাক্তা লৈরুরে।

কেথবীঃ দাদা! করিনো অসুক কুইবসি মঙলৈবাক্তা লৈরুরে হায়বসিবু ?

ওকসনঃ কেথবী! শাহিংচাবা জীবসু নুংশিবা মশক খঙলমগনি। কৈনা মচাবু কঞ্জনবগীদমক্তা হোৎনজে।

কেথবীঃ দাদা ঙসিদি করম্বা কনাগী পাউতাক ফংবা য়াওরবগে ওহোক্লা ...

ওকসনঃ ঐঙোন্দগী হেন্না পঙবা মীশক অমা লৈরমগনি নীংদ্রে। ঐগী পুন্সী লৈখা তানা মাঙলে। নঙ ঐ মতম অমদা লোয়নরম্মী।

কেথবীঃ ঙসিসু লোয়নরি।

ওকসনঃ পাউখুম অদু অরানবনি।

কেথবীঃ ৱাফম অসিমদি ঐবু ...

ওকসনঃ খল্লিবদুমক অচুম্বনি।
কেথবীঃ ঐনা করি খল্লিবা ?
ওকসনঃ নঙনা ঐঙোন্দগী নাহোক্লবা খল্লিবদুমক তশেংনা চুল্লবনি।
কেথবীঃ পাউখোং অদুদি কনানা ফোঙলিবা ?
ওকসনঃ ঐনা ফোঙলিবনি কেথবী।
কেথবীঃ ঐগী ড্যাডিনা দিল্লি চৎলমদাইদা করি করি হায়রম্মী ?
ওকসনঃ নঙগী ড্যাডিগা উন্নখিদবা য়াম্না কুইরে।
কেথবীঃ ঙসিগী ৱাফম অসিনা অনৌবা করিনো ?
ওকসনঃ ঐবু ঙসিগী মতমসিদা কনা অমত্তগা শঙ্গ ওইবা পাল্লরোই।
কেথবীঃ মরমদি ?
ওকসনঃ নঙ খঙনীংবরা ?
কেথবীঃ করিগী খঙনীংলোই।
ওকসনঃ ইমা লৈমা ঙাওরে।
কেথবীঃ ইমা লৈমা ঙাওবগা করি মরী লৈনৈ ?
ওকসনঃ অদুগা নঙগা ঐগদি করি মরী লৈনৈ ?
কেথবীঃ (খুম্বা ঙমদনা) মরুপ মপাং অমা ওইনা ।
ওকসনঃ মৈরাবদো ঐগী য়েৎকী পাম্বোমনি।
কেথবীঃ ৱারীসিবু ?
ওকসনঃ নঙ ভাব তাদ্রে অসিরা ?
কেথবীঃ মরী মখোঙ শন্নদবা ৱাফম ঙাক্তা।
ওকসনঃ তরা তিংদ্রবসু টি ভি, রেডীও য়েংবা য়াই। ইমা লৈমা ঙাওরিবসি নঙগীসু মরাল য়াওরি।
কেথবীঃ দাদা ওকসন নঙ তশেংনা ঙাওরে।
ওকসনঃ নখোয়গুম্বা নম্ফূদা ওইরকপা ডাক্তর, ভাব তাররোই। কেথবী নুংশিনবসি লুপা পৈশানা লৈবা য়োনবা য়াবা ওইরমদ্রে।
কেথবীঃ ৱাফমদুবু ...
ওকসনঃ ডাক্তরদি মিনুংশি য়াওদে, নঙসু ডাক্তর অমনি। নম্ফূদা ওইরকপা ডাক্তর নৎত্রা ?
কেথবীঃ দাদা নঙ তশেংনা ঙাওরে। লাইয়েংদবা য়াদ্রে। মরুপ-মপাং অমা ওইনা খঙনা চান্নবা ...

ওকসনঃ ঋাফম অদুমক ঐগী ঋাখলদা ইমা লৈমবুসু।
কেথবীঃ ইমা লৈমদি ইচে থাজমানবীনা মমা শক্লা লায়য়েংবীরি।
ওকসনঃ অঙাওবীবু ডাক্তরনা লায়য়েংবা ঙম্বরা মদু ওইথোক্লোই।
কেথবীঃ ঙসিদি মফম মতম চাদ্রে; ঐগী য়ুমদা নোংমতা চথোকপীরকউ।
ওকসনঃ ঐবু হীদাক কাপশিন্দুনা ঙাওহনগেরা ?
কেথবীঃ ঐসে মদু তৌগদবা মানবরা ?
ওকসনঃ তশেংবনি ঐ নঙবু উন্নবা য়াম্না কি ।
কেথবীঃ মরমদি ?
ওকসনঃ ঐদি লায়রবনি, ওক্তবনি, মীহাৎপনি।
কেথবীঃ দাদানা কনা হাৎলুরিবা ?
ওকসনঃ পাউখুম অদু নঙগী ড্যাডিদা হংউ।
কেথবীঃ ড্যাডিগা মরী করিসু লৈনদে।
ওকসনঃ ফরে কেথবী নঙ য়ৌরো। কদায় চৎলুগদৌবনো ?
কেথবীঃ ঐ দাদাবু উননীংবনি।
ওকসনঃ উন্নরে করি হায়নীংই অদুদি ?
কেথবীঃ মসি লম্বীনি ঐগী য়ুমদা নোংমতা লাকপিয়ু শংলোইদ্রা ?
ওকসনঃ ঙসিদি তান চারে। উন্নরে মতুংদদি শংগদবা মান্দরে। নঙগী ড্যাডিনা ঐবু উন্ননীংদে মাগী কান্নবা ওইজবা ফংলরোই।
কেথবীঃ দাদাগীসি য়াম্না ঋারৌবা মাল্লি। পাউখোংলা ?
ওকসনঃ করি মরী লৈনবগী ঋারৌগদৌরিবা পাউদমনি।
কেথবীঃ নোংমতা লাকপীয়ু হায়জবসি ...
ওকসনঃ ফরে শংবরা য়েংলগে। য়ৌরো চৎলো চৎলো।
কেথবীঃ তশেংনা ঐবু তাক্লে। কবি ঋাখলনো ? মমাঙঙৈগী দাদাদো ওইরমদ্রে।
ওকসনঃ কেথবী! ঐ কনানো হায়বসি পুম্নমক নহাক্কী ড্যাডিদা হংউ।
কেথবীঃ (য়াম্না নিঙমদনা) দাদা অদুদি ঐ ... (চৎখি)
ওকসনঃ (বাথল তৌনা চৎখিবা মায়কৈদা মুন্না য়েংলগা) পুন্সী অসে অসুম্না ওইরক্কনি থাজদে। ঐ হৌজিক শাধু শাবা তাই ঐগী অনীংবা পাঙথোকপা ঙমদ্রিফাওবা । (নোরতোন চঙলকই)
নোরতোনঃ ওকসন কমদৌরি, নুংঙাইহিরবরা ?
ওকসনঃ ইপল ঋারে হায়বা তাই। ঐখোয়না করিবু তৌদুনা নুংঙাইরুগনি; আশা য়াওদ্রবদা।

নোরতোনঃ করি ৱানো হায়হেদে হায়হেদে।

ওকসনঃ লিলনা মখুল চঙলমদাইদা চুপ্মী হায়বদুনি। ৱারবদি ৱায় হায়বা তাই। ওইদবা নমথাক্লা কয়া কুইবা য়াবনো।

নোরতোনঃ ঙসিদি জ্ঞান তানা, অমুক্তা ঙাঙথোক্তবা ৱাফম কয়া।

ওকসনঃ নোংম-নোংমগী ময়েক শেংলক্কনি। থাজদবা কয়া থৌদোক ওইনা উরক্কনি।

নোরতোনঃ ৱাফমদুবু ইবুংঙো ওকসন।

ওকসনঃ য়েংবদা কল্লু। থাজদ্রবা কয়া মথং মথং থোরক্কনি।

নোরতোনঃ নঙ মমাঙঙৈগী ৱাঙাঙগা য়াম্না খেন্নরে।

ওকসনঃ মসি মতম্না পুরকপনি। ওইজবা তানবদা, কান্নবা থিবদা ইজ্জৎ সনমান, ইকাইবা পূম্নমক থাদোক্লরে মসিবু লানবরা ?

নোরতোনঃ ওহোক্লা চুমখ্রে।

ওকসনঃ অচুম্বদি লেঙদনা লৈরি। অরানবদি মখোঙ পান্দুনা কোয়না চৎলি।

নোরতোনঃ পুন্সী হায়বসি ইতোমতা লেনবা য়ারোই।

ওকসনঃ তশেংনা চুপ্লবনি। উগা শঙ্গ ওইরুবদগী য়োৎপীনা ঈশিংদা তাউই।

নোরতোনঃ ককপা য়দ্রবা মীৎনা উরবা খুদমনি।

ওকসনঃ নুংঙাইবনা অৱাবা শকউদে।

নোরতোনঃ মদুসু কায়দে।

ওকসনঃ নুংঙাইমল্লবদি ৱায়, ৱাবগী পন্থেং লোম্বদা করিনো মথংদা।

নোরতোনঃ মদু ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদুনি।

ওকসনঃ ঈশ্বরনা করিসু তম্বীদে। ইশা ইশানা শেমজবনি। শোয়রগা লাল্লুরগা ঈশ্বরদা তাইনবনি।

নোরতোনঃ ঙসিদি মতমগী য়াওন্দা ফজরবা ৱাফম কয়া ...

ওকসনঃ পূম্নমক মতম্না পুরকপনি। শাধু খুদীংমক করম্না হৌরকই। খঙমিন্নবা চঙই থিমিন্নবা দরকার ওই। লায়রবনা লাইনীংবদি লাইনা লৌবীদে।

নোরতোনঃ মদুমক ককপা য়াদনা চুপ্লবনি।

ওকসনঃ অদুবু ঐদি ইখুৎনা শেমজবা ইখোঙনা চৎচবা লম্বীসিদগী নাহোকপা ঙমগনি নীংদে।

নোরতোনঃ ৱাফমদুবু ঐবু ভাব...

ওকসনঃ য়েংবীয়ু, ঙাইবীয়ু, খাঙবীয়ু, থবক ওইনা মথং মথং থেংনরকখিগনি।

অমেরিকাগী "জোন কেনেডি", ইন্দিয়াগী "ইন্দিরা" পুন্সী কমদৌখি ?

নোরতোনঃ ওকসন, নঙ ঙসিদি মমাঙঙৈদগী ঈতোপ তোপ্না উরে। করি ননীং থুংদবা লৈবগে ?

ওকসনঃ ঙসিগী রাজনীতিব্বালাশিংসে পরা খরদি তম্বীদবা য়াদরে। পরাদুনি ঐনা ঔরাইজরিবা ?

নোরতোনঃ ওকসন নঙ শোয়দনা ঙাওরনি।

ওকসনঃ ঐদি ঙাওবা কুইরেনা; জ্ঞান তানা ঙাওজবনি, পুন্সিদা থাজদবা কয়া থোকখ্রে।

নোরতোনঃ মদুসু অচুম্বনি।

ওকসনঃ নুংশিরকই। খল্লু খল্লুরগা ঐগী মরুপ মৈরাবা (হীক হীক কপলকই)।

নোরতোনঃ মাবু নুংশিদবা মালেমসিদা লৈরম্লোই; অদুবু মীহাৎ অদু ঙসি ফাওবা নমশিন্দুনা থম্বীখ্রে।

ওকসনঃ তশেংনা মীহাৎপা ঐ মশক খঙলে। ইমাসু মচা কায়নবগী খাঙমদবদগী ঙাওরে। ঐসু হায়ফম তৌফম খঙদনা ঙাওরে। লমনদি নোংমা শোয়দনা শিংলগে খল্লি।

নোরতোনঃ মৈরাবা হাৎপা মশক খঙলে।

ওকসনঃ মশক মুন্না খঙলে। কনানা লমন শিংগনি। মাগীদমক্তদি কনাসু লৈতে। মসি খনবদনি ঐনা ঙাওরিবসি।

নোরতোনঃ ব্বারীসু নুংঙাইরি। মতম মতমগী য়েংদুনা ঙাইবা তারি। (মতাংসিদা লৈমা য়াম্না জ্ঞান তাবা শানা লাকই)

লৈমাঃ নখোয় অনীদি অচীকপা লমহাং অসিদা লোন্না করি ব্বারী শানরি ?

নোরতোনঃ ইতৈমা! ওকসন ঐখোয় অনীসু চুন্না উন্নজবনি।

ওকসনঃ (য়াম্না নুংঙাইতনা) ইমা !

লৈমাঃ চরোদা করিগীনো ঐঙোন্দা ইমা হায়না কৌরিবা ঐগী ইচাদি মৈরাবা মতোমতনি। নঙগা চৎমিন্নখিবা ঐগী ইচা মৈরাবা কদায়দা লৈহৌরি ?

নোরতোনঃ মৈরাবগী ব্বাফম হেক পল্লকপদা ইতৈমা ...

লৈমাঃ মৈরাবা কৈদৌরে, নখোয়না লোৎলিবরা ?

ওকসনঃ ইমা! ঐসু মৈরাবা থিরকইবনি।

লৈমাঃ নঙনা মাবু লোৎশিল্লগা কদায়দা থিরকইবা; নচীন থীনুদা।

নোরতোনঃ (ব্বাখল তৌনা) ইতৈমা মৈরাবা থিবা ফংগদৌবা মান্দরে।

লৈমাঃ মালেম পৃথিবী মতূম তাবনি। লৈরবদি করিগী থিবা ফংদনি।
ওকসনঃ ঐনা মৈরাবা ফংননবা শোয়দনা থিরক্কনি।
লৈমাঃ নঙগী ৱাদু অশেংবরা ?
ওকসনঃ অশেংবনি তশেংবনি। ৱারুরনু য়ূমদা নুংঙাইনা পোথাদুনা লৈবীয়ু।
নোরতোনঃ চুম্মী ইতৈমা, মহাক্না নহানি শোয়দনা থিরসনু।
লৈমাঃ (ঈশৈ ওইনা)

নুংশিরবা ঐগী ইচা মৈরাবা,
লমদম কৈদবু লোৎলিগবা,
মচানা মমাবু নুংশিদ্রবা,
মমাতনা মচাবু নুংশিবরা ?

(হীক হীক কপ্পা) ইমাগী ইবুংঙো মৈরাবা।
(মমাগী ঈশৈ তাবদা ওকসন, নোরতোন মমীৎতা ঈরা চেনবা)

ওকসনঃ ইমা য়াম্না ৱারম্লগনি। য়ূমদা নুংঙাইনা পোথারুরো।
লৈমাঃ (মোমোন নোক্লগা) মচাগীদমক্তা মমানা হিংলি। ইমা খক বাদে; নচে থোকপরা থাজমানবীনা ইমাবু নুংঙাইনা থম্বীরি।
ওকসনঃ থাজমানবীগী মপা ইবুংঙোবু মশক খঙদ্রবরা?
লৈমাঃ করিগীদি খঙলুদৌরিবা; মৈরাবা মাঙখিবা নুমিৎতগী কনা অমা ঐগী নাক্তা লাকখিদরে (শাউরপ্না) নঙসু নৎত্রা ঐখোয়দা নোংমতা লাকখিদরে; নঙবু ওকসন নৎত্রা ?
নোরতোনঃ মানি মৈরাবগা লুনা তিন্নজবা ওকসননি।
লৈমাঃ য়াম্না লুনা তিন্নজবা নৎত্রা ? অদুগা নোংমতা লাকখিদরে ...
ওকসনঃ মানি ঐবু ওঙ্গোক্না থুনা কাউইদা।
লৈমাঃ খুরক্কী ঈনা লাই শাবা, থাজবদা লানবা মীওইবনি। নৎত্রা ? মসিগী পাউখুম পীনীংদ্রিবা করিগীনো ? (কপ্পা কপ্পা) ঐগী ইচাদো মীনা হায়রিমখৈ থাজবনি। নখোয়না হন্দক থেংনরবদি, ইমাবু নুংশিদ্রবসু নোংমতং লাকউ অদুগা অমুক চৎলু হায়না তম্মু; ঐ মাবু খক খাল্লরোই।
নোরতোনঃ (মরু লুকথরগা) ইতৈমা উনরবদি শোয়দনা তল্লগে।
লৈমাঃ নখোয় নচীন্দি থীগনুকো নখূৎনা অমা থম্মোয়না অমা।
ওকসনঃ (খুমদনা) ইমা।
লৈমাঃ মচা মশু কায়ননবা শীনবশিংসে নোংমদি মদুগী দোষ ফংনগনি; মীগী

ফত্তনবা খক তৌনরোইসি; ঐখোয়দি লায়রবনি লায়রবা।

ওকসনঃ ওহ্রোক্লা চুমখ্রবনি ইমাগী ব্রাফম।

লৈমাঃ অচুম্বদি লেঙদনা লৈরি। অরানবশিং মখোঙ পান্দুনা চৎলি।

নোরতোনঃ ওহ্রোক্লা চুমখ্রবনি ইতৈমগী ব্রাফমসে।

লৈমাঃ মণিপুরদা অনী অনী পুরিনবদা তাবা ফলদু পৃথিবী পুম্বদা তানে নৎত্রা?

ওকসনঃ মানি ইমাবু কদায়দা চৎপীগদৌরিবনো?

লৈমাঃ ঐসে ইচা মৈরাবা থিরকপনি। নখোয়না থিবীরগে হায়রবনিনা ঐ য়ুমদা অদুম হল্লগে। শোয়দনদি থিবীরকউকো।

ওকসনঃ শোয়দনা খিজরক্কে।

লৈমাঃ নখোয় নহারোলগী চীন্না অমা খৃৎনা অমদি তৌগনুকো?

নোরতোনঃ হৌজিকপু মফম কদায়দা থুংগদৌরিবা?

লৈমাঃ খঙদ্রে ঐসে। কদায়দনো, ভাব অমা ইঙাও ঙাওরে। ঐগী য়ুমদুবু লৈরম্খিগদ্রা! কুইরে ঐনা লাকপসে। মীনদি ঐসে অঙাওবী মাল্লবা, ঐদি ইচাগী খনবদা ঙাওবকা শংবা নত্তে।

ওকসনঃ ইমা য়ুমদা পোত্থাবীরুরো; মৈরাবদু ঐনা শোয়দনা পুরক্লগে (মত্থায় নুংঙাইতনা মমীৎতগী পিরাং শিন্থরগা)

লৈমাঃ নঙ তশেংবা ইচা মৈরাবগী মরুপনি। মদু নৎত্রবদি করিগী পিরাং শিন্থনি। ঐনসু নঙবু তশেংনা থাজে। মৈরাবগী অশেংবা মরুপনি। মীগী মমীৎতগী পিরাং লেম্মা খক মাঙবা হৌনদে।

নোরতোনঃ ইতৈমা য়ুমদা হল্লগা পোত্থারুরো (য়াম্না নুংঙাইতনা)।

লৈমাঃ ফরে ফরে ঐ হল্লগে (চৎখি, খরা চৎলগা অমুক হল্লকই) নখোয় নুপানিকো নুপানা বা লান্না ঙাঙবা হৌনদে; ইচা মৈরাবা পুরকপা ঙাইরমগে (চৎখি)

নোরতোনঃ ওকসন, মৈরাবগী কেস অসি মফম মবাং খঙদনা অসুম নমশীনখ্রে।

ওকসনঃ মদুমক হায়বা য়াই।

নোরতোনঃ মীহাৎ অসি রাজনীতিগী অচৌ-অশাংগী খৃৎনেক ওইবা তারে।

ওকসনঃ ঐসু অদুম খল্লি। ইমাগী মতৌসি কয়াদি নুংঙাইতরে।

নোরতোনঃ তশেংনা ঙাওরে।

ওকসনঃ কনাগীদা কমদৌনা লৈরিবগে ইমাসে?

নোরতোনঃ মরক মরক্তা থাজমানবীগীদা লাকপসু য়াওই লৈরম্বসু য়াওই।

ওকসনঃ অহিং নুংথিল কমদৌনা লেপ্লি। ওঙ্গোক্লা নুংঙাইখিদ্রে; ওঙ্গোক্লা নিঙম্লকখিদ্রে।

নোরতোনঃ শাগৈ নাতৈ চাউবসু নত্তে মরী মতাসু লৈতগুম তৌই। ওঙ্গোক্লা পাম্মুখ্রে; হৌজিক্কী মতমসিদা।

ওকসনঃ লায়য়েংলগা ফবদি ঙমগদ্রা ইমাসে ?

নোরতোনঃ ব্রাখল লায়নানি, লায়না অসিগুম্বসি ফবা খক ঙমগনদে; অদুবু চাওখৎলবা মতমনি করিগী ঙম্লোই!

ওকসনঃ ইপল অমুক্তং খন্নদুনা লায়য়েংনীংই।

নোরতোনঃ মদুসু তিন্নরম্বগী লোয়নরম্বগীনি; ঈশ্বরনা থৌজানবিগনি।

ওকসনঃ ওঙ্গোক্লা নিঙমখিদ্রে। উপায় অমা তৌদুনা লায়য়েংনীংই। অদুবু কমদৌনি

নোরতোনঃ মসি নখোয় ঐখোয়না কৈদৌরুনি। মতম চুপ্পা শেন্নরুবসু ঙমগদবা মান্দে।

ওকসনঃ মসি (খরা খল্লগা) ইপলসু মী কনা অমা লৈজদে। ঐসু নহানি তম ঙমদে।

নোরতোনঃ নঙসু নোংমা নিনি খল্লু, ঐসু খনবা য়াবা করি করিনো খন্নগে। ব্রাফমসি নত্তবা খন্নরসি। নঙবু খরদি নুংঙাইরিদনা ?

ওকসনঃ (ব্রাখল খল্লগা) হোয় নুংঙাইরি হায়বা তাই।

নোরতোনঃ নুপী অঙাং থিবগী আশাদি কমদৌবা ? চহীদি ঘড়ীগী কটানি লেপ্তুনা চৎলি। ইমা পাবদি কল্লিকো ?

ওকসনঃ কল্লি; পুন্সী অসি হিংবু হিংনীংদ্রে।

নোরতোনঃ নখোয়গুম্বা অচৌবা ঠিকাদার শেঞ্জাও পায়বা ফাওবনা মদু খল্লবদি কমদৌনি ?

ওকসনঃ মীওইবগী পুন্সী অসি খক পেনবা নাইদে।

নোরতোনঃ মন্ত্রী অনীনা খূৎচাবী ওইরিবা ইবুংঙোবু করিদা ব্রাৎলি হায়বগে ?

ওকসনঃ মপাঙ্গোংগী ব্রাফমনি। মন্ত্রীশিংদি ঐখোয়কাসি তুমিৎ কাঙগুম খনবজাৎনি।

নোরতোনঃ তুমিৎ কাঙগী মতেঙনা মন্ত্রী ওইবনি হায়বসি খঙহনবা ফৈ।

ওকসনঃ মদুমক হুজিক্কী মন্ত্রীশিং অসিগী হায়রুবদি চুমই। অদুবু ইপল ইবুংঙো ইচানুপীনা সি এমগী নুপী ওইরে খরদি নুংঙাইরিকো ?

নোরতোনঃ মদুমক খনফম থোকই। অদুবু মীওইবা খুদীংমক খনবনা অমা তৌথোরকপনা অমা হায়বদুনি।

ওকসনঃ ইপল পুঙ্গী অসি তম্বা ঙমদে। থাজদ্রবা কয়া ওইরকই । লাইনা তম্বনা অমা, মীনা শেম্বনা অমা ওহোক্লা চুমখ্রে।

নোরতোনঃ মীদি মীনা শেমগদবনি। লাইনা খক শেম্বা ঙম্বা নত্তে। মসিদি ঐগী চপ চানা থাজবনি।

ওকসনঃ মদু তশেংনা চুম্মী ময়েক অমত্তা লান্দে। মীপুম খুদীংমক ভাব তামিন্নবা মতম য়ৌরে।

নোরতোনঃ ওইজবা খরদং ফংনবা হোৎনবদা ইজ্জৎ পূন্নমক মাঙনরে, মরুপ মপাং ঙম্নমক কায়নরে যুগ অসি।

ওকসনঃ মদুসু লান্দে। অদুবু মীশক মীওই খরদি ইজ্জৎ য়েংবদা থাঙবদা ব্রানা থাঙনরে। ইকাইবা খঙদবশিংনা মপূক পেন্না চানরি। খরনা ইজ্জৎ য়েংবদনা পূক পায়দুনা থাঙনরে।

নোরতোনঃ পূন্নমক অচুম্বনি। ওইজবা তানবা ঐখোয়দি মীয়াম মরক্তা তিনবা তাবনি।

ওকসনঃ মদুমক অচুম্বনি, ওইজবসি মীয়াম মরক্তা লৈরে।

নোরতোনঃ শেলবু জঙ্গলদা লৈবা হৌনদে।

ওকসনঃ মীয়াম তিনবা বজারদা অফিসশিংদা অঙম্বশিংদা নক্লবা মশানা তাজবনি, অদুনা ঐসু ইথৌ সি এমগীদা য়ান্না তোয়না লাক্লুনা ওইজবা খরদি লৌরি। ঙসিসু চৎকনি ইপল ইবুংঙো।

নোরতোনঃ ফরে ফরে, খরা কুইনা ব্রারী শাননবা য়ৌমিন্নরুরসি (থোকমিন্নখি)



## মরিশুবা মতাং

মফমঃ সি এমগী রেসিডেন্স চপ চাবা লৈতেংশিংনি।
মতমঃ অয়ুক পূং তরা তরামাথোই তাবা
*[থাজমানবী মতোমতা রাখল তৌনা ফমদুনা লৈরি।]*

থাজমানবীঃ ঐগী মরমদা লমদমসিগী মীরা ঙাঙনবা পাম্বা মতমসিগী মীয়াম্না ফজনা অমত্তা ঙাঙনরম্মোই। য়াম্না মুন্না থক্‌কুরগদি ঐসু ইতোমতা মপান থোকপা ফাওবা ঙমগদবা মান্দে। চহী কুনমঙা কুনতরুক্কী লৈশাবী অমনা চহী হুমফুতরামঙা হুমফুতরাতরুক শুরবা অহল অমদা লৈরে। ঐগী নুংগী ওইবা মশক খঙদবশিংনা ঐবু ... । অমো মৈবাবা হাৎপদা চেন্নবা মীশক পূম্নমক লেম্না থক মাঙহল্লরোই। মসি ঙমদ্রি ফাওবা খাঙখিবা তাবনি। পুলিস হায়বসি ওহোল্লা ইজ্জৎ লৈখিদ্রে। মীগী মপুরোইবা লৈরবী অমগী মফমদা রোবোট হায়বা মহাক্লসু নত্তবা মীৎয়েং রেংজবা শারি। হন্দক্তী মতীক চাবা মশক থোকপা ইতিহাস অমদি থম্লমগে। ঙসিগী য়ুগ অসি লায়রবা মতু শোনবশিং হিংবগী মহাও ঙম্নমক শেঞ্জাও পায়বশিংনা পায়শিনখ্রে; অচুম্বা অশেংবা ঙম্নমক মাঙহনখ্রে। থেংনবা তাই, খাঙখিবা তারি। ঙাঙননীংবা ঙাঙনজসনু। (মতাংসিদা রোবোট য়ুনিফোর্মদা চঙলকই)

রোবোটঃ (য়াম্না কোইদবগী মওংদা) ঐবু চঙজরকপা রাগদ্রা?

থাজমানবীঃ (রাখল তৌনা থৌশাদনা) কবি হায়বিগদবনো?

রোবোটঃ ঐখোয় ইবৌ সি এমনা দিল্লি চৎখিবসি নুমিৎ কয়ানিগী খোঙচৎনো? অশেংবা ...

থাজমানবীঃ করিগীনো ঐদি থোইনা মুন্না হংজহৌদ্রে।

রোবোটঃ হায়রিবসিবু ?

থাজমানবীঃ ঐনা মফমসিদা মতম খরা লমদঞ্জবনি। নোংমা নোংমগী নোং ঙানবা ঙাইজবনি।

রোবোটঃ মদুমক্তা শাংলবা পুন্সীবু মাঙহঞ্জবদি পাম্মুজে।

থাজমানবীঃ ঐগী পুন্সী শিল্লানি। মৈরাবগী মীহাৎ মশক হেক খঙবা নুমিৎতা অনৌবা মপোক অমদা, অনৌবা পুন্সী অমদা ...

রোবোটঃ মদুনা অসুমক লেপ্লবরা ?

থাজমানবীঃ ঐদি হায়দোকখিবা ঙাঙথোকখিবা রাফম তরাই তরাই লৌজদে। অচুম্বা অশেংবা খঙননবা হোৎনবদা রাবনগী শক্তম লৌজবনি।

রোবোটঃ মৈরাবগী মীহাৎ মশক খঙবদি খ্বাইদগী লায়বা রানি।

থাজমানবীঃ খ্বাইদগী লায়বা রাফমদু ময়েক শেংনা খঙহনবীয়ু। অদোমগী মতীক চাবা মনা অরামল কৎচগনি। পুলিসনবু মনা মথুম পামবীদবসিবু।

রোবোটঃ অচুম্বা অশেংবা খঙলক্লগা, অচৌ-অশাং, মপী-মপা ওইবশিংগী মরাল ওইরমদুনা নাথৈখিগদ্রা ?

থাজমানবীঃ অচুম্বা অশেংববু নমহৎপা, লায়রবশিং হক মৎপা, মদুগী মাইয়োক্তা থাজনা ঈংনা চিক্লা নোংঙাল্লমদাই শজিক্কুম অনৌবা লম্বী অমা শেমগে থৌরাংজরি।

রোবোটঃ অহিংগী অচিকপা থুগাইদুনা নোংঙাল্লমদাইদা থোকপা শজিকপু মতমগী তমথিবা নোংলৈ নুংশিৎনা হুমজিল্লক্তুনা অৱাবা ঈপাক্তা ঈরাক্লরোইদ্রা ?

থাজমানবীঃ মৈবু ফিনা কুপশিন্দুনা থম্বা, অচুম্ববু লুপা পৈশানা; খুমজিনবা; শক্তিনা লৈবাক জয় তৌবগী মতম হেনখ্রে। অশেংনা ইন্সপেক্টর বাবুনা ঐগী ইতেঙ খরদং পাংহঞ্জনীংই।

রোবোটঃ পাংজগে খনবা ...

থাজমানবীঃ মৈতৈ পাউরৌদি চেঙ পুরগা চেঙ শিং, মীগী তৌবীমল মশক খঙদবা থাজসু নৎচদে। মৈরাবগী মীহাৎ খঙবগা লোয়ননা মচাক মথুম দরকার ওইবা খুদীংমক খঙলগা অচুম্বগীদমক লাম্লেংনবা মতম খরদং শক্তিগী মরুমদা মৈশা খাঙনা লেঞ্জবনি। ঐবু থাজদবা তৌবীনু।

রোবোটঃ থম্মোয়দি শেংলেকো ?

থাজমানবীঃ মতম চুপ্পা শেঙ্গা-থুমজা, অচান-মীরায়না য়াওন্নদুনতা লাকপনা অচুম্বা অশেংবসু নাথৈজবা শিনফমদুদগী নাম্লোকপা ঙম্বীরোইদ্রা।

রোবোটঃ হৌজিক্কী মতমসিদবু অচুম্বগী মফম লৈরমখিগদ্রা ?

থাজমানবীঃ অচুম্বদি চীংজাওগুম লেঙদনা লৈরি। ৱারেম ঙাঙনদুনা কান্নদে অঙম্বা তেঙবাঙ নিজরি। মতীক চাবা অপাম্বা মমল পীজগে, লংলা-লংজিন খঙলবদি ...

রোবোটঃ মীহাৎ অদুগী মরম খুদীংমক অমত্তা চীখদনা পুথোকচগে।

থাজমানবীঃ অদুদি মদুদা অদোমসু ... চিংনজবা কুইরবনি ...

রোবোটঃ মদুমক্তি অরানবা মীৎয়েংনি।

থাজমানবীঃ পুলিসনা মীহাৎপা লোৎশিনবনি। লুপা পৈশানা নাথৈবনি শক্তিতবু পামজবদগী শক্তিগী মরুমদা লোৎচবনি।

রোবোটঃ মদুমকসু হায়মনবা থোক্কনি।

থাজমানবীঃ সি এম মপান্দা লৈখ্রিঙৈ থম্মোয়গী অনীংবা অপাম্বা ফোঙবীয়ু। অদোম্না মীহাৎকী মরমদা ফোঙবীদ্রবসু মখল মখা কয়াগী অচুম্বা পাম্বা মীশক কয়াদা পাউ থাজবা লেপচদে। পাংবীবা ঙমনি ঙম্মোই শেংদোকপিয়ু।

রোবোটঃ শোয়দনা ঙমগদ্রা খল্লি। অদুগা ...

থাজমানবীঃ নুমিৎ কয়ানি সি এম ওইগাদগে খঙবা ঙম্বা নত্তে। হৌজিক্কী ইজ্জৎ য়াওদ্রবা এম এল এশিংনি। মতমগী মমল খঙনা মাঙহঞ্জনীংদে।

রোবোটঃ ঐগী অনীংবা কয়াসু লৈতবা নত্তে। থৱায় ফাওবা কখোক্তুনা তেঙবাঙজগে খঞ্জবনি।

থাজমানবীঃ ৱাফমদু থাগৎতবা ঙমলোই। অদুবু অচুম্বগীদমক লেপ্পীরবরা নৎত্রগা ঐগী ঐগী ওইজবা ফংননবা খনবীবরা ?

রোবোটঃ অচুম্বদি মশক থোক্না লেঙদনা লৈরি। অচুম্বগী মরুমদা ইশাগী ওইজবা কান্নবা হায়বা অমসু লৈতবা নত্তে।

থাজমানবীঃ থম্মোয়না শেংলবদা হোৎনজমনগী মহয় ফংদবা য়ারোই। কখোক্লবদা লমজেন তান্নসি, মদুতনা হিংবগী মহাও মশক খঙগনি।

রোবোটঃ মীওইবা খুদীংমক অচুম্বা অশেংবা খঙনবা ঙাক্তনি। মফম মতমগী খুদোংচাবা থিনবনি।

থাজমানবীঃ ঙসিদি মতাং য়াম্না চারে। কনাসু লৈতে; অচীকপনি। মীশকশিং ময়েক শেংনা ঐনা খঙলিবসি ঐসু হায়দোক্লগে।

রোবোটঃ মৈরাবা মীহাৎকী মরী লৈনবশিং ...

থাজমানবীঃ মানি ! ওকসন, ডাকু, ইথৌ, ইশামক।

রোবোটঃ ঐ ইশামক হকথেংনবদি নত্তে, শিনফমসিদা লৈরুবগী শক খঙবনি।

থাজমানবীঃ পুলিস অফিসার অমনা মীহাৎপা খঙলগা নমশিন্দুনা থম্বদি ?

রোবোটঃ ইধৌ, ডাকু মতমসিগী শকনাইবা মীশকশিংনি। হকথেংনবদি নত্তে।

থাজমানবীঃ হকথেংনবদি ওকসননি; তেঙবাঙবীবনা ইশামক নাকোইননা।

রোবোটঃ ঐ ইশামক্তি মীহাৎকী মরমদা থোইনা মরী লৈনদে।

থাজমানবীঃ অচুম্বা শান্তি পুরক্পবা লৈরিবশিংনা শেল-থুম, অচৌ-অশাংগী মীচঙ চঙবদি খ্বাইদগী ফত্তবা অমনি। মফম তাঞ্জা চারবদি চুমথোকমিন্নবদা তেঙবাঙ চঙই।

রোবোটঃ মদুমক ঐগী পামজবনি। ডাকু, ইধৌ, ওকসনগী মথক্তা মতৌ করম্বা ঐনা ...

থাজমানবীঃ মদুগীদমক্তা থোইনা ৱানীংঙাই ওইদে। ঐগী ইফমদদি ... (মতাংসিদা ওকসন চঙলকই)

রোবোটঃ ভায় কদোমদগীনো ?

থাজমানবীঃ ওকসন মতাং চানা লেঙবীরকপা ফরে।

ওকসনঃ করম্বা থবক্কীদমক মতাং চারিবা ?

থাজমানবীঃ ইধৌসু মপান্দা চৎখ্রি।

রোবোটঃ অদুদি ঐসু অমুক য়ৌজখ্রগে।

থাজমানবীঃ য়ারে অদুবু পন্থহনবদি পামদ্রে। য়ৌবীরো।

রোবোটঃ ভায় ঐদি অরুবা থবক খরা লৈহৌরি। মাঙ থাজরম্লগে।

ওকসনঃ মদুসু কায়দ্রে।

রোবোটঃ ঐ চৎলে চৎলে (থোকখি)।

ওকসনঃ ইধৌনা গাড়ী জিপসিগী ৱাফম হায়বীরমদ্রবরা ?

থাজমানবীঃ পূন্নমক শিন্নরম্মী। কয়াম থুবা থবক্লো ? ৱারী মখা খরা ...।

ওকসনঃ শাংদ্রবদি য়াই।

থাজমানবীঃ মৈরাবগী মীহাৎসি নখোয় ঐ খ্বাই চঙদুনা থিগৎমিন্নবা।

ওকসনঃ মদু থোইনা কান্নগদবা মান্দে।

থাজমানবীঃ মরমদি ?

ওকসনঃ পূন্নমক হৌখ্রে। মরম খঙলগা থোইনা দযা তানগনি; মৈরাবা অমুক হিংগৎলক্লরোই।

থাজমানবীঃ মদুমক তশেংনা চুম্লবনি। অদুবু ঐনা মাগী মীচঙনি। মরম খঙদোকপা মীহাৎপা খঙবদি থোইনা লাক্লোই নীংই।

ওকসনঃ লোইনা চুম্মী। অদুবু শিগ্রবশিংগীদমক অহিংবশিংনা ৱাবসি থাদোক্লগা তুংগী পুন্নীগী লম্বী থিবসিনা হেন্না অফবা অমনি।

থাজমানবীঃ মৈরাবা মীহাৎ ফানবা ঐনা ইশুং ইমান্নবা নত্তবা চহী হুম্ফুতরামঙা হুম্ফুতরাতরুক শুরবা অহল অমদা ... । মীয়াম্না ঙাঙনবা ঐসু তায়।

ওকসনঃ মীয়ামগী ৱাবু থোইনা তারুনু পুন্সী অসি নুংঙাইনবা নৎত্রা ?

থাজমানবীঃ মদুসু লান্দে; মৈরাবা হাৎপা মীশক লেম্না থাররোই, সি এমগী নুপীনি ঐ।

ওকসনঃ মদু পূন্নমক সি এম ইধৌনা লোইনা খঙলমগদ্রা খল্লি।

থাজমানবীঃ মদুসু ওইথোকপা য়াই।

ওকসনঃ সি এম লাক্লগা নোংমা ঈংনা খন্নরসি।

থাজমানবীঃ মীহাৎ অদু ইধৌনা হায়রিসিদি ঐনা থাজবা ঙমদে।

ওকসনঃ (পাখৎনা) তশেংনা ইধৌনা মীশক অদু হায়বরা ?

থাজমানবীঃ (তপথনা) ইধৌদো ঙসিদি ঐগী ইপুরোইবা ওইরে।

ওকসনঃ ইধৌগী ৱাসু অচুম্বা ওইরমদবা য়াই, রাজনীতিৱালা হায়বসিদি মচীন থীবদা হায়নরিবনি।

থাজমানবীঃ চুম্মী ঐসু খ্বাইদগী চিংনৈ। মৈরাবগা অদুক লুনা তিন্নবা মীশক অদুনা হাৎপনি হায়বসি থাজবা ঙমদে।

ওকসনঃ থাজফম থোক্তে। রাজনীতিৱালাগী মতম মতমগী ঙন্নবা ঙাঙবনি; অদু ঐ চকপীকারোংদা অথুবা অমগীনি গাড়ীদুবু ...

থাজমানবীঃ গেরেজদা লৈবনি, সি এমনা শিন্নবীরম্বনি ননীং তমজৌ হিংলিঙৈসিদা (মতাংসিদা মপাবুং নোরতোন চঙলকই)

ওকসনঃ ইপলসু লেঙবীরকই।

নোরতোনঃ ইবুংঙোসু লৈরম্মী; কদোমদগীনো কদায়দা চৎপিরুবনো ?

ওকসনঃ ঐ থবক অমগীদমক ... ইপল লৈবিহৌখো (থোকখি)।

থাজমানবীঃ পাবুং করি তৌবা য়াওরবগে ফম্বীয়ু।

নোরতোনঃ নুপীমচা, পুন্সী অসে তরাইনা খনবা য়াবা নত্তে। হৌজিক্কী মতমদা মশা মশাগী ওইজবা থিবনা মশীং হেনবনি। ওকসন কনানো ? রোবোট কনানো? মশক খঙনা লোয়নগদবনি।

থাজমানবীঃ ঐসু পূন্নমক ভাব তাজে।

নোরতোনঃ মৈরাবা মীহাৎ নঙনা কন্না চপখৎলকই হায়বা তারে।

থাজমানবীঃ ৱাফমদু অচুম্বনি।

নোরতোনঃ শিখ্রবা মীগীদমক্তা পঙখন খনবসি কান্নরোই য়াম্না হৈনা শিংনা লেনবা তাবনি।

থাজমানবীঃ পাবুং অচুম্বা অশেংবা হায়বসি হৌজিক ফাওবা লেঙদনা লৈরি। লায়রবা ইনাকখুনবা নাকল লেঙদনা লৈবগুম্বনি। ঐ মৈরাবা মীহাৎপা দণ্ডি পীদ্রিফাও লেপ্তুনা থিখিগনি। চেনবসু য়ারোই ঐগী চাউনা মফম ফংগনি।

নোরতোনঃ মীহাৎপা লৈবাক্লা খঙনবা ঙাক্তনি ফোঙদোক্লদবগী ৱানী ইতিহাস লেঙদনা লৈরি অদুবু ওইজবা ওইজদবা হায়বদি খঙমিন্নবা চঙই।

থাজমানবীঃ পুন্সী অসি শেন্দোংগীদমক্তা খন্দোকপসু ফত্তে।

নোরতোনঃ ইচাগী ৱাফম ইপানা ককপা নত্তে। নহাক নশাগী মতীক চাবা ক্লাস লৈবীনি।

থাজমানবীঃ পাবুং ঐসু অচুম্বা, অশেংবা, কখোকপা পাম্মী। ঐগী মরমদা ঙসিগী মীয়াম্না ফজনা খক লৌনদে। মীগী থম্মোয় মীনা খঙনদে। কোংগ্রেং মনুংগী মুক্তা অঙকপা ওইনা খন্নদে।

নোরতোনঃ মুক্তাগী শিজীন্নফম মফম মতম খঙবা দরকারনি। মৈরাবা মীহাৎনা লৈবাক ৱাথোক ওইরক্কনি। হেন্না খঙ্বা অমা চঙই।

থাজমানবীঃ অনৌবা সমাজ অমা শেম্বদা অরিবা ঙম্নমক মাঙহন্নবা অমদি চঙই। ঐগী অরেপ্পনি। মৈরাবা মীহাৎকী লমন শিংবা।

নোরতোনঃ মীয়ামগী লুচিংবা অমগী পুন্সী মাঙহনখিবা তরাইবা নত্তে। মদুবু মাঙননবা শীল্লকইবসু অরায়বা নত্তে।

থাজমানবীঃ পুম্নমক খঙই। লমদম অসি য়াদে হায়বা অমা খঙহন্নবা তাই। পাবুংসু ঐবু তেঙবাঙবীয়ু। কিরগা তোর্ব্বানিদা মীৎ-না শিংনা য়েংবীয়ু। ঐগীদি মরী লৈনবা মীহাৎ খুদীংমক দণ্ডি পীবনি হোংলরোইদবা ৱাশকনি।

নোরতোনঃ নঙ নুপীনি। নুপীনা শিংদুনা লাইওইরবা রাজনীতিরালাশিংবু ...

থাজমানবীঃ হৌজিকী মতমদা ঙম্নদবা লৈতে। মীফত্তা খুদীংমক মফম চারবদি তূম্না মাঙহন্নবা শোয়দনা ঙমগনি; য়েংবীয়ু থাজগী ইতীক।

নোরতোনঃ ইপানা খাম্বা ইতীক নত্তে। নঙ নশাগী লৌশিং লৈবীনি। ইপানা মুন্না খঙই। অদুবু চেকশিনবা অমদি ... নত্তে নঙবু মীহাৎতু (কোয়না য়েংই) মশক মুন্না খঙলববা ?

থাজমানবীঃ মখোক্তগী মতোন ফাওবা কৃপ্পা খঙলে।

নোরতোনঃ অদুদি কনা কনানো ?

থাজমানবীঃ ওকসন, ডাকু, ইধৌ, রোবোট মখোয়গী থৌশিল ঙাক্তনি।

নোরতোনঃ মী অমা হাৎপদা মীশক অহুম মরি চঙফম থোক্তে।

থাজমানবীঃ হুকথেংনবা ওকসননি, মাষ্টর ব্রেন ডাকু, খুদোংচাবা লৌবনা ইধৌনি; মদুগী লোৎশিন্নবা হোৎনবনা রোবোটনি।

নোরতোনঃ কয়াদা লুখ্রবা কয়াদা ঙম্নখ্রবা; মীশক মরিবু করম্না দণ্ডি পীগনি লুপা পৈশা শঙ্গ মতমসিগী ...

থাজমানবীঃ লুপা পৈশাদি খল্লুরনু ঙসিদি। মরী লৈনবা মীশক ঙম্নমক লোইশিনবা ঙম্নবা হোৎনগনি। আমেরিকাগী মথক্তা কনানা লমন খুমগনি খল্লম্বা; ৱার্লড ট্রেড সেন্টর মতৌ করম্না তুন্না মাঙহনখি। থাজদ্রবা ঙাক্তনি।

নোরতোনঃ মদুমক অঙকপনি। থাজনদে। ওইথোক্রোই।

থাজমানবীঃ মদু ঙমদ্রিফাওবা মতম খরা খাঙখিবা তাই। অচুম্বা অশেংবা পৃথিবীদা লৈরবদি শোয়দনা মায় পাক্কনি।

নোরতোনঃ (মঙক নোম্লগা) নুপীমচা থবক অদু অরায়বা নত্তে।

থাজমানবীঃ ঐসু খঙই পাবুং । অদুবু ঈশ্বর লৈরবা অচুম্বগী মতম লাক্কনি। নচা থাজ হোৎনদুনা য়েংজগে ঙমদ্রগা ঐগী পুন্সী অচুম্বদা য়ূমফম ওইদুনা কখোকচগে।

নোরতোনঃ থাজ, ইপা নঙগীদমক ৱাদবা ঙমদে।

থাজমানবীঃ পাবুং ৱাবীরুনু মতমনা শোয়দনা তেঙবাঙবিরক্কনি। মদু ফাওবা খাঙবা তারি। ঐ অচুম্বগীদমক্তা লেপ্লবনি। ঈশ্বরনসু তেঙবাঙবীগনি। মসিগী থবক অসিদা পুন্নমক পঙথহনগনি। মণিপুরগী ইতিহাসতা অনৌবা অমা ওইহনগে।

নোরতোনঃ থাজ !

থাজমানবীঃ পাবুং ঙসিদি চাক ঈশিং চারগা ইধৌনা দিল্লিদগী হুল্লকত্রিফাওবা ঐগীসিদা পোখাবীরো; হেন্না কৃপ্পা মরম খরসু তান্নজনীংই।

নোরতোনঃ ইবেম্মা থাজ ইপাদি তুমীন্না শান্তি ওইনা হিংবনবু হেন্না পাম্লে।

থাজমানবীঃ মদু নুপা মান্দবগী ৱানি পাবুং; হিংলবদি মীয়ামগী কান্নবা খরসু তৌরম্বা ফৈ।

নোরতোনঃ মীহাৎপদা তুমীন তোকপা খক য়ারোই । মচা মগু নত্তে, লায়রবসু নত্তে, তরাইবা ৱা নত্তে।

থাজমানবীঃ নচা থাজগী থৌরাঙসু তরাইনা তৌজরোই ৱার্লড ট্রেড সেন্টর কমদৌখি। মদু পরা অমনি।

নোরতোনঃ ডাকু, সি এম, রোবোট, ওকসন অমমমতা খনবদা শ্বর ফুন্নগনি। মখোয়গী মতীক মথৌনা লমদমসিদা খঙনরিবনি।

থাজমানবীঃ মীশক মরিমক লমদমসিদগী পুন্না মাঙহনবা ঙমদ্রিফাওবা খাঙখিবা তারি। শোয়দনা ঙম্লগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা ঐগী লৈরে।

নোরতোনঃ নুপীমচা থাজ নঙদি ঙরাংতগী অঙাংনি। অদুক চাউরবা থবক অদুবু।

থাজমানবীঃ পাবুং লৌশিং জ্ঞান খুদীংমক মতমনা শোয়দনা পুবীরক্কনি; ঐগীসু থৌনা শোয়দনা লৈরক্কনি, ঐনা লেপচরিবসি অচুম্বগীদমক্তনি। ঈশ্বরনসু তেঙবাঙবীগনি।

নোরতোনঃ ৱাফম অদু নাকোং অনী শুহনবা য়াবসু নত্তে। নঙগী কোক মচা অদুনা ...। খঙনরকপা য়াওরবদি দষাসু মচা ওইরোই।

থাজমানবীঃ মসি পাবুং নত্তনা কনাগী নাকোং য়ৌদ্রি য়ৌসু য়ৌহল্লোই।

নোরতোনঃ সি এমগী মচা-মশু মরী-মতা ময়াম, ডাকুগী শঙ্গ-পঙ্গ, রোবোট ফরবসু ফৎত্রবসু পুলিস অফিসার, ওকসন মতম অমগী রিভোলুসনগী লীডর; ইবেম্মা থবক অদু খুদোংথীবনা নাক-য়েৎ খুদীংমক লাঙ্গোই চনগনি।

থাজমানবীঃ পুম্নমক ঐ খঙই পাবুং। ঐগীদমক পাবুং নত্তনা লৈতে। মদুগী মনুংদা ঈশ্বরনা তেঙবাঙগনি অচুম্বনা লমজীংগনি।

নোরতোনঃ ইবেম্মা নঙগী মথাদু ইপা য়াবা খক ঙম্মোই। মী অমা হাৎপা ফাওবা লুরবদা মী মরি হাৎপা ৱাখল অদু থাদোকউ।

থাজমানবীঃ পাবুং, ঐ হৌজিক সি এমগী ময়ুমদা লৈরি। মসিমকসু ঈশ্বরনা চাউরবা থৌরাঙ অমা পীরিবনি। সমাজনা ঐবু ঙাঙনরি। ঐসু খঙই। মদুগী চপ চাবা পাউখুম শোয়দনা পীরমগে? (মতাংসিদা কেথবী চঙলকই) কেথবী নঙ লাকই ?

কেথবীঃ ইচে ৱারী অমা শানীংদুনা ...

নোরতোনঃ নচীন ননাও করি ৱারীনো শান্নহৌরো (থোকখি)।

কেথবীঃ ঐ লাকপনা পাবুংগা ইচেগগী ৱারী কায়রমালে।

থাজমানবীঃ করিসু অরুবা ৱারী নত্তে, কায়দে কায়দে। নঙনা লাকপবু করি হায়নীংই।

কেথবীঃ চুম্না লনাইগী ৱারীনি।

থাজমানবীঃ অদুবু হেক্তা হায়য়ু ঐনা পাংবা ঙম্বা ওইরবদি ইনাওগীবু।

কেথবীঃ তামো ওকসননা ঐবু হৌজিকসি করি খল্লী খঙবীবরা ?

থাজমানবীঃ ওকসন উনখিদবা কুইরে হায়বা য়াই।

কেথবীঃ ইচেখোয়গীদা শুকলাক লাকখিদবরা ?

থাজমানবীঃ লাকপগী ৱাদি নোংমগী লেপ্তনা লাকই। ৱারী শান্নদবদি কুইরে। নঙবু মাগী আশা কমদৌবা ?

কেথবীঃ ঐসু মাগা মরী লৈনদবা কুইরে।

থাজমানবীঃ খৎনরবরা ? করিগীনো ?

কেথবীঃ খৎনদে মথোং মরম খঙদবা মীশক্কা শঙ্গ ওইবা পামদ্রে।

থাজমানবীঃ মমাঙউঁ খঙ্গহৌদবরা ?

কেথবীঃ খঙই, খঙনা খঙনা ওইজ-ওইথক কান্নবা খরগীদমক্তা লোয়নবনি।

থাজমানবীঃ ঙসিদি খুদোংচাবা ফংবা ঙমলরোই অসিরা ?

কেথবীঃ মদুমক হায়বা য়াই। ঐগী আশাসু মখোয়গুম্বা মীগা শঙ্গ ওইবা পামদ্রে।

থাজমানবীঃ অদুদি তশেংনা থাদোক্কে খল্লে অসিরা ?

কেথবীঃ থাদোক্লবনি, খনবদা নত্তে; ঐগীদি মশক নাইবা অফিসার অমগা ...

থাজমানবীঃ ৱা লোইখোক্লরবরা ?

কেথবীঃ মদুমক হায়বদি য়াদ্রি। ঐখোয় মাম্মীনা ...

থাজমানবীঃ ফরে ফরে ঐসু পাউ খরদি নাকোইননা তাবা লৈখ্রে, অদুবু ধর্ম্ম খরদি খনবা ফৈ।

কেথবীঃ হৌজিক্কী মতমদবু ধর্ম্ম য়ারিবরা ? তশেংনা তামো ওকসনসি খঙ্গরুরগা কিরক্লে। হৌজিক শেঞ্জাও পায়বা ওইরে মদুসু খঙই। শেলনা য়াদে হায়বা ঐসু ভাব খরদি ফংলে।

থাজমানবীঃ নঙগী মাম্মী ড্যাডিনা আই এ এস, আই পি এস কী আশা তৌরে ঐসু খরদি তারে।

কেথবীঃ মদুমক চুল্লবনি।

থাজমানবীঃ মীশকপু কনানো ?

কেথবীঃ অশেংবা অসিনি হায়বদি য়াদ্রি, মাম্মী ড্যাডিগী অপাম্বদা ...

থাজমানবীঃ হৌজিক্কী মতমদা মমা মপানা অফাওবা অফিসার কয়াদা মচা থাজনীংবসি হৌনশানি।

কেথবীঃ ড্যাডি মাম্মীগী অপাম্বদু ঐগীসু ...

থাজমানবীঃ মমা মপানা মচাগীদমক্তা ফন্নবা খনবদি মহৌশানি।

কেথবীঃ ইচে তাঞ্জা ফংলবদি ওকসনদা খরদং ইঙ্গিৎ তৌহঞ্জনীংই।

থাজমানবীঃ ওকসন তরাইবা নত্তে, শোয়দনা খঙলমগনি, নঙগী মত কায়দা।

কেথবীঃ মশানা খঙজবনা অমনি খঙদোকপা হায়বসু দরকার লৈ খল্লি।

থাজমানবীঃ চুম্মী।

কেথবীঃ মসিমক্কীদমক ইচেদগী খঙজননবা লাকচবনি। উপাই খরসু তৌবীয়ু। মাম্মী ড্যাডিগী অনৌবা আশা খরা ঐসু খঙজবা ঙম্মী।

থাজমানবীঃ ঐ মতাং চাবা য়েংলগা পাংবা ঙম্বরা য়েংগে।

কেথবীঃ পাংবীদবা য়াদ্রবনি। য়াদ্রে হায়বসু খঙহনবা পাম্মী।

থাজমানবীঃ নঙগী অরেপ্পা লৈরে অসিনিনে ...

কেথবীঃ মানি। শোয়বা য়াদ্রে ইচে ঐসু হক্লগে ... (থোকখি)

থাজমানবীঃ ফরে ফরে হল্লো, (চৎখিবদু য়েংলগা) কয়াদা ঙকখ্রবা অঙাংনো? মতম অমদা মখোয় অনী লোয়নরম্বা, মৈতৈ ব্রাহ্মৈদা কৈনা তোকপা পোকপরা হায়বদুমক্কি।



## মঙাশুবা মতাং

মফম ঃ ডাকু (ডিপুতি সি এমগী) য়ূম; চপ চাবা য়ূমগী লৈতেংশিংনি।
মতম ঃ অয়ুক পূং মাপল তরা

ডাকুঃ নুপীমচা কেথবী !

কেথবীঃ ড্যাডি করি হায়গে ?

ডাকুঃ ঙসি ইপা ৱাফম খরা হায়গে মুন্না তাও; মাগী ওকসন হায়বা নুপামচাদু কা হেন্না লোয়নরুরনু হায়রগা হন্না হন্না ...

কেথবীঃ ইকাই খঙদবগী ৱানি; ঐদি ড্যাডিখোয়না য়ূমদা অসুম চঙহনবসি ফাওবা পামদ্রে।

ডাকুঃ ঐখোয়গী ওইজবা খরদং লৌরুবগী ৱানি; ঐখোয়সু চঙহন্নীংদ্রবনি; চঙদনবসু য়ারিবমখৈ হোৎনরি।

কেথবীঃ মতম অমদা ড্যাডিখোয়না অয়ুক নুংথিল নুমিদাং ফাওবা শিজীন্নবদুনা ঙসিদি।

ডাকুঃ মদুসু মতাং মতাংগীনি। হয়েং হংচিৎতা মঙায়রবা শিৱগদবা মীশকনি; নহারোল লালহৌবা শাবশিংগী পুন্সীবু কয়াম কুইনা হিংগনি। মতম অমদা মখোয়গী মতেঙ খরদং লৌরুবগী ৱানি।

কেথবীঃ ড্যাডি, ইধৌ সি এমগা হেন্না লুনা নকশিনবসিনা।

ডাকুঃ মরম লৈ। সি এমসু মাবু শন্নবা পামদ্রে হায়বসি হন্দক্কী দিল্লি খোঙচৎতা শেংনা ফোঙদোক্লরে। য়াদবা মতাং অমা লৈবদগীনি।

কেথবীঃ ড্যাডিখোয়না দিল্লি চৎখ্রিঙৈদা সি এমগী গাড়ী জিপসি মহাক্না মনীংতম্না শিজীন্নদুনা।

ডাকুঃ চুম্মী ! শিজীন্নরমগনি, নঙনা খঙগদবদি মঙোন্দগী নাম্লোকপা, মতম খুদীংমক্তা শন্নদনবা হোৎনবা; কুইররোই মাগী পুন্সী মশাসু খঙলম্বা য়ারে।
(মতাংসিদা ওকসন চঙলকই)

ওকসনঃ (য়াম্না ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা) পাবুং ঐগী বিল অদু খরা থুনা পিবীনবা চে খরা ইবিয়ু। নৎত্রগা টেলিফোন তৌবিগেরা ?

ডাকুঃ নুপীমচা চারা শঙ্গোমলা চঙ্‌ঙু (কেথবী চঙখি) ফম্মু ফম্মু ওকসন।

ওকসনঃ পাবুংখোয়না খরা তেঙবাঙবীদ্রবদি সরকারগী মওং অসিগা য়াম্না ৱারে।

ডাকুঃ নঙগী থবক অদু মওং চাদে হায়না মী খরনা ৱাকৎলকই। অদুগা ডিমাপুরদগী পুরকপা চেঙ অদুসু মশীং শুদে হায়না ...

ওকসনঃ হায়নীংবা হায়জসনু পাবুং, ঐসু ঙম্নবা হোৎনজগে; পাবুংখোয় চোপহঞ্জরোই।

ডাকুঃ মদু মতম খরা য়ারম্লবসু হৌজিক য়াররোই নাখে শেংদ্রবদি নঙগী বিল অমত্তা ফংবা য়াবা লৈতে। মদুগী মথক্তা নঙগী নথক্তা ...

ওকসনঃ তৌবীনু পাবুং।

ডাকুঃ য়াররোই ওকসন; হৌজিক্কী মতমদা নহারোলগী মরোল অমা, ওপোজিসনগী মরোল অমা, খরা চুম্না তৌবসু ফৈ।

ওকসনঃ পাবুং হন্দক্কী বিল অসিদং, মসি ফংলগা মেনখৎচগে।

ডাকুঃ নঙগী চেঙ মশীং শুদ্রবা, স্কুলগী বিলদিং মওং তাদ্রবদি মখা বিল অমত্তা ঐখোয়না পীথোকপা য়াররোই সি এমসু ভাব তারবনি।

ওকসনঃ পাবুংগা সি এমগা য়ারবদি করিসু লৈবা নত্তে।

ডাকুঃ মখা তারনু অতৈ ৱারী শান্নসি মদুমদি চপ চাবা মওং তাহল্লু (মতাংসিদা কেথবী চা অঙাঙবা পুরদুনা থোরকই)

কেথবীঃ তামো চাসু অঙাঙবা তারে। শঙ্গোমসু মওং তাদ্রে। (পীরম্লগা চঙখি)

ডাকুঃ নখোয়নদি ঐখোয়সে য়াম্না নুংঙাইবা মাল্লমগনি। মদু ...

ওকসনঃ শামুনা ময়াং কংদুনা ইরোইমুক চাউবা য়াবা নত্তে।

ডাকুঃ (শাউরপ্না) ওকসন ! (হল্লরগা) মতম খরা শাংনা লোয়নবা পাম্মী। নখোয় খ্বাইগী নতেঙ ঐখোয়সু পাম্মী। অদুবু য়াই হায়দুনা মওং তাদবা কয়া চথবদি ...

ওকসনঃ পাবুংগী ৱাসি ঐখোয়বু থাজদবগী ৱানি।

ডাকুঃ মদুসু নঙ মুন্না খল্লু। থবক খুদীংমক মমল লোইনা লৈবনি। মমল পীদবা থবক অমত্তা চথনদে।

ওকসনঃ ৱাফমসি পাবুং ঐখোয়না পাঙথোকখিবা খুদীংমক মমলগী ঙাক্তনি অসিরা ?

ডাকুঃ মদু চুম্বু চুমদবরা ? চুন্নমগনি খল্লী। হায়বদি ইশা-ইশানা য়ানদুনা মমল লেপ্পবা ঙাক্তনি।

ওকসনঃ লুপা পৈশাখক্তনা মীবু লৈবা য়োনবা য়াবা নত্তে পাবুং; মদুসু নুংশিনবদি চঙই।

ডাকুঃ নখোয় অঙাংনি রাজনীতিসি ঙসি ঙরাংগী নত্তে। মসিবু চুমদবরা? নুংশিনবদগী নঙনা ঐগী নাক্তা হেক্তা চঙবা ঙম্বনি। নৎত্রা ? ঐগা নুংশিনদ্রবা সি এমগা য়ানদ্রবদি নঙগীসু অমাঙবা ওইরোইদ্রা ?

ওকসনঃ পাবুং ৱাফমসিবু।

ডাকুঃ হৌখ্রবশিং হন্দোক্লবা য়াবা মতম নত্তে। চেনবা নাঙ্গোকপা য়াররোই অসুম য়েংনবনি ঙাক্লবনি। নঙগী পুন্সীসু ঐখোয় লৈবদগী নুংঙাইজবনি, ঐখোয়সু নখোয়গী নতেঙদগী খরদি ফংবা ঙম্বনি।

ওকসনঃ খ্বাইদগী পঙবসি ঐ তারে অদুদি পাবুং।

ডাকুঃ খরা হেন্না শিংবনা সি এম ওইরি, খরা হেন্না পঙবশিংনা মিনিষ্টর ওইরি। অপঙবশিং এম এল এনি খ্বাইদগী পঙবশিংনা প্রজা ওইরি হায়বসি লানগদ্রা ?

ওকসনঃ তাকপিরিবসি মতম মতমগী ঙম্ন-ঙম্নবনি য়ান-য়ানবনি অসিরা ?

ডাকুঃ ভোট মমাঙদা ঙাঙলম্বশিং করম্বা মন্ত্রীনা করম্বা রাজনীতিৱালানা চুম্না অমত্তা পাঙথোকপিরম্বগে ? পূন্নমক ঙাইহাক ঙাইহাক্কীনি।

ওকসনঃ (লাইবক্তা খুবাক্লা শুরগা) পূন্নমক্তগী পঙবসি ঐ মঙাইরে।

ডাকুঃ অদুক হাক্লা পুক্লীং হঙ্গনু। নঙগীসু মতম য়াম্না লৈরি। নশা নহানি হোৎনৌ ঙম্বরা য়েংউ। অদুবু পুর্ণিমা থাশি হায়বা অমদি লৈবনি।

ওকসনঃ পুর্ণিমা থাশি ! পাবুংগী ৱাফমসিবু।

ডাকুঃ ৱাখল খরা হেন্না খঙ্বা মথৌ তারি। থাউ হাপ্লগা চেনবা গাড়ী ওইহনবসু ফত্তে।

ওকসনঃ ও ! ও ! পাবুং, মী অপঙবা লাপ্লোইনৈ। ঐসু ঙাওবদি নত্তে। ৱাইনুগা কৈশালগা লৌশিং তান্নবা হায়বদুনি।

ডাকুঃ পাৎলিঙৈদা হয়িং ফাওবা হায়জবা হায়বসি মহৌশানি।

ওকসনঃ ঙসিদি পাবুং নাক্তগী পুন্সীগী লৌশিং কয়া ফংজরে। অনুতাপ নত্তনা করিসু উপাই লৈতে। অদুবু হিংলিঙৈদা পাংবীফম থোকপা তেঙবাঙগী ৱানী।

ডাকুঃ ওকসন হৌজিক্কী মতমদা খোঙফম চেৎপা দরকার লৈরে। তশেংনা ঐ নঙবু চন্না নুংশি, অদুম ওইনমক মখোক লোয়রবা হৈপালগী মহুৎ শিনবা য়াবদি নত্তে।

ওকসনঃ (নুংশা স্বর শাংনা হোনদোক্লগা) পাবুং হৌখ্রবদি হৌখ্রে। সি এম ইথৌগা পাবুং অনীগী খূৎতা পূন্নমক লৈরে। অদুবু ...

ডাকুঃ নাকোং অনী শুবা য়াবা নত্তে। অদুবু থবক অদু নাকোং নিপালগী ওইবসিদা ঐখোয়সু ...

ওকসনঃ মপূং ওইনা কনানো ?

ডাকুঃ হৌজিক্তি পুলিস কেশ হায়বদুনি। পুলিসনা শেল চাফম ...

ওকসনঃ অদুদি রোবোট !

ডাকুঃ নোংমা সি এম ইথৌগা ঐখোয় অহুমগী অরোনবা মীটিং অমা দরকার লৈরে। মদু পূন্নমক ঐনা শীনবিগে খল্লি। ঙসিগীদি য়ৌরো মতাং অদুদা ...

ওকসনঃ (নুংঙাইতনা) ফরে পাবুং য়ৌজরগে (থোকখি)

ডাকুঃ ঐদি য়াম্না পঙবরা খল্লি। ওকসন পঙদে। মখা তরাইবা য়ারোই। মখূৎতা পৈশা খরা পায়শিল্লে। অদুদি পৈশা পায়হনবা য়াদে। (মতাংসিদা কেথবী থোরকই)

কেথবীঃ ড্যাডি অদুক কুইনা করি করি ব্বারী শানরিবনো ?

ডাকুঃ খ্বাইদগী লুবা ব্বারী অমনি। ওকসন পঙদে, ঐখোয়সু মাবু খরদি চেকশিনবা ফৈ। মী ফত্তবগী হীদাক লৈতে। চাশি মরূ হুন্দোকসি মতোং হায়বদুনি

কেথবীঃ ড্যাডিনা মখোয়গুম্বা মফম মরাং খঙদবা ময়াম লোয়নবসি ওম্থোক্লা পামখ্রে।

ডাকুঃ মতম অমদদি মাগী মতেঙ য়াম্না দরকার লৈরম্মী।

কেথবীঃ হৌজিকপু করি দরকার লৈরিবগে। মতম মতমগী চৎনগাদবনি। ঐসু মপান্দা এম ডি তমথনীংই।

ডাকুঃ মদু শোয়দনা ইপানা হোৎনরগে। মখোয়দগী লাপথোকপা হায়বসি হেক তরাইবা নত্তে। মতম অমগী খূৎচাবীনি। থাউ হাপলিমখৈ চেনবা মতম মতমগী মারুতি গাড়ীনি।

কেথবীঃ মারুতিদগী হেন্না ফবা গাড়ী য়াম্না লৈরে ড্যাডি।

ডাকুঃ মদুসু ইপা মুন্না খঙই। রাজনীতিদা মখোয়গীসু মথৌ লৈরম্মী; হেক থাদোক্লবা য়াদবনি।

কেথবীঃ খঙদে খঙদে, ঐখোয়দা অমুক লাক্তনবা তৌবীখো (চঙখি)

রোবোটঃ (রোবোট চঙলকই) পাবুং খুরুমজরি (খুরুমই)।

ডাকুঃ করি হায়নীংই; করি লৈরে ?

রোবোটঃ ৱাফম অমতা কৃপ্না তানজনীংদুনা ...

ডাকুঃ নঙগী পোষ্টিংগী ৱারা ?

রোবোটঃ মদুসু অমনি অদুগা ...

ডাকুঃ অদুগা অতে করি লৈরিবা ?

রোবোটঃ (মীরৎ নারৎ য়েংলগা) মৈরাবগী কেশ অদু ...

ডাকুঃ মৈরাবগী কেশ কৈদৌরবা ?

রোবোটঃ মতম অদুদা ঐনা ও সি ওইবনি, লোইশিনখিদবনিদো।

ডাকুঃ অদু হৌজিক হৌগৎলক্লব্রা ?

রোবোটঃ হৌজিকসু সি এমগী সাইটতগী কন্না তকখৎলকই।

ডাকুঃ সি এম মশামক্লা ?

রোবোটঃ মদুমক্তি নত্তে।

ডাকুঃ অদুগা কনানা।

রোবোটঃ সি এমগী নুপী থাজমানবীনা।

ডাকুঃ মদু ৱা ওইনা লৌরুবা য়াবা নত্তে।

রোবোটঃ কন্না তকখৎলকই।

ডাকুঃ সি এমদা হায়রবরা ? তম্লবরা ?

রোবোটঃ মদুদি হায়জদ্রি।

ডাকুঃ সি এমগী নুপীমক্লা ? তশেংলব্রা ?

রোবোটঃ তশেংলে।

ডাকুঃ কেশ নশানা পায়রম্বনি করিনো ? সি এমগা তানরোনা।

রোবোটঃ মতমদুগী তানমিন্নখিবা পাঙথোকমিন্নখিবনি।

ডাকুঃ মদু ঐখোয়গী ইথৌ নত্তে। হকথেংনবা মতম মতমগী মীশিং।

রোবোটঃ পাবুংসু মদুদা।

ডাকুঃ ঐবুসু য়াওইহায়গেরা মতমদুগী ৱারীনি। ঐ ভিক্টিম নত্তে। খুদোংথীবদা ঐখোয় চেন্নহনগনু বদনাম চাগদবদা।

রোবোটঃ ইধৌ সি এমগী হকসু লৈতবদি নত্তে। মথক থোংবা অফিসারশিংদা শিন্নফম থোকই।

ডাকুঃ নখোয় পুলিসকী থোক-মোক চঙলরব্রা ? ঙম্নমক মাঙহন্নখ্রো; মমাসু ঙাওনা ফৈনা লৈরদুবু করিনো।

রোবোটঃ কেশসি মাঙহন্নবা য়াবা নত্তে, সি এম, পাবুং ঐখোয় অমুক্তং পূন্না তানমিন্নবা পামই।

ডাকুঃ মদুগী ৱাফম ওইরগদি তানবদা কায়দে। অদুবু তশেংবদি ঐ য়াওনীংদে।

রোবোটঃ ওকসনসু হিংলি। দষাসি তরাইবা ওইরোই। কেশসিদা মীহাৎপা চেনবা য়ারোই।

ডাকুঃ করি ? হৌজিকপু মীহাৎপা ফাবদি পুলিসকী মথৌ নৎত্রা ?

রোবোটঃ ৱাফমদু অচুম্বনি; অদুবু, মীহাৎপদি খঙনা খঙনা ...

ডাকুঃ খঙলবদি মতীক থোকপা দণ্ডি পীফম থোকই। পঙ্খবা য়াবা নত্তে। থবক অদু পাঙথোকলোনা।

রোবোটঃ মখা তাবা ফলদা সি এম, সার হেন্না কূপনা তানজনীংই।

ডাকুঃ ঐগা তানবদি থোইনা দরকার লৈতে। অদুবু নঙনা হৌদোক্লবনিনা ফৈ; তেঙবাঙনবা হায়বদুনি।

রোবোটঃ মীশি মীনাগী কেশ হায়বসি মাঙহন্নবা য়াবা নত্তে। মতম খরা থৈদোক-থৈজিনগী ৱানি।

ডাকুঃ মীহাৎপা মরাল লৈবা ফারোনা দণ্ডি পীরোনা।

রোবোটঃ পূম্নমক ইখঙ খঙনবা ঙাক্তনি।

ডাকুঃ ফরে নোংমা সি এমগা পূন্না ফম্মীন্নদুনা লোইশিন্নবা তৌবা হায়বদুনি; য়ৌরো য়ৌরো।

রোবোটঃ (মখা তাবা ঙমদনা খুরুমলগা চৎনীংদনা চৎখি) য়ৌজরগে।

ডাকুঃ (মতোমতা) পঙাঙ ঙাঙনবনি কেশ অসি তশেংনা থিগৎনরক্লবদি ইচেন চেন্নগনিসে; তশেংনা থাজমানবীমক্লা করম্বা আশাদা ... অদুবু চঙশিন্নরুবনিনা পূম্নমক ঙমদবদি য়াদে। ওকসন হিংলিনা (মতাংসিদা সি এমগী মফমদা ফোন তৌদুনা ৱারী শানৈ) হলো হলো ঐ ডিপুটি সি এমনি। সি এম অমুক্তং উন্নজনীংই ফরে ফরে মশা লৈরবদি ... হলো হলো ইধৌ ওইবিরবরা? লাপ্না খুরুমজরি; তঙাইফদ্দবা ৱারী খরগীদমক্তনি। ঐ চখোকচরক্কে, অফবা থবক্তি পঙ্খবা য়াদে হায়বদুদা ... নত্তে ঐ ওইনা

লাকচগে। লৈজদে, ঐগীদা মৈরাবগী কেশ (ফোন থম্মী) থাজমানবীনা মঙোন্দা নিংশীংলিবরা ? সি এম লাক্লগা খন্নবা তারেদনা। নুপীমচা কেথবী নথৌ সি এম লাক্কনি। অতৈ মী কনা অমত্তা চঙহনবা য়াদে হায়না মপানগী সন্ত্রীদা ... (মতাংসিদা সি এম লাকপগী গাড়ী হোর্ন খোংলকই; য়াম্না চন্না ডাকুগী কাদা চঙলকই)

ইবুংঙোঃ অনৌবা করি পাউনো ?

ডাকুঃ ইথৌ (খুরুমই মখোঙ শোক্লা) খ্বাইদগী লুরিবদি মৈরাবগী কেশ অদু য়াম্না নৌনা নিয়ম চুন্না থিগৎনরকপসি খুদীংমক ইচেন চেন্নগদ্রা হায়নবা অমা ...

ইবুংঙোঃ মৈরাবা হাৎপা মীশক মখোয় পুলিসনা ঙসি ফাওবা পুথোক্তবনি। মরাল লৈরবদি দণ্ডি ফংফম থোকই।

ডাকুঃ মদুদা খ্বাইদগী লুরিবদি মীহাৎপা মীশক তশেংনা মথং মথং হায়দোরক্কুনা...

ইবুংঙোঃ চুম্মী । অদুদি মৈরাবা হাৎপা মীশক তশেংনা মাঙহনবসু ফরেনা।

ডাকুঃ ওকসন মাঙহনবা ফরে। লুরিবদি অমা হাৎপগী ব্রাথোক্তা অনী অমুক শুরবদি ...

ইবুংঙোঃ আইন কানুন খঙবা মরী লৈনবা মীশক তানবসু ফৈ। কেশ হায়বসি কেশনি। থিওরিনা য়ারোই।

ডাকুঃ মতাংসি য়ৌরবদি ইন্সপেক্টর রোবোট তানবা ফবরা ?

ইবুংঙোঃ সিবী সুমতৌবা। মহাক মকোক্তগী লোইনা খঙলিবনি, মহাক্কী কেশ ফাইলদু লোইনা খোমগৎহল্লসি।

ডাকুঃ মহাক কৌরগা তানরসি। মহাক্কী আইনগী কাঙলোন খঙদোকলসি।

ইবুংঙোঃ হন্দক অসি মহাকসু মরৌ অমসু তৌবা মাল্লি।

ডাকুঃ অদু ওইরগা ওকসনবু থেমদুনা নৌদুনা ইন্সপেক্টর রোবোট লোইসিনহল্লসি।

ইবুংঙোঃ মী হাৎপসি মথং মথং খুমজিন্নবা হোৎনবদা অৱাবা ওইগদৌরি।

ডাকুঃ ইন্সপেক্টর রোবোটতগী কেশ ফাইল লোইনা লৌখৎলবা, অদুগা মাবু এনিৱে লোইশিল্লবা, মদুগী সজেসন পুম্নমক ওকসনদা শিন্নরবা।

ইবুংঙোঃ ওকসন শোয়দনা য়াফম থোকই। লুপা পৈশাগী মথৌনি। পৈশা পাম্বা মীদি পৈশা পীবা তাবনি। য়াদ্রগনা কমদৌবা ?

ডাকুঃ শোয়দনা য়াফম থোকই। মশাগী কেশনি। রোবোটসু লোইশিনখ্রবদি

ওকসন নমদুনা জেলদা থম্নবা হোৎনবা তাবা, মদুগীদমক্তা সি এমদা সরেন্দর তৌহল্লবা ...

ইবুংঙোঃ মতম খরা জেলদা ওকসন লৈবা তাবা, জেল মনুংদা ওকসন লোইশিল্লবা, পূম্নমক শান্তি ফংগনি।

ডাকুঃ হুজিক্কী মতমসিদা তৌহৌবা তাবনি। অতোপ্পা সরকার অমা লাক্লবদি অরিবা পূম্নমক অনৌবা ওহোরক্কনি। শন্না শক্তিগী মনুংদা য়েক্লবা ঙম্নমক মাঙহনহৌবা তাবনি।

ইবুংঙোঃ পূম্নমক্কী ফন্নবা শীনবা হৈবনা শীলহৌবা তাবনি। অদুদি ওকসনবুসু য়াওনা খন্নহৌবা ফে।

ডাকুঃ মদু তশেংনা চুম্নবনি অদুদা ...

ইবুংঙোঃ অদুদা কৈদৌরবা ?

ডাকুঃ ওকসন ঐগী য়ুমদা লাকউ য়ারোই।

ইবুংঙোঃ ঐনা মী থাদুনা মাবু থিহনবা তাবনি। ঐগা ৱারী শাননবনি।

ডাকুঃ ওকসনগী দায়ত্ব ইথৌ লৌবিরো অফ-ফত্তগী থৌদাং ঐ শীঞ্জগে।

ইবুংঙোঃ অদুদি ঐগী মী থাদুনা ওকসন থিহল্লগে। (ফোন পায়খৎলি) সুমতৌবা ঐ সি এমনি সিবী থাজমানবীবু পায়হল্লু ... থাজ নৎত্রা অদুদি সুমতৌবা, সিবী ঐ হৌজিক ডিপুটি সি এমগীদা মিটিং তৌরি। তঙাইফদনা ওকসনদু কনানো অমা থারগা মাবু মফমসিদা য়ৌহল্লকউ। থল্লগে অতৈ খঙহনবা য়াদে।

ডাকুঃ ওকসন শোয়দনা পাউ ফাওনবা ঙমগদ্রা ? মাবু ঐগীদা লাকউ য়াগদ্রা ?

ইবুংঙোঃ ঙমগনি হায়না খল্লি। হন্দক মরক মরী ফৎনদ্রবরা ?

ডাকুঃ মদুগী ৱাফম নত্তে। মাগী থবক অমা ঐনা য়াখিদরে খরা ৱারৌবা মাল্লি।

ইবুংঙোঃ মখোয়সি য়াম্না নক্নবা য়াবা নত্তে। অদুবু মতাং মতাংগী ৱানি।

ডাকুঃ মী ফত্তবা, মী ঙম্বা মীশক লোয়নবসি তরাইবা নত্তে।

ইবুংঙোঃ ইকাইবা খঙদবা, ইজ্জৎ থিদবা ওইজবা কান্নবা পাম্বশিংগী লোনচৎনি।

ডাকুঃ খ্বাইদগী লুরিবদি ওকসনবু হেক ফাবা পুনবা থোরকপদা মমাঙগী ৱাফম লোইনা হায়দোরক্কনি।

ইবুংঙোঃ মতাংসি য়ৌরদি রোবোট শিজীন্নবসু দরকার ওইগনি।

ডাকুঃ ফত্তবা অমা কুপশিন্নবা হোৎনবসি তরাইদে। অদুবু লোইশিন্দবদি য়াদ্রে।

মহাক অসি ঐখোয়গী খুজিনগী তুমগা মান্নরে।

ইবুংঙোঃ কেশ অসিনা মওং তাররোইদবা ওইরবদি রোবোটসু ওকসনদা শরৌ তৌরগা মাঙহনবা তঙাইফদে।

ডাকুঃ নৎত্রগনা রোবোটতা ওকসনবু মাঙহন্নবা থৌরাংসু খনদবা য়াদ্রে।

ইবুংঙোঃ মখোয় অনীমক অমসু অমসু খুজিনগী তুম ওইরে। এনিরে চঙশিল্লুরবনিনা য়েক্লবা পুম্বা মাঙহনবা তঙাইফদে।

ডাকুঃ মী হাৎপদি য়াম্না লায়, অদুবু মখা তাবসিনি লুরিবসি।

ইবুংঙোঃ মখোয় অনীগী মফমদা কেশ পায়রিবদি রোবোটনি, রোবোট মাঙহল্লবদি খ্বাইদগী ফবা সজেসন ওইগনি।

ডাকুঃ খ্বাইদগী লুরিবদি, ওকসনসু মরু ওইবা অমদি ওইরি। ওকসন তরাই তরাইবা অঙাং নত্তে। অন্দরগ্রাউন্দ কয়াগা শম্নবনি।

ইবুংঙোঃ পুন্নমক ঐখোয়না ঙমদবা য়াদ্রে। সরকার অসি লৈরিঙৈ নঙ ঐনা শক্তি পায়রিঙৈ য়েক্লবা পুন্নমক তুম্না মাঙহনহৌবা তঙাইফদে।

ডাকুঃ মসি ঙম্নমক ঙমজ-হৈজবনা মখোয় অনীবু মাঙহন্নবা হোৎনবসি ফরে। অমদা অমা হায়জিন, অমদা অমা তমশিন হাৎতোক্লহন্নবা প্লান তৌবা ফরে।

ইবুংঙোঃ মখোয় অনীগী শক্তি শিজীন্নদুনা অঙম তান্নহল্লগা মদুদা খুদোংচাবা লৌহৌনবা শীনবসু য়াই;শোয়দনা মায় পাক্কনি।

ডাকুঃ রোবোটতা ওকসন হাৎনবা প্লান অমা তৌরবা, ওকসন্দা রোবোট হাৎনবা প্লান অমা তৌরবা অঙম্বা শক্তিনা মখোয় মশেল হাৎনহল্লবা।

ইবুংঙোঃ মদোমদা কেশ অসি থৈদোক্লবা হোৎনবা ফরে। (মতাং অসিদা ওকসন চঙলকই)

ওকসনঃ (য়াম্না লেম্না) ইধৌ ঐবু করি দরকারগীদমক কৌবিবনো (খুরুমই)?

ডাকুঃ য়াম্না লুবা নঙগী কেশ অমা লাকই। নঙবু ঐখোয়না কন্নীংই।

ওকসনঃ ঐগী এফ সি আইগী চেঙ মাঙহনবগী কেশ অদুরা?

ইবুংঙোঃ মদুদি ঐনা ফন্নবা শীনবীখ্রবনি খল্লুরনু।

ওকসনঃ মদু নত্তবদি ইধৌ করি কেশনো?

ডাকুঃ মৈরাবগী মীহাৎকী কেশনি।

ওকসনঃ মদুদি পাবুংখোয় ইধৌ অনীগী দায়ত্বনি।

ডাকুঃ মদু য়াররোই। মেন পার্টতি নহাক্লী; কেশ অদু হৌজিক্তা হিংগৎলকই।

ইবুংঙোঃ কেশ অদুদা রোবোট য়াম্না থরায় য়াওনা থিগৎলকই। নঙগা মাগা করি মুক্নবা লৈনবগে ?

ওকসনঃ মাগা ঐগা থোইদোকপা য়ানদবা লৈতে।

ডাকুঃ মদু নঙতনা খঙবনি। রোবোটনদি নঙবু মতিক চাবা দগ্তি পীনীংবগী আশা উই।

ইবুংঙোঃ থবক অসি তরাইবা ওইরক্তবা য়াই। মরু ওইবদি নহাক্নি। থবক অদুদা লোয়চেন্নরিবনি।

ওকসনঃ ৱাফমসি রোবোটকী আশা মান্দে।

ডাকুঃ মদুদি কনাগী আশানো ?

ইবুংঙোঃ খঙলবদি নঙগী মত ফোঙদোকউ।

ওকসনঃ ইথৌগী ইমুং মনুংগী মীশক্তগী মাহ্লি।

ডাকুঃ মদুসু খন্নবা য়াই। অদুবু মদুদা ঈনশিল্লিবদি রোবোটনা মপুংনি।

ওকসনঃ মদুদি ইথৌগী থৌদাংনি। তশেংনা রোবোটনা শীনবদি থাজবা য়াদে।

ইবুংঙোঃ থাজদ্রবা কয়া লাকপসিদা হেন্না চিংনবদি লৈরকই। রোবোট অসি ঐনা থাপ্না মফম অমদা থাগে খল্লিবনি। প্লান অসি রোবোট কন্না লৌখৎলকই; নখোয় অনীগী মরক্তা ...

ডাকুঃ নঙবু ঐখোয়গা কা হেন্না লোয়নবসিদা মবুক ফত্তবা রোবোটনা নঙবু মাঙহল্লগে শীল্লকপরা হায়বসিনি।

ইবুংঙোঃ কেশ অসি য়াম্না চপখৎলকই। রোবোটনা নঙবু খুদক্তা ফাওবা ফানীংবা ৱাফম কয়া পল্লি।

ওকসনঃ (মঙক নোল্লগা) মদুমক্তা অচুম্বা ওইরবদি ঐসু শক্তি শিজীন্নজগে; ইথৌ, পাবুংনা তেঙবাঙবীয়ু করিসু লৈবা ৱাফম নত্তে।

ইবুংঙোঃ ওকসন নঙগীদমক ঐ অমদি নঙগী পাবুং লৈরি। নঙ ফাহনবা য়াদে। খোঙফম মীকুপ নাহুম য়েংনা চৎলু। ঐখোয়সু নঙগীদমক ...

ওকসনঃ (ৱাখল খল্লরগা) ইন্সপেক্টর রোবোটমক্তা ঐদি থাজবদি ৱাৎলি।

ডাকুঃ থাজদবা মরম্না ওইরকখিবা ঙাক্তা নৎত্রা মৈরাবগী কেশ, থুনা খল্লু।

ইবুংঙোঃ মৈরাবা মাঙহনখিবসি নঙবু মানা থাজরমদ্রবদি ওইথোক্কদরা ?

ডাকুঃ নঙবু থাজমনবদগী নঙনা ঙম্বনি।

ইবুংঙোঃ কেশ অসি ঙসি ফাওবা মীহাৎপা কনানো খঙদ্রিবসি অর্থ য়াম্না লৈ। রোবোট ঐখোয় খঙনরবসু অদুদা রোবোটনা নঙগী মরম খঙবনা

নঙবু জেলদা থমনীংবা ওইরম্লোই খনবসু .... ফরে হয়েং নুমিদাং অথেঙবদা ঐগীদা লাকউ। নঙগী নহালগী শেলফমদু য়ারনি।

ওকসনঃ ইধৌ ! ঐ শোয়দনা লাকচরগে। ঐসু হঞ্জবা য়ারগদ্রা?

ডাকুঃ য়ারে, য়ারে। পঙগনু শিংউ। ঐখোয় লৈরিঙৈদা মী ওইহৌনবা খল্লু। য়ৌরো য়ৌরো।

ওকসনঃ (খুরুমলগা থোকখি) ইধৌ, পাবুং।

ডাকুঃ মখোয় মশেলগী মরক্তা ঈনশিন্দুনা হাৎতোকহনবা ওকসন্দা হেন্না হায়জিনবীয়ু; ঐ রোবোটতসু মখল মখাগী ৱাফম তমশিনবা তাবনি।

ইবুংঙোঃ নঙনসু করিগুম্বা মতমদা রোবোটতা তমশিল্লু। মখোয় মশেলগী মরক্তা য়ান্দ্রগা অঙম্বা শক্তি শিজীন্নদুনা হাৎতোক্লহনবা নত্তনা উপাই লৈতে; পূন্নমক মায় পাক্তবা য়াদে। ঐখোয় শিবা য়াদ্রি মতম খরদি।

ডাকুঃ হন্দক্কী মৈরাবগী কেশ মনুংদা কন্না চপখৎলকইবসি তশেংনা মরী অমদি লৈফম থোকই।

ইবুংঙোঃ মসি পূন্নমক রোবোটকী প্লান শোয়দনা ওইগনি। মহাক্না থাজমানবীদা খরদি হায়রে, মদুসু থাজমানবীনা ঐঙোন্দা খরদি হংলে। মদুনা ঐ রোবোট পু খ্বাইদগী চিংনৈ; অদুনা আ অথাপ্পা মফমদা থাদোকপনি।

ডাকুঃ মদুমক্তা অশেংবা ওইরবদি রোবোট লেম্না থাবা য়াদ্রে।

ইবুংঙোঃ তশেংলবনি। কেশ অসিনা শাংদোক্লবদি ঐখোয়নিসু চেন্নরক্কনি অফবা ওইরোই।

ডাকুঃ মখোয় অনীমক মাংহন্নবা প্লান তৌবতনা খ্বাইদগী অফবা ওইগনি।

ইবুংঙোঃ য়েক্লরক্কদবা পূন্নমক মাঙহনবা হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবনি ঐসু হল্লগে। সরকারগী পাউসু ঙসি ঙরাংসিদি ওপোজিসন্দগী মখোয় মঙা তরুক য়াওজরগে হায়বা পাউ তাররিনি।

ডাকুঃ মতম খরদি য়েংখিসি; য়ৌবীরো ঐসু থিন্দোকচগে (মথং মথং থোকমিন্নখি)।



## তরুকশুবা মতাং

মফম ঃ সি এমগী রেসিডেন্স মতম ঃ নুমিদাংবাইরম

*(থাজমানবী চপ চাবা লৈতেং য়াওরগা থোরকই)*

থাজমানবীঃ হৌজিক্কী মতমদা শান্তি হায়বসি করম্বা মফমদা লৈরমগনি। লৈবাক অসি ঈরাং কয়ানা খুরক হাঙদরে। মরম চাদবা মীশি-মীনা কয়াগী থৌদোক-থাথোক খুদীংমক সরকার অসিনা কৃপশিন্দুনা মতু শোনবশিংগী হক ঙম্নমক মাঙশিল্লক্রে। নুপী ওইবীশিং অসি মখোয় খরগী ঙম্মোক ওইনা শিজীন্নরে। নুপী-অঙাংবু শান্নপোৎ ওইনা লৌনরক্রে। নহারোলশিংবু খূৎলায় তম্ফম ওক্লোক্রে। মসি পূম্নমক য়াদ্রে হায়বা খঙহনবা মতম চারে। ঐসু অনৌবা শক্রোন অমা লৌদবা য়াদ্রে। ঐগী অপাম্বা অচুম্বসিদা ঈশ্বরনসু তেঙবাঙবীয়ুকো। (মতাংসিদা সি এম গাডী থৌজিল্লকপগী মখোল তারকই, য়াম্না লেম্বা রাজনীতিগী ফিজেৎতা চঙলকই।)

ইবুংঙোঃ থাজ, ঐ ঙসি হয়েংসিদা দিল্লিদা চৎতবা য়াদ্রে।

থাজমানবীঃ দিল্লি খোঙচৎ থুমল্লি সরকার করি ঈরাং লৈরে। খরা তোয়মল্লি। দিল্লিগী থৌজাল নৎত্রবদি শাসন তৌবা ঙমদ্রে ঐখোয় লৈবাকসে।

ইবুংঙোঃ দিল্লিদা পাল্লিবা পার্টি অসিদা হেক ওনশিল্লবা খরদি ফগনি। পার্টি মান্নদবদুদা অঙম অঙম্বা তৌনরিবনি।

থাজমানবীঃ লমদমসিগী এম এল এশিংনা মরিল য়াওদবগী থানি।

ইবুংঙোঃ মতাং চাদ্রবদি মরিল ফুদোকপা য়াদে। পূম্নমক খঙনবা ঙাক্তনি। ঐখোয়গীসু মতম লাকখিনি। মথংগী ইলেকসনদি থাজ নঙনা লেপ্পগদবনি; হৈনা শিংনা চৎকদবনি।

থাজমানবীঃ (মোমোন) মতাং মতাংগী খন্নবা হায়বদুনি।

ইবুংঙোঃ খনবা খন্দবা ঐ হন্দক্কী অসিনা অরোইবনি। অঙম্বা শক্তি শিজীন্নহৌবা হায়বসি মথংগী ইলেকসনদা ইনীং তমহৌগদবনি।

থাজমানবীঃ ইলেকসনদা মীবু পৈশানা হুম্বা য়ারিমখৈ অচুম্বা শাসন খক পুরকপা ঙম্মোই। প্রজাশিংসু ভাব খরদি তানরকপগুম তৌরে।

ইবুংঙোঃ রাজনীতিদি নখোয় নহানা খঙলোই। ঐনা হায়বা ইল্লু। প্রজাশিং পঙথহন্নবগী মহামন্ত্রদি লুপা পৈশাদা লৈরে।

থাজমানবীঃ ইথৌগী মহামন্ত্র ময়াই চম্বদগী মৈরাবা পুন্সী মাঙখিবনি। মৈরাবা হিংলম্বা থোক্লবদি পূন্নমক ওইথোক্লগ্নোই।

ইবুংঙোঃ মতম মতমগী ঙম্ন-ঙম্নবা শক্তি হায়বসি লুপা পৈশানি; মদুবু কৌই হৈশিংবা।

থাজমানবীঃ মী অমনা মী অমদগী কয়াম হেন্না শিংবা ঙমগনি। ইলেকসনদা মী হাৎনরে। মখা তাবদি পংয়া য়াররোই প্রজাশিংসু ভাব তানরে।

ইবুংঙোঃ তিংখং অমা য়ুরবদি তিংখং অমনা হন্দোকপা মশানা তাজরবা ৱাফমনি। মতম মতমগী পাউখুম মতম মতমদা থোরকপা হায়বসি হোংলরোইদবা ৱাফমনি।

থাজমানবীঃ থাশি পুর্ণিমা নাইরি। অহিং নুংথিল খায়রি। মসিবু করম্বা শক্তিনা মাঙহনবা ঙমগনি।

ইবুংঙোঃ ইশা ইশাগী লম্বীদি ইশানা শেমজগদবনি। ঙক য়োল্লগা সেনাপতি ফংই পুন্সী অসি থবক্লি।

থাজমানবীঃ অচুম্বগী শক্তম মালেমসিদগী মাঙহনবা খক য়ারোই।

ইবুংঙোঃ থাজ ! নঙনা ঐনা ফন্না কখোকলুদনা হৌজিক্কী সমাজসিদা করিবু কান্নরুগনি। মসি চহী কয়াগী লোং নোলেজনি।

থাজমানবীঃ পুন্সী অসি শিরগা লোইরবনি। মালেমসিদা মিংচৎ হায়বসি থন্নম্বা পোকচবগী মহৈনি।

ইবুংঙোঃ কান্নদে থাজ ! হিংলিঙৈদা নুংঙাইহৌবা হায়বসিনা খ্বাইদগী মরুনি। ঙসিগী রাজনীতিদা অচুম্ববু চৎলবা মাঙজবা ঙাক্তনি। মসি মতমসিগীনি তশেংনা নঙসু মুম্না খল্লু। ধর্ম্ম লৈবা মীশিংতনা ৱাবনি।

থাজমানবীঃ ইথৌ ! পুন্সী অমর নত্তে। ঙসি মৈরাবগী মীহাৎ থিগৎনরকইবসিনি; লেম্না খক তোকপা য়ারোই।

ইবুংঙোঃ মীওইবা অমর নত্তে ঐসু খঙই। লুপা পৈশাগী শক্তিনা জয় তৌনরবা

মতমসিদা ধর্ম্মগী অর্থ করিনো ? মৈরাবা শিগ্রে, শিখিবশিংগীদমক্তা অহিংবা ঐখোয়না তেংথারবসু খক লাক্লরোই কান্নররোই। মসি ঙসিগী পুন্সী মহিংনি ।

থাজমানবীঃ মৈরাবগী মীহাৎতা চেন্নবশিং মখা তানা খঙহনবা ফৈ।

ইবুংঙোঃ নত্তে ! থাজ হন্দক্কী মৈরাবগী রাফম কন্না লাক্লিবসি কদোমদগীনো ?

থাজমানবীঃ আইনগী রাফমনি। নাকল অমরোমদা রাজনীতিগী শরৌ লাংনি।

ইবুংঙোঃ করম্বা রাজনীতিগী শরৌ লাং; আইন করম্বা মখলগী আইন ?

থাজমানবীঃ ইধৌ রাজনীতি হায়বসি অমনা অমবু হাৎতোক্লবনি। ডিপুটি সি এম হৌজিক চিফ মিনিষ্টর ওইবা পামলে। ওইজবা থিনরকপনি শক্তি পান্নরকপনি, হিংননবগী লানফমনি। আইনগী অচুম্বা খোঙথাংনি।

ইবুংঙোঃ রাফমদু নঙ কদোমদগী ফংই। ডিপুটিগী রাফম তশেংলে।

থাজমানবীঃ রাফমসি নাকোং অনী শুহনবা য়াদে। খুদোংথীবা হেন্না মাইয়োক্লগনি; ইধৌ নহালমখৈ খঙবীদবরা ?

ইবুংঙোঃ মদু ঐ থাজবদি খরা রাৎলি। অদুবু হোম পায়রিবসি ঐনি।

থাজমানবীঃ থাজ থাজদ্রবা ঙাক্তা ওইথোকখিবদু কাউবীরবরা ইধৌ; থবক অসিদা খুদোংচাবা লৌরগা ডিপুটি, ইন্সপেক্টর রোবোট অহোবা তাঞ্জা ঙাইরি।

ইবুংঙোঃ (মঙক নোম্লগা) ডিপুটি, রোবোট অনীগী খুজিন থৌরাং ।

থাজমানবীঃ মরম মুন্না খঙলদুনা ঐসু ইন্সপেক্টর রোবোট ফাজিন্নবা থৌরাংবা লোইরে; মসিদা ইধৌ খঙশিন্নদনা লৈথোকপিয়ু ঐসু শক্তি শিজীন্নজগে।

ইবুংঙোঃ মতম খরগী মমাঙদগী ঐ ইন্সপেক্টর রোবোটতা চিংনবা খরদি লৈরে।

থাজমানবীঃ ইধৌনা শিংই হায়রিবসি কদায়দনো; ঐদি মরম খরদং ফংবদা ইন্সপোক্টর রোবোট ফাজিল্লি। লোয়ননা ডিপুটি সি এমগী মথক্তা করম্না মায়থীবা পীসিগে খল্লি।

ইবুংঙোঃ মখোয় অনীনা শরৌ তৌরগা ঙসিদগী ঐগী পুক্নীং লৌশিং খরদি ফংলে। মমাঙগী দিল্লি খোঙচৎতা ডিপুটিনা রোবোটপু য়োকখৎপগী রাফমদা ঐনা য়াখিদ্রে।

থাজমানবীঃ ডিপুটি সি এম অরায়বা মীশক নত্তে। মৈরাবগী কেশ মহাক্না মাষ্টর মাইণ্ড ওইখি। ঐনা ফংজবা পাউদা, ঐখোয়সু শঙ্গ তৌবা তাই ওকসনবু খূৎলাই ওইনা শিজীন্নবা খরদি কান্নগনি খল্লি।

ইবুংঙোঃ মদু ঙক্ষমক ঐগী খুৎতা লৈ ডোন্ট মাইণ্ড ঐ সি এমনি।

থাজমানবীঃ পূন্নমক ঐসু খঙই। অদুবু আইনবু নাথেবদি মতম খরগীনি। সি এম হায়বা ফমসি পুন্সীগী নত্তে।

ইবুংঙোঃ ডিপুটি, রোবোট মখোয় অনীনা ! থাজখিদ্রেদা।

থাজমানবীঃ মরুপনা মরুপ মাঙহনবদি খ্বাইদগী লায়বনি। আইনগী মতেং লৌবগা লোয়ননা পুলিসনা থিগৎলকই। পুলিসতি শেঞ্জা-থুমজাগী মকোক্নি।

ইবুংঙোঃ ইন্সপেক্টর রোবোট লৈরি।

থাজমানবীঃ মহাক্না ডিপুটিগা মান্নরক্লবদি কেশ লায়রোই আইনদা পাউথোংবনি নাকল অমরোমদা রাজনীতিগী লাংনি। রোবোট ইচঙ থৌনা তখৎলকই। ঐসু তেঙবাঙজগে হায়জিন্দুনা ঐনা রোবোটকী ৱাফম পূন্নমক খঙবা ঙম্মনবা হোৎনরি।

ইবুংঙোঃ মদুদা রোবোটনা হেন্না চিংনরোইদ্রা ?

থাজমানবীঃ ঐসু নুপীনি সি এমগী অতোনবীনি খক লায়না লৌবীগনু; নুপীগী লাংদা রোবোট নাম্থোকপা খক ঙম্লোই, ঐবু তরাই তরাই লৌবীনু ইধৌ।

ইবুংঙোঃ থাজ নঙনবু ঐবু মাঙনবা শীনবদি হৌনদে। মখোয়নদি ঙমহনবা য়াদে ঐসু করিনো হোৎনগে।

থাজমানবীঃ মীহাৎপা চেন্নবা মী খক লেম্না থারোই। ইন্সপেক্টর রোবোট, ডিপুটি সি এম চপ চানা ঐনা মাইয়োক্লগনি।

ইবুংঙোঃ থাজ নঙ তুমীন লৈয়ু। য়াওরুন্নু ষণ অশিবগী মনাক্তা লেপলুগনু অফবা খক ওইরোই। ঐসু মখোয় অনীবু খক লেম্না থারোই ঐদি নীংখ্রবদি থুংদবা য়াদবা মীশক্নি।

থাজমানবীঃ ইন্সপেক্টর রোবোট ফাবদি ঐগী ইথৌনি। মাঙহনবসু ঐঙোন্দদি পেনাগুম থোকই, অদুবু ডিপুটি সি এমদি লুনা থোকই।

ইবুংঙোঃ থাজ ৱাফমসি অরায়বা ওইরোই। ঐ নঙবু চেন্নহন্নীংদে।

থাজমানবীঃ ঐগী ইপুরোইবগী মাইয়োক্তা চোংথোরকপা ঐগীসু অনৌবা থৌদাং লৈরি। মখোয় অনীগী মথক্তা ঐনা শোয়দনা মতীক থোকপা লাক্লগে।

ইবুংঙোঃ ডাকু ডিপুটি সি এম লৌথোকপা, ঐগী মন্ত্রী এম এল এশিংনা পাম্বা কুইরে।

থাজমানবীঃ মদোমদা খুৎ থাবীগনু ঐনা পাম্লিবদি হিংনা থম্বা নত্তে। অহিংবদি ওনশিন্দুনা চিকলক্কনি।

ইবুংঙোঃ ও ! থাজ নঙ য়াম্না পঙলে। ওইজবা খঙ্ডু কান্নবা থিয়ু মতম মাঙহনগনু

ঐসু লাইহিরিক হৈজহৌদবগী ৱানি ফত্তবগী শরৌদি মমিং চৎলিবনি।

থাজমানবীঃ ইধৌ ! অদুদি অঙম অঙম্বা তেঙবাঙনসি ডিপুটি সি এমবু মাঙহনবা ইধৌ দাই ওইরো; ইন্সপেক্টর রোবোট মাঙহনবা ঐগী দাই ওইজরগে; মখোয় অনীবু মাঙখ্রবদি দষা খুদীং কোকলে।

ইবুংঙোঃ মী হাৎপসিদি মী য়াওহনবা য়াদে। ইশা ইশানা তৌরগদা মনা মনিল নাইরোই।

থাজমানবীঃ মদুমক ঐগী লেপ্লবা ৱাশকনি।

ইবুংঙোঃ নুপাসু নত্তবা নঙনা মতৌ করম্না ইন্সপেক্টরবু ...

থাজমানবীঃ পুলিস অফিসার হাৎপসিদি হৌজিক্কী মতমসিদা খ্বাইদগী লায়বনি; লানহৌবনা হাৎপনি হায়না লৌজখিনি।

ইবুংঙোঃ মদুগী প্লানদি ?

থাজমানবীঃ ঐগী লৈজরে। ঐসু ইধৌগী পুন্সী শোয়দনা কঞ্জগনি। ঐসে ইধৌগী নুপীনি।

ইবুংঙোঃ ফরে কোফি অমত্তা শেল্লকউ (থাজ ইমুং চঙখি) ৱাফম অসি তরাইবা নত্তেসে অদুবু অঙম-অঙম্বা য়েংনবা তারে। রাজনীতি হায়বসি অসি ওইরে ... (মতাংসিদা থাজ নুপাগী দ্রেশতা থোক্লকই; মহাক্কী শক্তম উবদা ইবুংঙো কিনা চেনগে তৌই)

থাজমানবীঃ ইধৌ ঐ থাজনি। ইধৌসু মরাল লৈরে হায়বা মাঙজৌননা ঐ খঙই। মসিমক্না ঐনা রোবোটপু য়াম্না লায়না মায়থীবা পীবা ঙমগনি।

ইবুংঙোঃ (মোমোন নোক্লগা) থাজ নঙবু ঐগী নুপী ওইনা ফংজবসি অনৌবা মপোক অমদি ওইরে।

থাজমানবীঃ (নোক্লগা) ইধৌবু ঐনা শোয়দনা অনৌবা মপোক্তা পোকহনগনি শান্তি লৈনা পালহনগনি। চহী চামা পুন্সীহনগনি, ঐসু নোংমা সি এম ওইগনি ইধৌগী আশা থুংহনগনি।

ইবুংঙোঃ থাজ ঙসিদি ঐ পেল্লে। নঙনা হায়রিবমখৈ য়ারগনি। নঙতগী ৱাফম ঐ মপূং ফানা থাজরে। শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি।

থাজমানবীঃ মীনা উখ্রগা ফজরোই ঐ মনুংদা ফি-রোল হোংদোকচরুগে পোথাবীয়ু (চঙখি)

ইবুংঙোঃ ঐদি পাখৎলুরে। থাজসি অরায়বী নত্তে। অচুম্বা পাম্বী ইজ্জৎ লৈনা হিংবা পাম্বী অমদি ওইরে।

থাজমানবীঃ (কোফি পুরগা থোরকই) ইথৌ পুন্সী অসি লায়না খক লৌবীরুনু।

ইবুংঙোঃ চুম্মী থাজ; ঐসু অচুম্ববু থাজবা মীশকনি অদুবু ...

থাজমানবীঃ ঐ অচুম্বা য়াম্না পাম্মী, ইজ্জৎ লৈনা থৌনা ফনা হিংনীংই। ইন্সপেক্টরসু ডিপুটিসু মতীক খঙহনগে।

ইবুংঙোঃ ঙসিদগী মদুদা মথা শারুনু। নত্তে ইন্সপেক্টর রোবোটনা নঙোন্দা করি করি হায়রিবা ?

থাজমানবীঃ মহাক্না ঐঙোন্দা করিসু হায়বা ঙম্মোই। ঙম্ফমসু থোক্তে, মাগী মরাল ঐসু খঙই। ঙসি ঐ অপঙবা শাদুনা ইন্সপেক্টরদগী ৱাফম খুদীংমক ফংবা ঙম্লে। ডিপুটিগী লাং চপ চানা খঙলে।

ইবুংঙোঃ মরাল লৈথোক্লবা হোৎনবদা তৌশিন্নবনি। পুলিসনবু অচুম্বা চৎলি হায়বরা ?

থাজমানবীঃ পুলিসকী নত্তবা শাজৎ য়াদে হায়বা খঙহনগে মখোয়গী শাজৎ চুমথোকহন্নীংই।

ইবুংঙোঃ মদু ঐগীসু ইথৌনি, হোম পায়রিবসি ঐনি। নঙগী হায়ববু লুপা পৈশা অঙম্বা থাক্তা খোমজিনবা মথংগীদমক্তা নঙ চিফ মিনিষ্টর ঐগী আশানি।

থাজমানবীঃ (মোমোন নোক্লগা) ইথৌগী আশা মপুং ফাবা ওইসনু।

ইবুংঙোঃ (হরাওনা) নঙ রোবোটকী ৱাদা খক থাজরুনু। রোবোট মশক খঙনা ঐনা খুৎলাই ওইনা শিজীন্নবনি। হন্দকী দিল্লি খোঙচৎ অসিদা দিল্লিগী ফ্লেট অদু লোইশিন্নরমগদবনি। নঙগী নমিংদা ... [মতাংসিদা নোরতোন চঙলকই, ইবুংঙো য়াম্না ফজনা খুরুমই] লেঙশীনবিয়ু ইকু ইবুংঙো।

থাজমানবীঃ পাবুং পাউদু খঙলদুনা লাকপরা ?

নোরতোনঃ করি মরমগীনো নঙনা ঐবু কৌববু ?

ইবুংঙোঃ শুমতৌবনি ঐনা পাউ চেঞ্জবনি। ঐ দিল্লি চৎতবা য়াদ্রে অদুনা য়ুম খরা শঙবীনবা হায়জগে তৌবনি।

নোরতোনঃ থাজমানবীসু য়াওগদৌরিব্রা ?

থাজমানবীঃ ঐদি য়াওজরোই পাবুং।

নোরতোনঃ অদুদি করিসু কায়দে, ঐনা মফমসিদা য়াম্না তোয়না লাকপসি মীনা ফজনা ঙাঙনরল্লোই। অদুনা ঐসু কয়া পামদে।

ইবুংঙোঃ ঙাঙননীংবা ঙাঙনজসনু। য়ানগদবা ঐখোয় মশেলগী মরক্তা য়ানরগা লোইরে।

নোরতোনঃ চুম্মী অদুবু মীগী মচীন মেনবা খক ঙমদবনি।
ইবুংঙোঃ তঙাইফদনা ইকু ইবুংঙোনা ময়ামসি শেন্নবীরম্বা পামজদুনা।
থাজমানবীঃ পাবুং য়ুম শো লোল্লম্মদি ঙসিদগী হুনবীখ্রগনু।
ইবুংঙোঃ ব্রাফমসিমক ঐসু পামজরবনি। ঐদি হৌজিকমক গোভনরগীদা চৎতবা য়াদ্রে। (খুরুম্লগা থোকখি)
নোরতোনঃ নুপীমচা থাজমানবী! ফরে ঙসিদি ইপা ইচা ব্রাফম খরসু তাননীংই।
থাজমানবীঃ ঐসু পাবুং তানজনীংবা কয়া লৈরে। তাঞ্জা ফজনা ফংলে।
নোরতোনঃ ফরে হন্দক্কী অসিমদি ঐসু য়ারগে। ইপাসু ইজ্জৎ লৈনদি হিংনীংই। ঐনা পার্টি থাদোকপসি ওহ্লোক্লা নুংঙাইতবা ফাওরক্লে ।
থাজমানবীঃ মতম অদুদা ঐনা পাবুংদা হায়জখিবদুনি।
নোরতোনঃ ইপাসু পঙথরুরে। অদুবু ঐগী থম্মোয়গী অপাম্বদি ঈশ্বরনা শোয়দনা উরমগনি।
থাজমানবীঃ শঙথ্রবা মচু খক কোকপা য়ারোই পাবুং।
নোরতোনঃ মীনা হৌজিক ঙাঙনরিবসি ...
থাজমানবীঃ করিনো পাবুং !
নোরতোনঃ মৈরাবগী কেশ।
থাজমানবীঃ মদু অচুম্বনি। মদুদা ঐসু থরায় য়াওনা তেঙবাঙজরি।
নোরতোনঃ থাজ ! মমাঙগী নঙ ঐগী ব্রারীদু ...
থাজমানবীঃ তশেংনমক মীহাৎপা মশক খঙলে। পূম্নমক লোইনা মরী মখোঙ খঙলে।
নোরতোনঃ থবক অদু তরাই তরাইবা ওইরোই। ঐখোয় ইপা ইচাদনি য়ুম অসিদা।
থাজমানবীঃ পূম্নমক ঐ ভাব তাজে। হন্দক্কী দিল্লি খোঙচৎ মনুংসিদা মখোয় লোইনা ঐনা কৌরগা ব্রা ঙাঙনগে পাবুংসু থংনবা কাদা লোইনা তাবীয়ু।
নোরতোনঃ মখোয়গী ব্রাফম খুদীং তেপ রেকোর্ড লৌশিল্লু।
থাজমানবীঃ মদু পূম্নমক মমাঙদগী তৌজরে। পাবুং মফমসিদা লৈ হায়বসি মীয়ামদা অমদি মখোয়দা খঙহনবীদনা ইমুংদগী হেনদোকপীগনু।
নোরতোনঃ ঐসু মদুমক পাম্মী।
থাজমানবীঃ ইন্সপেক্টর রোবোট, তামো ওকসন লোইনা কৌরগা ঙাঙনগে পাবুংসু লোন্না তাবীয়ু; অয়াম্বা মতমদা মখোয় য়াম্না তোয়না অসিদা লাকই।
নোরতোনঃ য়াম্না হৈনা শিংনা নৎত্রবদি মখোয়দো মিনুংশি ধর্ম্ম য়াওদবা ঙাক্তনি।

মপূংদা ডিপুটি সি এমসু অরায়বা নত্তে এল এল বিনি।

থাজমানবীঃ অচুম্বগা অরানবগা খক লাম্বা পাবা য়ারোই। ঐখোয়গী ফিরেপ অচুম্বনি ঈশ্বর লৈরি পাবুং। নুমিদাং মী চীক্লবা মতমদা হেন্না কুপ্পা ঙাঙনরসি; ঐখোয়গী কা খুদীংমক লোইনা ঐনা রেকোর্ডিংগীদমক্তা ফিট তৌজরবনি।

নোরতোনঃ মদুমক খ্বাইদগী ফবা পোলিসিনি।

থাজমানবীঃ পাবুং গেটতা ইন্সপেক্টর রোবোট চঙলকই। মনুংগী কাদা পোখাবীয়ু। (নোরতোন চঙখি) লেঙশিনবিরকউ ইন্সপেক্টর।

রোবোটঃ (য়াম্না ৱাখল নুংঙাইনা) ঐখোয় সার দিল্লি চৎকনি হায়বসিবু চুম্লবরা ?

থাজমানবীঃ চুমলে।

রোবোটঃ করি অথুবা ?

থাজমানবীঃ সরকারগী অথুবা অমগীনি। থাপ্পা পোষ্টিং তাবসি নুংঙাইবীরমগনি।

রোবোটঃ কদায়দগী নুংঙাইগনি; ঙসিদবু হেড অফিসতা থবক লাকপদগী চঙলকপনি। চৎখ্রবদি থবক্কী থবক ঙাক্তনি।

থাজমানবীঃ থা অমগী মনুংদা ইম্ফালদা লাক্লবা ঐনা কন্না ঙাঙনজরিবনি। ইম্ফালগী ও সি ওইনা।

রোবোটঃ (হৱাওনা) মদুবু তশেংলব্রা ?

থাজমানবীঃ (মোমোন) ঐবু থাজবীদবরা ?

রোবোটঃ করিগীবুদি থাজরোই।

থাজমানবীঃ মমাঙগী ৱাফমদু ময়েক শেংনা হোৎনবীয়ু; মদুনা মপূং হেক ফাবগা চিংনবীরুনু।

রোবোটঃ থবক অসি তরাই তরাইবা নত্তে। সি এম অমগী মথক্তা লোয়ননা ডিপুটি সি এমসু য়াওরিবনি।

থাজমানবীঃ মরমশিং অদুদং চেনবা য়াদনবা হোৎনবীয়ু, ফরক অহোবা থম্বীগনু।

রোবোটঃ করিগুম্বা লাইবক থীরবদি পুম্নী অসি মাঙজগদৌরিবনি।

থাজমানবীঃ মদু করিমতা খল্লুগনু। ঐসু তুং-মাঙ লোইনা খঙনা হোৎনজগনি। হিংবগী মহাও মশক খঙনা দিল্লিদা লৈথোক্লগা লোইরে।

রোবোটঃ মদুমক শোয়দনা হোৎনমিন্নরসি ঐসু খুদীংমক মায় পাক্লবা শীঞ্জরি।

থাজমানবীঃ অদুবু খ্বাইদগী লুরিবদি ইনম্মা অনীদি কমদৌনি ?

রোবোটঃ মখোয়গী ৱা খল্লুরনু ঐনা মখোয়গীসু ফম্ননবা শীল্লি।

থাজমানবীঃ মখোয় মখোয়গী মচা মশুশিংদি ?

রোবোটঃ ডোন্ট মাইণ্ড ঐসে মীয়াম্না খঙনরিবা ইন্সপেক্টর রোবোটনি; দিল্লিগী ফ্লেট ঐগীসু লৈরে। মীয়ামদা খঙহন্দবনি।

থাজমানবীঃ ঐগীসু ফ্লেট লৈরে। করি ৱানীংঙাই লৈরি। পুক্সী অসি ...

রোবোটঃ ঐখোয়গী সি এম নুমিৎ কয়ানিগী খোঙচৎ ওইগনি। খোঙচৎ মনুংসিদা হেন্না কৃপ্পা ...

থাজমানবীঃ য়ারে। ঐসু টেলিফোন তৌজরক্কে। মরক অসিদা ওকসনগী হেন্না কৃপ্পা মরম।

রোবোটঃ মরক মরক্তা ঐগা উন্নে; ঐনা লৈরিবা অদুদা মহাক ঠিকা তৌরি।

থাজমানবীঃ থবক মায় পাক্তবা য়াদ্রে। অদোম্না থুরকইবমখে অদোমগী য়াইফবনি; ঐনদি মপান থোক্লা চেন-চোংবা য়াবা তাঞ্জা নত্তে।

রোবোটঃ ঐগীদি পুন্নমক শেম-শাবা লোইজরে। ঙসি হয়েং হায়বা লৈতে।

থাজমানবীঃ মৈরাবা মীহাৎতা মপুং ওইনা খুৎ থাবসি ওকসননি, চপ চাবা মরম খঙলে।

রোবোটঃ মদুমা অশেংবনি। অদুবু ওকসনসি হান্না লোইশিনখিসিরা ?

থাজমানবীঃ মাবু মাঙহনবদি খ্বাইদগী লাইবনি ঐসু খঙই। অদুগা মাষ্টর মাইণ্ড ওইরিবা ডিপুটি সি এম, সি এমদি কমদৌবা ?

রোবোটঃ ডিপুটি সি এমসু লোইশিনবদি ওকসনগী অপাম্বনি, ঐঙোন্দা ফোঙদোক্লে।

থাজমানবীঃ ওকসন ডিপুটি সি এমদা অদুক কন্না শাউরিবা করিগীনো ?

রোবোটঃ কেথবীগা মরী অসি অঙনবা মতমদা ফরম্মী; মচানুপী কেথবী মপান্দা এম বি বি এস লোন্না থারম্বদগী হেন্না ফবা পাম্নকপা মতম অমদা খুৎলাই ওইনা শিজীন্নরম্বদু ঙসিদি য়েক্নবা ওইনা লৌরকপা।

থাজমানবীঃ মদুমক তশেংলেকো ?

রোবোটঃ মনুংগী ওইবশিং ওকসনদগী খঙদোক্লে। ঐগীদি য়াম্না হেন্না কন্না লোয়নজরি মপাঙ্গোংদা।

থাজমানবীঃ খ্বাইদগী লুরিবদি শরুগী অহল ঐখোয় ইধৌগী পুক্সী লোইশিনবসি মরম য়াম্না লুরি অসিরা ?

রোবোটঃ মদুমক তশেংলবনি। ইধৌদি লুপা পৈশা পুথোকপদনি থবক অসিদা থোইনা কা হেন্না লূম্বা ওইথোক্তে।

থাজমানবীঃ অমবু ওইরে অমবু ওইরে মপুংদা মহাকসু লোইশিন্দবদি য়াদ্রে, মদু নংত্রবদি নঙ ঐগী আশাদি কমদৌবা ? ফত্তবা শরৌদি নখোয় পুলিসকী প্লান তৌবীরো।

রোবোটঃ ৱাফমসি তরাইবা ওইদে। ঙসিমক ঙাঙনরিবসি খরদং খঙনরকপদা পূন্নমক মাঙবা তাবনি।

থাজমানবীঃ নঙ ঐনা হায়দোক্লদ্রবদি কদায়দগী লিক ওইগনি। প্লীজ ডোন্ট মাইণ্ড; ঐ থাজনি ইশাগী ওইজবা থিবদি খরদি ৱাবা তাবনি।

রোবোটঃ এনি সজেসন তানমীন্নসি। ঙসিগীদি ঐ হুনখ্রগে, মতাং চাবা তাঞ্জা ফংবদা ফোন হেক্তা তৌবীরকউ।

থাজমানবীঃ খল্লু হেন্না কৃপ্না, মসি পূন্নমক মায় পাকহন্দবা য়াদ্রে। য়ৌবীরো।

রোবোটঃ ফরে ঐ য়ৌরগে (মোমোন তৌবা মীৎতা তৌরল্লগা থোকখি)

থাজমানবীঃ (নুংশা শ্বর শাংনা হোন্দোক্লগা) থবক অসি খরদি খুমাঙ য়াঙনা চঙশিল্লে। মসি পূন্নমক ওইথোকপা য়াবদি লৈরে। ঐনা পঙলিবরা মখোয়না হেন্না শিংলিবরা কৃপথনা খনবা দরকার ওইরি। মসি পূন্নমকসি ঐখোয় পাবুং নত্তনদি উপাই লৈতে। পাবুংসু য়াগনি নীংদে। কনাগী মতেঙ লৌগনি। মৈরাবা হাৎপসি ডাইরেক্ট ওকসননি। মসিগী মাষ্টর মাইণ্ড ডিপুটি সি এম, মপুং ওইবা লুপা পৈশানা ইথৌনি। পুলিসনা খঙনা খঙনা মশাগী ওইজবা খন্দুনা য়েংদুনা লৈথোকপা। মখোয় মরিমক লোইশিন্দবদি থবক মায় পাক্তবনি। ঐনা লেপনীংলিবনা অচুম্বা, লায়রবগী মীচঙনি (মতাংসিদা ওকসন চঙলকই)

ওকসনঃ (য়াম্না চম্না) থাজ ! ইথৌগী দিল্লি খোঙচৎ কমদৌরি ?

থাজমানবীঃ দিল্লি চৎপা শোয়দ্রে। নহাক লাকপা য়াম্না ফরে। ঐসু য়াম্না উননীংলবনি।

ওকসনঃ করিগীনো ?

থাজমানবীঃ খ্বাইদগী লুবা মরম অমনি। ডিপুটি সি এমগা মরী অসি য়াম্না ফত্তে; চুমলবরা ?

ওকসনঃ তশেংনা চুম্লবনি। মখোয়না ঐবু মাঙহনবা পাম্লে; ঐসু মখোয়গী ইম্নুং তশেংনা চিংনরে।

থাজমানবীঃ নঙবু মখোয়গী য়েক্লবা ওইরে।

ওকসনঃ মখোয়গী মথক্তা ঐসু লমন অমদি শিংবা পাম্মী। ঐগীদমক্তা ইথৌ নত্তনা কনা অমতা লৈতরে।

থাজমানবীঃ মদুমদি খক কাউদে। খ্বাইদগী লুরিবদি মৈরাবা মীহাৎতা কন্না থিগৎলকইবসি রোবোটনি; কেশকী ফাইল খুদীংমক ইন্সপেক্টর রোবোটকী মখুৎতা।

ওকসনঃ মদু ঐসু খঙই। কেশ অসি নমশিন্দুনা অসুম থম্বা য়ারোই। অদুবু হন্দক্কী মতাং অসিদা রোবোটনা ঐঙোন্দা লুপা লিশীং য়াঙ্খে পীয়ু কেশ লোইশিল্লসি হায়না ফাওবা হায়রম্মী।

থাজমানবীঃ মদুমক চুন্নবনি। নঙদি করি খল্লি ?

ওকসনঃ তশেংনা ঐসু কুপ্না খল্লি। ঐবু চেন্নহল্লিবসি রোবোটনি।

থাজমানবীঃ রোবোটনা নঙবু চেন্নহনবগী মরম করি দরকার লৈ ?

ওকসনঃ থবক অদু মাগী চাউরবা দায়ত্ব কয়ানি।

থাজমানবীঃ চেন্নবা চেন্নদবা রাফম তোপ্না থমখ্রো কেশ অদু নৌহৌননা থিগৎলকইবসি করিগীনো।

ওকসনঃ মদু তশেংনা বোবোটনা ঐঙোন্দা তম্বনি থাজ নঙনা চপখৎলকপনি অসিনি।

থাজমানবীঃ মদু নঙ থাজবা ঙম্বরা ঐদি হৌজিক।

ওকসনঃ ঐসু য়াম্না কুপ্না খল্লি। রোবোটনা ঐঙোন্দগী লুপা পৈশা পাম্বদগী ওইগদ্রা।

থাজমানবীঃ পুলিসকী লমচৎ মীয়াম্না খঙনৈ। অদুবু অচুম্বা হায়বা অমদি লৈরি। মৈরাবা হিংলম্লবদি কয়াগী মতীক নখোয় ঐখোয় নুংঙাইরমগনি। অদুবু পুন্নমক হৌখ্রে। অহিং তুম্বা য়ারিবরা ? নুংঙাইরিবরা ?

ওকসনঃ শিত্তোকখ্রবা তিল হঞ্জিনবা য়াদে ।

থাজমানবীঃ ঙসি নৌহৌননা নঙোন্দা লুপা লিশীং য়াঙ্খে পীয়ু হায়রিবদু থাজবা ঙম্বরা ? হৌজিক নহাক্কী য়েক্লবা মশীং অহুম নমাঙদা লেপতুনা লৈরে। নুপা অনী নুপী অমা ভাব তাবা ঙম্বরা ?

ওকসনঃ চুম্মী মখোয় অহুমনি। ডিপুটি সি এম, রোবোট, কেথবী।

থাজমানবীঃ দাদা ওকসন মুন্না খল্লু মরূপ মপাং মশক খঙউ। মরূপনা মীহাৎপা হায়বসি য়াম্না লায়। চুমদ্রা ? মখোয়শিং অদু মরূপ মপাং ঙাক্তনি তৌজিক কদোমদা নাহ্লোক্তুনা চেনগনি।

ওকসনঃ ওহ্লোক্লা চুমখ্রবা রাফমনি।

থাজমানবীঃ ঙসি লুপা পৈশাগী মপু ওইরে নঙসু মদুবু নুংঙাইরিবরা ? য়েক্লবদি মাঙ্গেমদা থমদবা ফৈ। ঐনা হায়রিবসি মুন্না খল্লু। মখোয়শিংদু হিংলিমখৈ নঙ শান্তি থক ফংলোই। মখোয়বু হাৎলু হায়বা নত্তে।

ওকসনঃ থাজ ঐ হৌজিক্কী মতমদা জ্ঞান ফজনা লাকই।

থাজমানবীঃ নখোয় ঐখোয় পিশক পীক্রিভৈদগী লোয়নরকপনি; মৈরাবা, নঙগীদমক ঐসু খল্লি। করি উপাই তৌসিগে ইবৌ সি এমদসু ঐনা কন্না থেল্লিবনি

কেশ অসি মাঙহনখ্রো হায়না। অদুদা রোবোটনা অহোবা য়েংলগা খুদোংচাবা লৌশিল্লকপগী বানি; রোবোট মশক খঙনা লোয়নৌ খোঙফম য়েংউ, মীনা খুদোংচাবা লৌখিবগী মহুৎতা ...

ওকসনঃ থাজ ঐ ঙসি জ্ঞান ফজনা তারে। রোবোট মশক মুন্না খঙলে।

থাজমানবীঃ ঝাফম অসি নাকোং অনী শুবা য়াবা নত্তে। পুক্নীং লৌশিংনি। রোবোট পুলিসনি পুলিসকী শাজৎ প্রজা অমত্তনা থাজবা ঙম্মদ্রে। নঙবু ফানীংবা মতমদা ফানবা য়ান্না চম্না মহাক্না লোয়নরিবনি। মসিদং নঙোন্দা হায়গে খল্লকপা কুইরে।

ওকসনঃ (মঙক নোম্লগা) থাজ তশেংনা চুমলেকো ?

থাজমানবীঃ অচুম অরাল নতোমতা লেপচৌ মীগী মন্না লৌরন্নু ঐতনা খঙনা চান্নবগী পাউদমজবনি।

ওকসনঃ করি করিগুম্বা মতমদা ঐখোয় অনী লোয়ননা থবক চৎমিন্নে। খুদোংচাবসি মানা ঐবু।

থাজমানবীঃ রোবোটনা নঙবু কৈদৌঙেদা হাৎলোই। মানা পাল্লিবসি নঙবু ফাবনি।

ওকসনঃ চুম্মী।

থাজমানবীঃ হৌজিক মৈরাবা হাৎপা মরম পূম্নমক খঙলে। কেশ নাম্লোকপা য়াররোই। নঙবু ফানবা মানা কূপশেন শেন্নরিবনি। নঙনা মীচমনি। মখোয় মখোয়না আইনবু পায়দুনা পুনীংবা মফমদা থাংদোক থাংজিন তৌরিবনি।

ওকসনঃ (নুংশা থিরম্না) থাজ !

থাজমানবীঃ ঐ নঙগীদমক খন্দুনা অহল ওইরবা ইধৌদা লৈবনি। মীহাৎপা খক লোৎপা য়াবোই, ঐনা ইধৌনা মপান ফরিঙেদা নঙগী কেশ লোইশিনহৌবা ফে।

ওকসনঃ থাজ, ঝাফমসি নঙনা ফনবা শীনবদি ঐগী থাজবনি।

থাজমানবীঃ মৈরাবনা খ্বাইদগী থাজবদি দাদা ওকসন নঙ নৎত্রা ? মদু খল্লু ঐঙোন্দসু থাজবা খক থমগনু। হয়েং তুংদা নীংঙমদবা লাকপা য়াই।

ওকসনঃ থাজ ! ঐ পূম্নমক ভাব তারে। ঙসি ফাওবা কনা অমত্তনা ঐঙোন্দা হায়বীদে, নঙনা হায়রিবশিং অসি ময়েক অমত্তা চীথদনা চুম্মী।

থাজমানবীঃ দাদা নঙ ঙাওরে। ভাব মুন্না তাউ য়ুম য়ৌরগা অহিং তূমদনা মুন্না খল্লু।

ওকসনঃ ফরে থাজ ! ঐ য়ুম য়ৌরগে। ঙসিদগী ঐ নঙনা হায়বমখৈ তৌরগে; ঐগী পুন্সীগী য়েক্লবা, ডাকু, রোবোট, কেথবী পূম্নমক্কী মথক্তা লমনদি শিংদবা য়াদ্রে। (মথ্বায় নুংঙাইতনা থোকখি)

থাজমানবীঃ মী পূম্নমক মশক লোইনা খঙলে। মী ফত্তবা মালেমসিদা অমত্তা থম্বা

য়াদ্রে। অদুবু মী হাৎলুরবদি ঙাওই। ওকসন তশেংনা ঙাওরে। মাবু ঙাওহল্লিবসি ডাকু ইধৌ রোবোটনি। মখোয় মরিমক কমদৌনা হাৎকনি (মতাং অসিদা নোরতোন থোরকই)

নোরতোনঃ ইপাদি কাদা টিভি য়েংবদগী তুমথোকলুরে। হয়েংনি মখোয়না দিল্লি চৎপা হায়বদো ইপাবু য়ুমদা হল্লুখিসিরা ?

থাজমানবীঃ য়ুম শো লোল্লল্লবদি হল্লুরনু কাদা পোখাবীরো।

নোরতোনঃ মদুনা ফরগদ্রা ?

থাজমানবীঃ পাবুং ঙসিদি তান চাদুনা রোবোট, ওকসন লোইনা লাক্লম্মী হন্নখিবা কুইদ্রি ।

নোরতোনঃ মখোয়দি করি তৌবা লাক্লম্বা ?

থাজমানবীঃ মাগী মাগী ওইজ-ওইথক ৱানোম্বা লাক্লম্বনি।

নোরতোনঃ নুপীমচা ইপানা হায়গদবদি শেঞ্জা-থুমজা তৌরুনু অঙম-অঙম্বা মতেঙ পাংউ। ইপানা পার্টি থাদোক্তুনা লাকপসি নাকল অমরোমদা নুংঙাই; অদুবু ওল্লোক্লা নীঙ মখিদ্রে নঙনা খাম্বদু য়ারল্লবদি হৌজিক্তা থল্লকই।

থাজমানবীঃ পাবুং ঙসি ফাওবা মখল কয়াগী শেঞ্জা-থুমজা মশীং খঙদনা লাকই। নমদুনা থল্লম্বা ঙাক্তনি। লৈবাক অসি মাঙবদি শোয়দ্রে।

নোরতোনঃ ইপাসু খরদি উরে। ঐঙোন্দসু কয়া লাকই। ইপানা য়াদদুনা হন্নখিবা ঙাক্তনি। মীগী মবুক নাবা খক তৌরুনু। মী লোয়নবা হৈনো শিংনা চৎলু পৈশানা মী লৈবা য়াদবনি।

থাজমানবীঃ পাবুং ! ঙসিগী লৈবাক অসি মাঙদনিঙাই লৈতে। মসিগী শাজৎ তশেংনো উরে, খঙলে। অচুম্বা অশেংবা অমত্তা চৎনদ্রে।

নোরতোনঃ অদুদি ইপা খঙবা কুইরে। অচুম্বগী মফম লৈশিল্লক্তবসিদা ইপাসু কদায়নো খন্দুনা ... অদুবু য়াম্না নীঙ মলকখিদ্রে।

থাজমানবীঃ পাবুং অচুম্বা অশেংবগী মফম অমা তরু-তরুনা থম্বা ঙম্বরা হায়বসি নচাগী আশানি; মদুমক্লা লমজীং ওইরগা মৈরাবগী মীহাৎ ময়েক শেংনা খঙলে।

নোরতোনঃ নুপীমচা !

থাজমানবীঃ লায়রবা মতু শোনবশিংগী মফম অমদি কনবা ঙম্বরা য়েংলগে।

নোরতোনঃ থবক অদু তরাই তরাইবা নত্তে।

থাজমানবীঃ ঐসু মদু ঙম্নমক উই। অদুবু অচুম্বগীদমক্তা থৱায় ফাওবা থাদোক্কে

খল্লি। ঙসিদি মৈরাবা মীহাৎতা মীশক মরি মপুং ফানা চেন্নরে। চপ চাবা তশেংবা খঙলে।

নোরতোনঃ মখোয়শিংদু ...

থাজমানবীঃ নম্বর ৱান ওকসন, রোবোট, ইথৌ পুন্নমক্কী মাষ্টর ব্রেন ডাকুনি; মী অশিংবগী খোই থারগা পুন্নমক হোৎনরিবসি ডাকুনি।

নোরতোনঃ তো ! অদু কয়াদা লুখ্রবনো; করম্না মখোয়দা মতীক চাবা দণ্ডি করম্না পীরুগনি ?

থাজমানবীঃ মখোয় মরিমক চপ চাবা দণ্ডি পীবা ঙমদ্রবদি লায়রবগী মফম কনবা খক ঙম্লোই মসি ঐগী ৱাশকনি।

নোরতোনঃ নুপীমচা মদু অরায়বা খক নত্তে।

থাজমানবীঃ থাজ-থাজদ্রবা থৌদোক কয়া লমদম অসিদা থোকখ্রে। থবক ওইনা থোরক্লবা মতমদা পুন্নমক করিসু ওইনা খন্নরুদে।

নোরতোনঃ অদুবু খরদি খন্থবা ফে।

থাজমানবীঃ পাবুং ঐ চাম্মরক খন্থরে। থবক ওইনা শোয়দনা পাঙথোক্লগনি। মদু ঙমদ্রিফাওবা ঐ খাঙখিবা তারি।

নোরতোনঃ ইপানা হায়বসু খরদি খল্লু।

থাজমানবীঃ অহিং কয়া তূমদনা অচুম্বগীদমক ঐ খল্লি। শোয়রে লাক্লে খঙনা খঙনা চুমথোকপা ঙমদবসিমক খ্বাইদগী চাউবা ইবালনি।

নোরতোনঃ ৱাফমদুমক লাল্লি হায়বদি ইপাসু ঙমদে। অদুবু ...

থাজমানবীঃ পাবুংনসু নচাবু থৌনা হাপ্পীয়ু। শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি। থৌদোক অসিনা অনৌবা ইতিহাস অমগী তাঙ্কক ওইহৌসনু।

নোরতোনঃ অদুদি করম্বা মওংদা ?

থাজমানবীঃ লমদমসিদা লায়রবা মতু শোনবশিংবু থওইদ্রিবা মখোয় মরিমক মাঙহনবা হায়বসি ঐগী লেঙদ্রবা হোংলরোইদবা ৱাশকনি।

নোরতোনঃ চাউখ্রবা মণিপুর অসিদা মখোয় মরিখক মাঙহল্লগা পুন্নমক য়াইফরগুম ...

থাজমানবীঃ অদু য়াম্না চুল্লবা ৱাফমনি পাবুং। অদুবু ফত্তবা থবক অসি য়াদ্রে হায়বসি খরদং ওইরবসু খঙহল্লবদি মখা তাবদি ঈশ্বর লৈরি, লায়রবা ময়াম হিংলি। অচুম্বগীদমক ঈশ্বরসু লৈরি।

নোরতোনঃ হৌজিক্কী মতমদা চরী তৎলবা লায়রবশিংনা করম্না মখা তাবা ?

থাজমানবীঃ পাবুং চরী তৎলবা লায়রবশিংগীদমক ঐ হিংখিগনি।

নোরতোনঃ লুপা পৈশাগী যুগনি। অচুম অরাল ঙম্নমক লুপা পৈশানা মমায় চুম্বা লৈবাক্নি।

থাজমানবীঃ লুপাগী শক্তি পৈশাগী মগুণ ৱাংখৎলক্নি। ঐসু খঙই। অচুম্ববু লুপা পৈশানা ময়েক শেংনা কূপশিন্নক্নি।

নোরতোনঃ মদুনি খ্বাইদগী লুরিবদি ।

থাজমানবীঃ মসি মরু ফংনা মুখৎনবা হোৎনগনি; ঙম্দ্রগা পুন্সী ফাওবা কখোক্কনি।

নোরতোনঃ অশিবশিংতনা মাঙজবনি মতমসিদা ।

থাজমানবীঃ অশিবা মচাশিংনা হিংলিঙৈদা অফবা খরসু তৌরম্বা হায়বসি ঐগী ৱাশক্নি; অচুম্বা খনবদা মীয়ামগীদমক লেপফম থোকই।

নোরতোনঃ ইচাগী অনীংবা থুগাইররোই, মীওইবনা হিংননবগীদমক্তা মখল মখাগী উপাই থিনরি।

থাজমানবীঃ মদু লাক্লি হায়জবা ঙমজরোই।

নোরতোনঃ নঙগী ৱাখলনা করি ?

থাজমানবীঃ মরাল লৈবশিংবু মতীক চাবা দণ্ডি পীবা হায়বসি ঐগী ৱাশকনি; ইমা ইপা মরুপ মপাং, শাগৈ নাতৈ ইৱা ইপুরোইবা ঙম্নমক ফত্তবা থবক্কুগী মতীক চাবা দণ্ডি পীফম থোকই।

নোরতোনঃ নুপীমচা থাজ !

থাজমানবীঃ পাবুং !

নোরতোনঃ নঙ চপ চানা লেপ্লবনিকো ?

থাজমানবীঃ ঐ হোংলরোই।

নোরতোনঃ শোয়দনা মঙ্গল ওইবা ওইসনু।

থাজমানবীঃ য়াথং অদুতনি নচানা পামজবা ।

নোরতোনঃ ইপাসু থৱায়না পোন্থা ওইদুনা অচুম্বগীদমক লেপ্লে।

থাজমানবীঃ ৱাফমদুখকনি ঐনা পামজবা, ভাবোক ওইনা য়েংবীয়ু, মতাং চাবদা ভাবোক্কী চন্নফম শোয়দনা লাক্কনি।

নোরতোনঃ নুপীমচা থাজ, থাজগী অঈংবা মঙালদা জীব পূন্নমক পোখাহন্নবগুম ঐগী ইচা থাজমানবী, তশেংনমক মিংসিগী চপ চাবা অর্থ থোকহন্নবা ঈশ্বরনা পীনবীসনু।

থাজমানবীঃ ইমুংদা পোখাবীরসি। (মথং মথং চঙমিন্নখি)



## তরেৎশুবা মতাং

মফম ঃ লম্বী লমহাং মতম ঃ অয়ুক

*(লৈমা মতোমতা মশা য়াম্না নান্না অহল অমা ওইনা পুণ্ডৌ ফনেক ইনফি শেৎ চারগা লাকই)*

লৈমাঃ লৈবাক মচাশা ! লৈবাক অসে মুৎথিবা তারে। মমাগী মথাদগী মচা কয়া কয়া মুন্দুনা পুবীখ্রগা মাঙহনবশিং, মমা ওইবীশিং করিগী তুমীন লৈনরিবনো হৌজিকপু তেংথাদুনা লৈবা য়ারিবরা মমা ওইবীশিং মীকপ থোক্রসি। অহুমশুবা নুপী লান অমা শাগৎলসি। মমা ওইবীশিংনা মচাবু কয়াগী মতীক নুংশিজবা মমা ওইবীশিংতনা খঙনগদবনি। (মতাংসিদা ওকসন লাকই লৈথোক্তুনা চৎখিনবা হোৎনৈ)

ওকসনঃ (শোম্বাংননা) ঐসিবু ... ডাউ ওহোক্রা ...

লৈমাঃ (য়াম্না নৌথনা) ইমাগী ইবুংঙো নিংথেম অয়ুকসিদা ...

ওকসনঃ (হৈনীংদনা) ইমা কদোমদগীনো ঙন্না ?

লৈমাঃ হৌজিকপু ঙাল্লিবরা ? ইমাদি থেঙলে নংলরোইদ্রা হায়দুনা ...

ওকসনঃ কদায়দা চৎপিগদৌরিবনো ইমাবু ?

লৈমাঃ নঙগী মরুপ মৈরাবদো ঙাইহিরিবনি ঙাইহিরিবা।

ওকসনঃ কদায়দা চৎখিবগে ?

লৈমাঃ নঙনা পুথোকখিবদো কদায়দনো ?

ওকসনঃ হায়রিসিবু ঐবু ...

লৈমাঃ নঙগী মরুপতু লৈবাক্কী সেবা তৌনি হায়রম্বদাইনখোয় থানদবদাইনে ?

ওকসনঃ চুম্মী থানদে।

লৈমাঃ অদুগা করিগী লাকমিন্নদ্রিবা, নখোয় লম্বী পুন্নদ্রবরা ?

ওকসনঃ হন্দক মরকসে ...
লৈমাঃ শাউনরবরা ?
ওকসনঃ শাউনদে শংনদবনি।
লৈমাঃ নঙনা মৈরাবা পুরকত্রবদি য়ারোই।
ওকসনঃ ঙমদবা কুইরে।
লৈমাঃ থাজমানবী, নখোয় নৎত্রা মন্ত্রী ওইহন্ননি ঙাঙলম্বদো ?
ওকসনঃ ইমাবু থাজমানবী মনাক্তা লৈ হায়বদাই।
লৈমাঃ অদুবুদি লান্দে।
ওকসনঃ মানদি করি হায়রি ?
লৈমাঃ মতম খরদং ঙাইখো হায়রি।
ওকসনঃ মদু তশেংনা চুল্লবনি।
লৈমাঃ নখোয় অনী মান্নরগা মৈরাবদু লোৎলিবা করিগীনো?
ওকসনঃ লোৎপা নত্তে ইমা।
লৈমাঃ নরৌ তৌগনু ওকসন, (মতাংসিদা নোরতোন লাকই)
নোরতোনঃ ইতৈমা নচানুপী থাজনা ইতৈমবু কোয়থি থিহৌবনি।
লৈমাঃ ঐসু ঙাওরে মঙোন্দা তাক্লমদ্রেদো। নখোয় অনী লৈহৌখো ইচা থাজনা ঐবু ...
নোরতোনঃ য়ৌরো, য়ৌরো ইতৈমা (লৈমা চঙখি)
ওকসনঃ ইপল ইবুংঙো কমদৌরি ?
নোরতোনঃ শিবা ঙাইনা হিংলি।
ওকসনঃ ইমা লৈমসে জ্ঞান শুকতা তাদ্রমালে।
নোরতোনঃ মৈরাবা শিখ্রে হায়বসি ভাব ইতা তাদবগুম ...
ওকসনঃ হোয়নে ভাব অমা তৌরি।
নোরতোনঃ ভাব তশেংনা তাদ্রবরা হায়বসু জ্ঞান তানা ৱারী শান্নবা য়াই।
ওকসনঃ হৌজিকপু কনাগীদা লৈরিবগে।
নোরতোনঃ সি এমগীদা অয়াম্বা লৈরে।
ওকসনঃ সি এমসু থমনীংলমগদ্রা মীরোলসু ...
নোরতোনঃ সি এমগী ময়ূমদা লৈবসি জ্ঞান তাবা নত্তে থাজনা ...
ওকসনঃ মসি পূম্নমক মৈরাবা লৈজরম্লবদি ...
নোরতোনঃ লাইবক থীবা হায়বদুনি, ঙসি ফাওবা মীহাৎপদু পুখোকপা ঙমদ্রে।

ওকসনঃ সরকার অসি হৌজিক্কী মতমদা অঙকপনি। সমাজসিগী অশোয়বা খঙবীবা নত্তে।

নোরতোনঃ লৈবাক অসি মওং অমদি তৌরে। মাঙদনীঙাই লৈত্রে।

ওকসনঃ চিফ মিনিষ্টরনা টেন পর্সেন্টি হায়দুনা লৈরে। মাগী মন্ত্রীশিং মনীং তম্লে ।

নোরতোনঃ মকোক মরু পান্দবগা চপ মান্নরে ।

ওকসনঃ মদুমক তশেংনা চুম্লে ।

নোরতোনঃ মন্ত্রীশিংগী মনীংনি, সরকার কায়দ্রগা লোইরে।

ওকসনঃ সেন্টরদগী পীথরকপা শেল খুদীংমক ফোর্টী পর্সেন্টি অমা নহারোলগী অদুগা টেন পর্সেন্টি অমনা সি এমগী, টুয়েন্টী পর্সেন্টি অমনা কনসর্ন মিনিষ্টরগী।

নোরতোনঃ অদুদি থর্টি পর্সেন্টি না প্রজাশিংদা য়ৌহনবা তারেনে ?

ওকসনঃ কদায়দগী ঠিকাদারশিংনা টুয়েন্টী পর্সেন্টি অমা লৌহৌরে প্রজাশিংদা থাদরিবসি টেন পর্সেন্টি খক্তনি।

নোরতোনঃ কুইররোই ঐখোয়গী মণিপুর তুম্না মাঙমিন্নরগনি।

ওকসনঃ মসিমক্তা দিল্লিগী (সেন্টরনা) থাজবা পূম্বা থম্লদ্রবনি। সেন্টরনসু মসি খঙনা খঙনা মখোয়সু সিয়ার চাউনা চাউনা লৌনরিবনি।

নোরতোনঃ ওকসন নঙদি য়াম্না মুন্না ভাব তারি।

ওকসনঃ ঐনা খঙজবসি খরদনি মসি নত্তবা শেঙ্গা-থুমজা কোকথোং অমা লৈরি।

নোরতোনঃ করি করিনো ঐখোয়সু মীৎ মায় ওইগেনে ।

ওকসনঃ মী হাৎপা মরন্নাইনি। মীশি মীনা অশিবতনা মাঙজবনি। সরকারগী ডিপার্টমেন্ট পুম্নমক ফেল ওইরে। মিনিষ্টরশিংগী মনীং মখানি।

নোরতোনঃ থবক হাপ্পা য়াদে অদুবু লেপ্তনা নারোন্দা হাপচিল্লী মন্ত্রীশিংসু আই এ এস অফিসারশিংনা পুনীংবা মওংদা পুই। আই এ এস, এম সি এস অফিসার য়াম্না তোয়না হোংদোক-হোংজিন অর্থ য়ামখ্রে।

ওকসনঃ অরীবা মিনিষ্টরদি ফৈ। নহারোল মিনিষ্টর খরদি অফিসারশিংনা পুনীংবা মফমদা কোয়থাং থাংদুনা পুরি। মওং অমগী শাসন হায়বদুনি।

নোরতোনঃ হন্দক্তি ঐসু সি এমগী মনাক্তা খরা লৈবদগী ভাব খরদি তারে। লৈবাক অসি মওং অমদি তৌরে। মিনিষ্টর খুদীংমক সি এম য়ানবা হোৎনবদা ব্রাদি ব্রারবা জাৎনি।

ওকসনঃ মন্ত্রী অফিসার সরকারগী ফম অচৌবা পায়বশিং গুম্নমক সি এমগীদা অফিস কানরে।

নোরতোনঃ মদুমক তশেংনা চুপ্লে। অহিং নুংথিল নাইখিদ্রে। শেলসি ঐখোয় খরদংনা পায়দবনি মীশক মীওই খরদি; পায়রিকো।

ওকসনঃ মপুং ওইনা সরকারগী কর্ম্মচারী অয়াম্বনি। সরকারসি ডিপার্টমেন্ট খুদীংমক অমোংপা ঙাক্তনি। (মতাংসিদা রোবোট লাকই চপ চাবা দ্রেশনি)

রোবোটঃ ওকসন ঐ নঙবু থিরকপনি।

ওকসনঃ মরমদি ? ইতোমতরা সার।

নোরতোনঃ ওকসন ঐ খরা হাল্লমগে, ইবুংঙো পুলিস অফিসার (থোকখি)

রোবোটঃ ফনি ফনি।

ওকসনঃ মতাং অমদা তাঞ্জা ফংলবদি য়ুমদা ওইনা লাকচরগে।

রোবোটঃ ওকসন থবক অসি লায়রোইদৌরি। য়াম্না কন্না থিগৎলকই। কমদৌসিগে ?

ওকসনঃ মরাল লৈরবদি ফংফম থোকপদু ফংজবা তাবনি।

রোবোটঃ কেশ অদু হৌজিক্তি অতোপ্পা অফিসার অমদা শিন্নখ্রবনি মতমসু কুইরে।

ওকসনঃ থবক অদু মীওইদুগী প্লান ঙাক্তনি, প্লান য়াওদনা মঙ্গল ওইদে।

রোবোটঃ হায়রিসিবু হকথেংনবদি নহাক নতোমতনি।

ওকসনঃ থবক অদুদা শিজীন্নখিবা খূৎলাইদু ঐখোয় সারনা ...

রোবোটঃ ঐবুসু চোপহন্নীংবগী ৱারা ?

ওকসনঃ ৱাফমদুবু নিংশীংজনীংর্বনি, সি এমসু মথৌ পাঙথোকপীরগা ...

রোবোটঃ আইনগী ৱানি।

ওকসনঃ আইন হায়বসিবু মীওইবনা শেমখিবা নৎত্রা ? মীওইবনা থুগাইবনি। মীওইবনা শেমদোক্কনি।

রোবোটঃ হৌজিক মৈরাবা হিংহনবা য়াররোই। থাজমানবীনা চপখৎলকপনি।

ওকসনঃ থাজমানবীদু সি এমগী নুপী ওইরে। মাগী নুপাবু অৱাফমদা তাহননীংফম ...

রোবোটঃ মদুনা ইমুং মনুংগী ৱারীনি; আইনগী ওইবা ৱাফমনি হৌজিক লাক্লিদি।

ওকসনঃ ঐ থোইনা লুনা খন্দে। মতম মতমগী থেংনবা তাবনি। অচুম্বা হায়বা অমদি লেঙদনা লৈগনি; মরী লৈনবশিং অমত্তা নাথৈদুনা চেনবা খক য়ারোই। ঐ খঙদে মী খঙদে।

রোবোটঃ মতম কুইনদগী খঙন-চানরকপনি, লোয়নরকপনি।
ওকসনঃ মরুপ মপাং অমা ওইবগী মাঙহনবা য়ারগা মাঙহনখ্রো, য়াদ্রেদনা অচুম্বগী মমাঙদা অরানবা অমতা খক লেপ্পা ঙম্বা ওইথোক্তে।
রোবোটঃ হায়রিসিবু...
ওকসনঃ ঐদি খক চেল্লরোই, চেল্লুদনা কান্নরোই, ডাক্তরগী লায়য়েং অশিবদু য়েথোকপনি। কেশ অসিগী মরমদা মকোক্তগী অরোইবা ফাওবা ঐনা ঐগী দাইরিদা ময়েক শেংনা ইদুনা থম্লে। ইমা ইপা মরী-মতা কয়াদা কুপ্পা শিন্নখ্রে।
রোবোটঃ অদুদি কেশ অসি ভায় ওকসননা মখা চথরক্লবা শীনবীবা ওইরে।
ওকসনঃ মদুসু নত্তে, শামুনা তাল্লগা য়ারক্তা চেনশীল্লু হায়বদুনি। অচুম্বদি লেঙদনা লৈরি।
রোবোটঃ মতমসিগী শাসনগী থবক তরাইদে। পুন্নমক খঙনরি।
ওকসনঃ মখোয় নখোয়না অতোঙবদা লেপ্তুনা ফম কানরে। সি এম ওইনরে। ঐখোয়বুনা খোইচাক ওইরুবনি। হৌজিক ঐ মখা করিসু খনদে। মী অপঙবা ব্রাজবা তাবনি। অপঙবা মীগীসু থেংনবা য়াবা, লোয়নবা য়াবদি লেপ্পা খক থারোই।
রোবোটঃ হন্দক্কী ব্রাফমসি থাজমানবীনা চপখৎলকপনি। ব্রাফমসি ময়েক শেংলে।
ওকসনঃ মরাল লৈরবদি দণ্ডি ফংজবা তাবনি। সি এম ওইরবসু অফিসার ওইরবসু ষ্টেট অমগী সি এম ওইরম্বা কয়া মরালগী মতুংইন্না দণ্ডি ফংনখিবা য়াওরি।
রোবোটঃ ব্রাফমসি অমুক্তং সি এম, ডিপুটি সি এম, ঐখোয় পুন্না তানমিন্ননীংই। করি খল্লি ?
ওকসনঃ ঐ করিসু খন্দে। নখোয়না তারকপা ফল ঐ খক চেল্লোই। সি এমসু ব্রাঙাঙ-শঙাঙ মমাঙঙৈগুম নত্তে। ডিপুটি সি এমদি ঐগা মাইয়োক্লবা পামদ্রে।
রোবোটঃ করিগীনো ?
ওকসনঃ মনুংগী ব্রাফম কয়া লৈখ্রে। সি এমসু ঐবু কা হেন্না মাইয়োক্লবা পাম্লম্লোই। ঐসু মতাং মতাংগী খুদোংচাবা খরগী লোয়নবনি।
রোবোটঃ ব্রাফমসি নমশিনবসু য়ারোইদৌরি। খরদি কুপ্পা নৈনহৌবা চুমগনি নীংই।
ওকসনঃ মৈরাবা মীহাৎকী মতাং ওইরবদি ঐবু য়াওহনগনু। ঐ লেঙদনা লৈরি। ঐ হিংলিঙৈসিদা পৈশা খরদি তালহৌবা হায়বসি ঐগী ব্রাশকনি।

রোবোটঃ য়াওদবা য়ারোই। খন্ন-নৈনদবা য়ারোই।

ওকসনঃ হৌজিক অমুক মখা তাবা মী হাৎপা ঐ য়াওররোই। সি এম অমদি ডিপুটি সি এমগী ৱাঙাঙ শাজৎ ঐ য়ানীংদে। ঐসু ঐগী থৌশিল অমদি লৈরে। ফরগা ফরে।

রোবোটঃ ফৎত্রবদি কমদৌবা ?

ওকসনঃ মদুগীসু থৌরাং লোইরে। ঐগী ইমা ইপা ইনাও মরী মতাশিংগী মফমদা কূপ্না শিন্নখ্রে। ময়াম্না পাল্লমগদবসি ঐবু সংসারসিদগী মাঙহনবা অসিনি; মদু ঐসু ভাব তারি।

রোবোটঃ কেশ অদু তরাইবা নত্তে।

ওকসনঃ মদু ঐসু খঙই। পুলিসকী হৈশিংবা ঐসু খঙই। ঐগী হৈশিংবসু মতম মতমগী শোয়দনা খঙনরক্কনি। মমাঙগী ঙাঙনরকখিবা ঙাঙনখিবা ৱাফম অমত্তা চিখদনা রেকোর্ডিং ঐগী নাক্তা অমত্তা ৱাৎতনা লৈরি। ঐ মতম অমদা লানহৌবা য়াওরম্মী। লীডরসু ওইরম্মী নখোয়নসু খঙলিবদুনি।

রোবোটঃ অমা খঙদে থবক অদুগী মরমদা পূন্না অমুক্তং ফম্মিন্নদুনা লোইশিনবা হায়বসি মথৌ অমনি।

ওকসনঃ হৌজিক্কী মতমদা মীবু মীনা থেমদুনা শিজীন্নবা য়াররোই। অদুবু তানমিন্নবদি ফৈ।

রোবোটঃ নঙগীসি য়াম্না ৱারৌবগী ৱানি নৎত্রা ?

ওকসনঃ ৱারৌবা ৱারৌদবা সারসু খন্দুনা য়েংবীয়ু। নখোয় নখোয়না নশা নশাগী মতীক চাবা পোষ্ট অমমম ফংলে। ঐখোয়না মীনায়গুম লৈবসি কনানা পেনগনি ?

রোবোটঃ ৱাফমসিদা সি এম, ডিপুটি সি এম মখোয়গী মত খঙলবরা?

ওকসনঃ মদু থিজিল্লুবগী মথৌ ঐঙোন্দা লৈতে। তৌবতবু হৱাগাড়ী ইঞ্জিনবু লুনা তৌবা, ভালটিপপু থৌওইদবসি মীওইবগী হৌনশানি। ভালটিপ য়াওদনা চেনবা য়াবরা য়েংবা তারি।

রোবোটঃ সি এমনা করি হায়রকপগে, ডিপুটি সি এমনা করি তৌরবগে ?

ওকসনঃ করিসু তৌদে। করিসু হায়দে। তৌববু হায়বনি।

রোবোটঃ নহাক্কী ৱাফমসি ঐ মখোয় খুদীংমক্তা লীরগে, য়ানদবা ঙম্নমক ফন-ফন্নবা খন্নবা ফৈ।

ওকসনঃ থাজমানবীগী মমাঙদা ঐ য়াম্না ইকাই। মাগী লমন ঐ চাউনা তোল্লি;

পৃথিবীদা খ্বাইদগী ঐনা কিবসি থাজমানবী মতোমতনি। মাগী মতেঙদি ঐ য়াম্না পাংনীংই।

রোবোটঃ ৱাফমসি থাজমানবীনা মৈরাবা হাৎপা থিগৎলকপদগীনি।

ওকসনঃ সারনা অদুক কুপ্না থাজমানবীগী অপাম্বা খঙবীবদি কমদৌনা ? প্রমোসনগী হোৎনবদা ওইজবা খরদং থিবদা খঙলকপরা ?

রোবোটঃ ঐখোয়না সার্বিসতা লৈরম্বনিনা মদোমদা খন্দোকপসু য়াই; তশেংবদি নত্তে। নাকল অমরোমদা এস পি ফাওবদং ফংলবদি খন্দুনা ...

ওকসনঃ ওইজবা খরদং ফংননবা হোৎনবদা মরুপ মপাং মফম মতম খঙনদবগী ঐগী দষা কাউবীগনু।

রোবোটঃ মদু পুম্নমক ওইখ্রবসু থাজনা মৈরাবা মীহাৎপা মতীক চাবা দণ্ডি পীনীংবনি লেম্না তোক্কদবা মান্দে। মহাক তুং-মাঙ নাক-য়েৎ খঙনা শিংবা মীশক্তি মতীক চাবী এম এ ইংলিস ফার্ষ্ট ক্লাসনি। রাজনীতি চঙখোলনা হৈ-শিংই।

ওকসনঃ মপাগী মচানি। মশক নাইরবা রাজনীতি দল অমগী ইমুংদা চাউরকপনি। মৈরাবা হিংলম্বা থোক্রবদি লমদমসিদা শকখঙনরমগদবনি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে, তশেংনা ঐ থাজমানবীগী মতেঙ পাংনীংই।

রোবোটঃ হন্দক্কী মতাংসি তরাইদে। মরমদি হকথেংনবা ওইরুবনা।

ওকসনঃ মদুমক চুম্মী। অদুবু মতাং চারবদি থৱায় থাদোকপা য়াই। অদুবু য়েংখিবা তারি। ওকসন শিবা চিংনদ্রে।

রোবোটঃ মদুনা থম্মোয় শেংবা ওইরবদি মতেঙ পাংবা ঙমলোইদবগী মরম লৈতে।

ওকসনঃ ঐ চন্না খক শিররোই। নুপা থোক্না, মথৌ মশক খঙনা শিরগে লেপ্লে।

রোবোটঃ য়ারবদি ৱাখল খরদং হেন্না খঙ্বা চঙই। অদুবু থাজমানবী অমুক্তং উন্নদুনা খঙদোকমিন্নবসু ফৈ।

ওকসনঃ তাঞ্জা য়েংজগে, তশেংনমক থাজমানবীসে ঐ কি, মাঙোন্দা দুর্গাগী শক্তি য়াওবনি অচুম্বগীদমক্তা শিবা কিদবী নুপীনি। মতম খরদং লোয়নরুবদা খঙলকপনি।

রোবোটঃ ঐসু খঙই। মতম খরা ক্লাস পুন্না থেংনমিন্নরকখি। মীয়ামগী ঈহৌশিংদা মাঙজিন থানা য়াওরকখিবীনি।

ওকসনঃ অদুবু খ্বাইদগী হেক ঙক্লিবদি চহী হুম্ফুতরামঙাল্লোম শুরবা অহল ইবুংঙোদা ময়ুম পাল্লকখিবা মসিসু ঙক্তবা ঙমদে।

রোবোটঃ মসি পূন্নমক লুপা পৈশাগী মগুণ হায়বদুনি। কলেজগী মতীক চাবী ওজা অমসুনি।

ওকসনঃ হৌজিক সি এমগী নুপী ওইরে। অদুবু কলেজগী শিনফম থাদোক্তে। নীতি নীয়ম ঙাক্লা মতম চানা কাবা কুম্বা চথরি মসিমক তমজনীঙাই ওই।

রোবোটঃ মতম শাংনা লোয়নরকপগী তিন্নরকপগী ৱাফম খরা ঙাঙনখ্রে। অদুবু মৈরাবগী মীশি ঙসি ফাওবা লোৎশিন্দুনা থম্বসি য়ারোইদৌরি। নাথৈনবা হোৎনবদি ফৈ।

ওকসনঃ ঐগীদমক থোইনা খঞ্জদে। মরী লৈনবশিংনা ফননবা শীঞ্জগনি।

রোবোটঃ মনুং মপানগী ৱাফম কয়া ঙাঙনা শরুখ্রে। অদুবু থাজমানবী অমুক্তং উন্নদুনা মাগী অপাম্বা খঙদোকহন্নীংই।

ওকসনঃ য়াই শংবা মতম ফংলবদি উন্নজগে। (মতাংসিদা থাজমানবী একতিভা অমা তোংদুনা কলেজ কারকই)

রোবোটঃ ঙাঙনরিঙৈদা থাজমানবী কলেজ কারক্লে, মাগী একতিভা তোংদুনা।

ওকসনঃ ঐদি মাবু য়াম্না হঙ্গোই (থাজমানবী চঙলক্তুনা)

থাজমানবীঃ (য়াম্না চম্না) দাদা ওকসন, ঐখোয় অফিসারগা করি ৱারী শানরম্মী।

রোবোটঃ (য়াম্না ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা) মেদাম কলেজ লেঙবীগদৌরিবরা?

থাজমানবীঃ হোয় কলেজ ফাওবদং ... দাদা ওকসন, তঙাইফদনা য়াম্না অচিনবমক লৈত্রবদি নোংমতং কোয়খোকপীরকউ, শঙ্গোম গ্লাস অমমমদং থকমীন্নসি। ইধৌ ইবুংঙোসু মপান্দা লৈখি।

ওকসনঃ (য়াম্না হঙ্গোইনা) চখোকচরক্লে, কায়দে।

থাজমানবীঃ অদুদি ঐসু য়ৌজরুখিগে, (থোকখি)

ওকসন, রোবোট ঃ (পূন্না) য়ৌবিরসি।

ওকসনঃ সি এমগী নুপীনি মশা নহানি, কয়া চমখ্রবা।

রোবোটঃ অদুবু খ্বাইদগী ঙক্লিবদি ইধৌ ইবুংঙোগী নুপী ওইবসিনি।

ওকসনঃ ওইজবা খরা ফংননবা নৎত্রেগা পুন্সীবু তরাইনা খন্দোকপা, পান্দম অমগী মখা পোনবা ওইরম্বা য়াই।

রোবোটঃ মশা নহানি, চহী কুনথ্রা কুনথ্রমাখোইরোম ওইগনি।

ওকসনঃ মৈরাবগী মমা, ইমা লৈমসু মমা শক্লা য়োক্তুনা থম্মী। অথসি য়াম্না লৈখ্রে। ঐখোয়গুম্বা মী মচানা খনবা ঙম্বা ওইথোক্তে।

রোবোটঃ ইমা লৈমনা মপাঙ্গোংদা ঙাওশীন্নরগা থাজমানবীদা ঈনসিল্লিবরা।
ওকসনঃ ইমাদো তশেংনা ঙাওবদি মাল্লি। অদুবু কনানা খঙবা ঙমগনি। ইথৌ ইবুংঙোনা মাবু কমদৌনা থল্লিবনো অঙকপনি অঙকপা।
রোবোটঃ মসি তশেংনমক ইথৌ ইবুংঙোনদি পাল্লমদবা য়াই।
ওকসনঃ অদুগা কমদৌনা ?
রোবোটঃ থাজমানবীনা মওং মতৌ য়েংঙমদবদগী ওইগনি খল্লি।
ওকসনঃ মৈরাবা হিংলিঙ্গেদা থাজনা ইমা লৈমবু মমাগুম লুনদি তৌজবনি।
রোবোটঃ পুন্নমক হৌখ্রবনি। মৈরাবগী কেশ চন্না তুমিন্না লোইশিনখিবা য়ারোইদৌরি মসিনি।
ওকসনঃ মীহাৎ অদুগীদমক্তা ঐ করিসু খন্দে। খল্লুদুনসু কান্নরোই হৌখ্রবদি হৌখ্রে। মীহাৎপগী ফংফম থোকপা দগুি মরালগী মতুং ইন্না ফংজবা তাবনি।
রোবোটঃ মদুদনি খ্বাইদগী লুরকইবসি।
ওকসনঃ তশেংনা ঐ থাজগী মতেঙ থম্মোয় শেংনা পাংগনি, থাজগীদমক্তা থৱায় ফাওবা থাদোক্কে খল্লি।
রোবোটঃ থম্মোয় শেংলেকো ?
ওকসনঃ শেংলে। ফোঙদোক্তবা অৱাবা অসিনা হেন্না ৱারে।
রোবোটঃ ঐসু হল্লগে। অদুবু থাজগা য়াম্না কুপ্না ৱারী শানহন্নীংই, ঐ য়ৌরগে (থোকখি)
ওকসনঃ য়ৌরো য়ৌরো ঐসু হল্লগনি, (মতোমতা) ঐনা ঐগী মরুপপু নোংমৈনা কাপতুনা হাৎখি। মরমসিদা রোবোট, ইথৌ, ডাকু চেন্নদবা খক য়ারোই। মখোয়গী খুজিল ঙাক্তনি। মখোয়বু ঐগী খূৎতগী নাঙ্গোকপা য়াবরা য়েংগে। আইনসিবু মখোয়গী খক্তরা; মশা মশাগী ওইজবা ফংলগা মীবু মীওইনা খন্দবা ওকসনগী এক্সন মখোয়সু খঙহনগে। রোবোট, ডাকু, ইথৌ ইবুংঙো অহুমগী মথক্তা লমন খুম্বা ঙমদ্রিফাওবদি খাঙখিবা তারি; মসি ঐগী হোংলরোইদবা ৱাশক্লি।



## নিপানশুবা মতাং

মফম ঃ সি এমগী রেসিডেন্স মতম ঃ অয়ুক পূং তরেৎ নিপাল

*( লৈমা পুঙৌ ফনেক ইনফি অমা শেৎলগা চন্দোন চরা ফজনা থিল্লগা বৃন্দাদেবী খুরুমই)*

লৈমাঃ ইমাগী মৈরাবা ! ইমাদি ৱারেদা, নঙবু হল্লক্লো। অহিং অমত্তা নঙ নমাবু থাদোক্তবদাই; ইমানা হিংলিবসি ইচাগীদমক্তনি। নঙনা ইমাবু নুংঙাইহনগনি হায়রম্বদাই। (হীক হীক কপ্লুনা খুরুম্মী মমিৎতগী পিরাং তৈথোকলগা) হে ঈশ্বর করিগীদমক ঐখোয়বু পোকপীরম্মী (মতাংসিদা থাজ থোক্লকই)

থাজমানবীঃ ইমা করি তৌরে, অয়ুক অঙনবসিদা ? ইমাবু কনানা করি তৌবীরে ?

লৈমাঃ ইমা করিসু তৌদে। নুপীমচা, মৈরাবা নখোয় অনীনা ঐবু নুংঙাইহনগনি হায়রগা ইচা মৈরাবসু ঙসি ফাওবা মমা ঐগী নাক্তা লাকখিদরে।

থাজমানবীঃ নোংমা শোয়দনা লাক্কনি। মহাক লাইহিরিক মখা তম্বা দিল্লিদা চৎখিবনি।

লৈমাঃ ইচানা লাইহিরিক তম্বা চৎলি হায়বদুদা মখা তাবা ঙাঙনীংবা ঙাঙবা ঙমদ্রবনি। মৈরাবনা মপাগী খোঙ্গুল লীখীগনি হায়রম্মী।

থাজমানবীঃ শোয়দনা তামো মৈরাবনা মপা হাৎপা মীহাৎপদো লমন খুমলনি হায়রম্মী।

লৈমাঃ মচা পোকচবগী মমা ঐনা হরাওজফম্মি। অদুবু লমন খুমবদি খক ঙম্লরোই। মরমদি মীহাৎপদো হিংলমখিগদ্রা চহী ফনা য়ামখ্রে। মশক মশাসু খঙবা ঙমদ্রে।

থাজমানবীঃ ইমা, মৈরাবনা মশক মুন্না খঙই হায়রম্মী। শোয়দনা ঙমগনি।

লৈমাঃ মাদি অঙাং ওইরিঙৈদনি। মশকসু খঙলম্লোই।

থাজমানবীঃ নোংমা মানা ঐঙোন্দা লীরম্মী মশক মুন্না খঙই।

লৈমাঃ মাদি কনাদগী খঙলিবা?

থাজমানবীঃ মরমদি ঐঙোন্দসু তাক্লমদ্রে।

লৈমাঃ (শাউনা) মমানা হায়বা ইন্দবা মচানি, মৈরাবা, চৎলমদাইদা মমা ঐঙোন্দা হায়রমদ্রে। মমা কৌবনিনা ঐতনা ইচাবু নুংশিবনি। মখোয়নদি মমা ঐবু খক নুংশিদবা।

থাজমানবীঃ মহাক্না চৎলমদাইদা ইমাদি ডাক্তরদা লৈ। মরম খুদীংমক নচা থাজদা হায়রম্মী (মতাংসিদা নোরতোন থোরকই)

নোরতোনঃ ইতৈমা কাদা শঙ্গোম লৈহৌরে। লেঙশীনবিরসি (মতাংসিদা ফোন লাকই, লৈমা চৎখি)

থাজমানবীঃ (ফোন পায়খৎলি) হলো হলো মানি ঐ থাজনি। করি তাকপীগদবা কনা অমত্তা লৈতে, য়াই হায়বীয়ু। নুমিৎ নিনি হুমনি লৈথরকপা য়াই হায়বা, পাবুং লৈরি। ইধৌ লাকত্রিফাওবা লৈবীয়ু হায়জরগে। চৎচরি। হৌজিক কলেজ পরিক্ষা ময়ানি। থাদোকপা য়াদে। ছুটি লৌবদি য়াই, অদুবু লৌজররোই ... মন্ত্রী ময়াম মরক মরক্তা লাকই। রোবোটসু তোয়না হৎলে। ইধৌ থমজরগে (থম্মী)

নোরতোনঃ করি অনৌবা পাউনো নুপীমচা ?

থাজমানবীঃ দিল্লিদা নুমিৎ নিনি হুমনি লৈথদবা য়াদরে, অদুনা পাবুংবু হল্লকত্রি ফাওবা লৈবীরম্মু হায়রকই।

নোরতোনঃ খঙদ্রেদা তৌরিবসে, ঐদি য়ূমদা হন্নীংলবনি। অদুবু লৈথখিবা তারেদনা:

থাজমানবীঃ পাবুং হন্দক্কী নচাগী খুজিল থৌরাংসে তরাই তরাইবা নত্তে। য়াম্না কূপ্না শেন্নবীগদবনি।

নোরতোনঃ খরদং হেক খঙনরক্লবদি ইপা ইচা লোইরে।

থাজমানবীঃ পাবুং প্লান পূন্নমক লোইরে। নুংশা থিবীরুগনু। হন্দক দিল্লিদগী থোরকপগা রোবোট, ডাকু, ইধৌ ইবুংঙো, ওকসন পুম্বা অমুক্তং কাসিদা পূন্নবা শীল্লবদি পূন্নমক মঙ্গল ওইরগদবনি। কাগী মায়কৈ খূদীংমক বোম ফিট লোইরে।

নোরতোনঃ ইবেম্মা ৱাখল খরদি লুনা খঙ্বা ফৈকো।

থাজমানবীঃ পাবুং ঐ লোইন্না ভাব তাজে। য়াম্না হৈনা শিংনা হোৎনজবনি। (মতাংসিদা ডাকু হৱাগাড়ী থৌজিল্লকই ) পাবুং ডিপুটি সি এম লাকপিরি, লেঙশীনবীয়ু।

ডাকুঃ (য়াম্না কোইদনা) ঐখোয়গী সি এম হল্লক্কনি হায়বগী পাউ ফংবীরবা নৎত্রা ?

থাজমানবীঃ (য়াম্না তপ্না) হৌজিক্তা ফোন লাকই নিনি হুমনিদি লৈথদবা য়াদ্রে হায়রকই।

ডাকুঃ অতৈ করি করি পাউ মখাদি ?

থাজমানবীঃ সারসু হংলকই। য়াম্না লুবা ওইরবদি সারদা পাউ পীরক্কে হায়রকই। ঙাইহাক পোত্থাবীয়ু শঙ্গোম, কোফি থকখিসি (রোবোট গাড়ী থৌজিল্লকই)

ডাকুঃ মন্ত্রী কনানো ?

থাজমানবীঃ পুলিস অফিসার রোবোটনি।

ডাকুঃ চঙহল্লকউ। মতাং যম্না চারে। মীতোপ থোইদোকপা লৈতবা নৎত্রা ?

থাজমানবীঃ লৈতে (ইমুংদা চঙখি)।

ডাকুঃ রোবোট চঙলকউ চঙলকউ করি অরুবা থবক লৈ ?

রোবোটঃ (হৈবাইখুম্নবা রাফমগা) সার থোইদোকপা অরুবা লৈজদে। চুম্না ইপু ইবুংঙো ঙসি হল্লক্কনি হায়বদুদা চঙজরকপনি।

ডাকুঃ মহাক হল্লক্করোই মদুগী পাউদু তমগে চঙলকপনি। নিনি হুমনিগী তুংদা হল্লক্কনি। নঙগী পোৎথিংদু শান্তি ওইরিকো, শেম্লোক লম্বীদি কমদৌবা ?

রোবোটঃ (যাম্না কিনা) থোইদোকপা ...

ডাকুঃ শেম্লোক লম্বী ফজত্রবদি অপাম্বা মফম হায়য়ু ঐখোয় খ্বাই লৈরিঙেসিদা।

রোবোটঃ সার ঐদি ইম্ফালদা সুম লৈজগে হায়জরিবনি।

ডাকুঃ কবিগীনো মীনা শেম্লোক লৈবা মফমদা তান্নরি। ইম্ফালদবু করি ফংগনি।

রোবোটঃ হৌজিক্কী মতমসিদা শেম্লোক লৈবা লৈতবা থোইনবু খল্লুদ্রে।

ডাকুঃ অদুদি নঙসু শেলসি খরদি পায়রেনে।

রোবোটঃ মদুগী রা নৎচদে।

ডাকুঃ মথংগী ইলেকসন কুমগে খল্লবরা ?

রোবোটঃ মদুসু খঞ্জদে।

ডাকুঃ অদুদি করিগীনো নঙনা ইম্ফালদা লৈবা পাম্লিবসি। মরম অমদি লৈফম থোকই। (মতাংসিদা নোরতোন অচা অথক কোফিনচিংবা পুরদুনা থোরক্কুনা টেবলদা থম্মী) কাদা অঙাংশিং অমত্তা লৈত্রবরা ?

নোরতোনঃ লৈ, মখোয় মনুংদা থবক খরা শীজিন্নরি। করিসু কায়দেদা তেঙবাঙনবনি। (চঙখি)

ডাকুঃ পোত্থাবীয়ু পোত্থাবীয়ু।

রোবোটঃ সার য়াম্না তান চারে উন্নজবা।

ডাকুঃ করি হায়নীংবা, হায়য়ু ঐখোয় লৈরিঙৈসিদা, তম্না ঙম্বা নত্তে সরকারসিদি।

রোবোটঃ সারখোয় ময়ামগী মতেঙনা ঐগীদমক হোৎনবীরে।

ডাকুঃ হৌজিক করি অমুক পাম্লি ঐখোয়না ঙম্বা ওইরবদি পাঙথোকসু ঙাই।

রোবোটঃ (মমীৎ মনা কোয়না য়েংলগা) মৈরাবগী কেশ অদু য়াম্না কন্না চপখৎলকই।

ডাকুঃ মাগী কনা লৈদুনা। মমাদুসু ঙাওরি ফৈরি তৌরবনি। সিদা লৈবগুম তৌবনি।

রোবোটঃ অতৈ কনানা নত্তে, সি এমগী মায়কৈদগীনি।

ডাকুঃ (শাউনা) চরোদা তায়োন্নবা ৱানি।

রোবোটঃ (তপ্না) অতৈ কনা নত্তে সি এমগী নুপীনি।

ডাকুঃ থাজরুনু, থাজরুনু, নখোয় পুলিসকী শেল তান্নবা থিনরকপা ওইরিনিদা।

রোবোটঃ সার, য়াম্না মরু ওইবনি ওকসনসু উন্নজরুরে।

ডাকুঃ মাগা উন্নবগী দরকার লৈত্রে, কেশ অদু মাঙহনখ্রো হায়রগা।

রোবোটঃ ওকসননা পীরিবা পাউগুম তরাইবা নত্তে।

ডাকুঃ মানা করি হায়রিবা ?

রোবোটঃ মৈরাবা হাৎপদা শিজীন্নবা নোংমৈ, মৈবাবা হাৎনবা শরৌ মরম কয়া লোইনা হায়দোরক্কনি, মমৈদা চেন্নগদবসি সার, সি এম, ঐনি।

ডাকুঃ নুংশা থিরুনু মশা শিনবা মশানা শীনবা হৌনদে। মদুনা অশেংবা ওইরবদি সি এম হেক লাকপগা মরী লৈনবা ঐখোয় পুন্না ঙাঙনবা তাবনি।

রোবোটঃ মদুমক পামজৈ সার।

ডাকুঃ মদুবু ৱা ওইনা লুনা খল্লুনু, হৌজিককীসি ঐখোয়গী সরকারনি। অদুবু মদু নঙনা য়াম্না লুনা লৌরবনিনা সি এম লাক্লগা পুন্না খন্ননবা নঙনা শীল্লু।

রোবোটঃ মদুগীদমক ঐ লোইনা শীঞ্জরগে।

ডাকুঃ ৱাফমদুনা হেন্না লুরক্লবদি পুন্নমক মাঙহনবা তাবনি।

রোবোটঃ ওকসনগী ৱাফম, সি এমগী নুপীগী ৱাফম তরাইবা ওইগনি নীংদে।

ডাকুঃ মনীং থুংদবা খরনা মশা মশাবু অৱাফম তানীংবা কনাসু লৈবা হৌনদে। শিখ্রবা মীবু হল্লকহনবা য়াবা ওইথোক্তে; মমা অঙাওবী অদুনা হায়বা ওইরম্বা য়াই।

রোবোটঃ মমাগী ফিভমদু থাজবদি ৱাৎলি, অদুবু মখোয়গা অহিং নুংথিল লৈমিন্নবনি।

ডাকুঃ মদু ওইরগনা সি এম লাক্লগা মমা অঙাওবীদু লোইশিলহন্নবা শীনবা তাবনি।

রোবোটঃ অমবু ওইরে অমবু ওইরে ৱাফমসি য়াম্না কুপ্না খন্নবদি দরকার ওইরে!

ডাকুঃ ওকসননা য়াম্না কন্না হোৎনবগী মরম খরদি লৈ, ঐসু চিংনবা খরদি ফংই।

রোবোটঃ ৱাফমসি ওকসনগী মফমদগী নত্তে। মীহাৎ অসিদা থাজনা থিগৎলকপা মাল্লি।

ডাকুঃ অদু ওইরবদি মমাগী খুজিল থৌরাং ওইবা তাবনি মমা ঙাওদে, ঙাওশিন্নবনি। ফরে পূন্নমকসি সি এম দিল্লিদগী হল্লকপগা খুদোংচাবা অমা য়েংননবা হোৎনবা তাবনি। (মতাংসিদা থাজমানবী থোরকই)

থাজমানবীঃ খুদীংমকপু হরাও তয়াম্বা ফোঙজরি।

ডাকুঃ ঐখোয়সু হল্লগে, হয়েং সি এম লাক্লগা করিনো করিনো ফোঙনরসি। (হৌগৎলগা য়াম্বা লেম্না থৌশাদবগী মওংদা চৎখি) রোবোট লৈহৌখিদ্রা? ঐদি খরা মাঙ থারল্লগে।

রোবোটঃ সার! (ইকাইখুম্ননা) ফনি ঐসু লাকচরগে।

থাজমানবীঃ কবি অনৌবা পাউ লৈবগে। থবক মখা কদায় য়ৌনা চঙশিনবীরগে?

রোবোটঃ অনৌবা পাউ হায়ববু ওকসন ঙসিসু ৱারী শানবদা থোইদোকপা অহোংবা তমজনীংঙাই লৈতে।

থাজমানবীঃ তশেংনমক ঐ ওকসন উন্নরগা ৱারী খরা শান্নীংই।

রোবোটঃ মহাকসু মদু পাম্না লৈহৌই। তশেংনা তেঙবাঙনীংই তম্মী। ডিপুটি সি এমবু ৱারৌবগী মমি তাই।

থাজমানবীঃ মদুমক খ্বাইদগী চুম্না ওইগনি খল্লি। ঐগী নোলেজদসু ... অদুবু মতম শাংদোকহনবা ঐ পামদ্রে।

রোবোটঃ হন্দক্কী সি এমনা দিল্লিদগী হল্লকপগা পূন্না ফম্মীন্নবা শীঞ্জরগে মদুমক শোয়দনা।

থাজমানবীঃ মদুগী প্লান. ডিপুটি সি এম, ওকসন পূন্নমক শুনা ...

রোবোটঃ হৌজিক ডিপুটি সি এমনা হায়রল্লে। অদুদি ঐসু হঞ্জরগে (থোকখি)

থাজমানবীঃ য়াম্না ফগনি য়ৌবীরসি। (থৌশাদনা) ঐগী প্লানসিবু চুমগদৌরিবরা? ঐনা মখোয় মরিমক পূন্না লোইশিনবা ঙমদ্রবদি মায় পাকপা ওইথোক্তে। (মতাংসিদা নোরতোন চঙলকই)

নোরতোনঃ নুপীমচা! ডিপুটি সি এম, রোবোটকী ৱারীদি ময়েক শেংলে ঐ লোইনা

তারে। মখোয় মখোয়গী মরাল খঙলে। অদুবু থবকসি তরাইবা নত্তেকো।

থাজমানবীঃ চুম্মী পাবুং ঙসিফাওবা ঐসু খল্লি। ঙস্বা ঙমদবা ঈশ্বরনা শীনবীবনি। মৈরাবা, ইমা লৈমগী মফমদা ঐনা থমখিবশিং ইলেকসন মমাঙদা মদুগীদমক ঐ চপ চাবা লমন শিংনীংই। রাজনীতি তৌবা হায়বসি ইশাগী ওইজবা থিবা নত্তে।

নোরতোনঃ হৌজিক্কী মতমসিদা মশাগী ওইজবা থাদোক্লগা মীয়ামগী, অচুম্বগী শক্তম ঙাক্লা চৎপা মীশক কনাসু লৈরমদ্রে।

থাজমানবীঃ কোংগ্রেং মনুংগী মুক্তা, ইরোলনুংদা মণি, করিসু ঙকফম খোংক্তে। পুম্মী অসি অচুম্বা, অশেংবগীদমক কখোকপা ঐ পাম্মী।

নোরতোনঃ ইচাগী অনীংবা অচুম্বা ঙাক্তনি। অচুম্বগী মফম শোয়দনা ফংগনি।

থাজমানবীঃ ইমা লৈমা, মমাঙদা মৈরাবা ভোট লেপ্পনবা ঙাঙনরকপদা শুকয়া য়াখিদে। ঐবু থাজবদগী য়াখি। অদুবু ইমাগী রাফম পুন্নমক ঙসি চীংখদনা চুল্লে। মৈরাববু পোকপা অহলসু ভোটতা লৈখিদে।

নোরতোনঃ মদুমক চুম্মী! মীহাৎ অদু কনানসু ঙসি ফাওবা দন্তি পীখিদ্রে। মশকসু ফোঙনখিদ্রে।

থাজমানবীঃ ইমা লৈমনা হায়বদি ইপু ইবুংঙোগী খুজিন ঙাক্তনি হায়বীখি।

নোরতোনঃ মদুমক তশেংনা চুন্নবনি। মতমদু মৈরাবা চহী অনী অহুম্লোমগী মতমনি।

থাজমানবীঃ ইলেকসন অমদা মপা হাৎখিবা, ইলেকসন অমদা মচাবু লোইশিনখিবা পাঙ্গল থৌনা মৎপনি। মদুগীদমক ঐনা লমন খুমনীংই।

নোরতোনঃ থাজ!

থাজমানবীঃ পাবুং! ঐনা লেপ্লিবসি মৈরাবগী নত্তে, তোল্ল-তারবা মতু শোল্ল-বশিংগীনি।

নোরতোনঃ মদুমক তশেংনা চুন্নবনি। ঙসিদি ইপাসু নীঙমদবা কয়া লাক্লে। মতম অমদা মীয়াম্না মৈরাবগীদমক লাও-খোংলম্বা, ঙসিদি তুমিৎ ফাওবা লৈখিদ্রে। মসিবু অর্থ থোক্লিবরা?

থাজমানবীঃ মদুগীদমক্তা নচা হিংলি, ঙাঙথোকখিবা ৱাদি ঙাক্লবা ফৈ। নুপীমক ওইজরবসু ঐদি ঙাক্কনি খল্লি।

নোরতোনঃ মখোয় মরিগী থৌরাং ইপা থাজরুদে। অদুবু ইচানা হায়বদগী থংনবা কা অমদা টেপ রেকোর্ডিং তৌশিনহৌবদগী ময়েক শেংনা খঙলে।

থাজমানবীঃ মসিগী মখা তাবদা মখোয় মরিগী টেপ লৌশিনবা তাবনি । ঐখোয়গী লৈরিবা কা খুদীংমক লোইনা ঐনা টেপ রেকোর্ডিং ফিট তৌরবনি।

নোরতোনঃ মসি খঙনরক্রবদি অফবা ওইরোই। মৈতে মচাশিং পূকচেল য়াম্না পীরক্রে।

থাজমানবীঃ ঐখোয়গী কাগী ফিট পূন্নমক ঐনা মোরেদগী ব্রম্মা মচা অমদা শিন্নবনি করিমত্তা মকা ফোঙনরক্রোই।

নোরতোনঃ অদুগা মখা তাবদি কনাগী মতেঙ লৌরি ?

থাজমানবীঃ হৌজিক্কীদমক ঐনা লাইরিক পারগা হোৎনরি। সি এমগী মখোল মরিগী মথক ইথং থংবা কাসি ঐনা টেপ ফিট তৌখিনি। থৌরাং পূম্বা লোইরে। খ্বাইদগী লুবা ৱাফম খুদীংমক মথক থংবা কা নৎত্রগা অন্দরগ্রাউন্দগী কা অনীসিদা শিজ্জীন্নে।

নোরতোনঃ অন্দরগ্রাউন্দগী কা লৈরবা মফমসিদা !

থাজমানবীঃ ফূট তরামঙা কুনগী রুম অমা লৈরি। মসিদসু চখবা য়াই। মসিনা হেন্না খুদোংচাবসু লৈ । ঐসু খল্লি মফম কদায়দা থবকসি চখসিগে।

নোরতোনঃ থবক খুদীং তবাই তরাইবা নত্তে।

থাজমানবীঃ মথক্তা বোম ফিট তৌবদি লোইরে। মথক্তা তৌবনা নীংখায়রক্কুনা তারকপদসু শিননবগী উপাই ওইগনি। অদুগা মখাদি কা খুদীংমক্কী তোপই। সাউণ্ড প্রুফনি।

নোরতোনঃ নুপীমচা সি এমদি খঙদ্রা ?

থাজমানবীঃ করিগী খঙদনি। মাগী অপাম্বনি, মরমদি ঐনা শীনবনি। লাইরিক মাইশু হৈতবগী খুদোংচাবা ঐনা লৌজবনি।

নোরতোনঃ মখাগী অন্দরগ্রাউন্দগী কাদি কনানা শাখি ?

থাজমানবীঃ মসি কেরলাদগী মীওই নিপান্না নুমিৎ কুন্নিরোমদা নুমিদাং পূং অমদগী মরি ফাওবা মীতোপ চঙহন্দনা শাখিবনি।

নোরতোনঃ মদুগী কান্নবনা করিনো ?

থাজমানবীঃ ইপু ইবুংঙো সি এম লাইরিক হৈতবগী ৱানি ফত্তবা লৌশিং য়াম্না হৈ, মহাক্কা মুক্কবা তরাইবা ওইদে ঐসু খঙই ।

নোরতোনঃ ওহোক্লা জ্ঞান লৈরমখ্রবা ...

থাজমানবীঃ শেঙ্গা-থুমজা অঙকপনি অন্দরগ্রাউন্দ ওভরগ্রাউন্দগী তোঙান তোঙানবা শঙ্গ কয়া লৈরি ।

নোরতোনঃ মহাক্কী শাজৎসি নুপীমচা নঙবু ইপা হেন্না চিংনরক্রে।

থাজমানবীঃ পাবুং ঐঙোন্দগী মহাক্কদি হেল্লোই। মচাশিং যাওবা অমত্তা খঙহন্দে।

নোরতোনঃ ঐনা মহেক্লে খল্লিবদুগী হেনবা অমা লৈ হায়বসি মতম চুপ্পা কাউদবা ফৈ।

থাজমানবীঃ পাবুং নুংশা থিবীগনু। পাপ কয়া তৌরুবদি পাপনা চাদুনা শিজবা মশানা তাজবনি।

নোরতোনঃ নঙনা শীল্লিবসিদি পাপ নৎত্রা ?

থাজমানবীঃ ঐসু মদু খঙই। ঐনা হোৎনরিবসি মীয়ামগীদমক্তনি; অসুক মিনুংশি লৈতবা লৈবাক প্রজাশিংগী খনদবা মীশক অমা মাঙহনবা ঈশ্বরনসু শোয়দনা তেঙবাঙগনি।

নোরতোনঃ মমৈথংদা অরোনবা খঙনরক্রবদি মরাল লৈতবা মৈরাবগী মমা অঙাওবী ইতৈমা লৈমদা তারোইদ্রা ?

থাজমানবীঃ তশেংনা ইমা লৈমা ঙাওরে। ঐনা মাবু মতম চুপ্পা লায়রেংজরি। মতম খরগী মমাঙ্গদগী ভেলরদগী অফাওবা ডাক্তর কৌথোক্লে। নোংমা শোয়দনা ফরক্কনি।

নোরতোনঃ নুপীমচা ঐসু য়ুমসিদা লৈবা য়াম্না চিংনরক্রে। মৈবু কৈদৌনুংদা ফিনা কুপ্পা ওইথোক্লোই।

থাজমানবীঃ চিংনবীগনু পাবুং। নচা থাজগী প্লান লোইবা ফাওবা য়াওবীয়ু। মীয়ামগী তেঙবাঙসু শোয়দনা ফংগনি। মৈরাবনা পামজরম্বা পান্দম লায়রবগী মীচঙ ঐ শোয়দনা ওইরগনি। চহী অনী অহুমসিদা ঐগী থৌনা অমুক্তং য়েংবীথো।

নোরতোনঃ পুলিস অফিসার রোবোট তরাইবা নত্তে, ডাকু ডিপুটি সি এম মীয়াম্না কিনরিবনি, ওকসন তৌঙম্বা শিবা কিদবা মীশক্কি। মসিদা ... নঙনা ...

থাজমানবীঃ পাবুং অচুম্বগী মফম শোয়দনা লৈগনি। নচানা হোৎনজরিবসি অচুম্বগীদমক্তনি লায়রবশিংগী অনৌবা লম্বী থিবনি। ওইজবা থিবশিং মবুক ফত্তবশিং তুম্না মাঙহন্নবা ঈশ্বরনা তেঙবাঙ শোয়দনা পীবীগনি।

নোরতোনঃ মদুগী থাজবা ফংলবরা ?

থাজমানবীঃ ফংলে। মরমসু লৈরে। লম্বীসু চাউনা উরে, নচাগী খরদং তেঙবাঙবীয়ু। মীতোপ খঙহনবা য়াদবা কয়ানি।

নোরতোনঃ নুপীমচা নঙগী থবক তরাইদে। নাকোং অনীশুনা তাবা য়াদবা য়াওরে। ইপা নুংশা থীরে।

থাজমানবীঃ মদু পুম্নমক চুম্মী। মরম অদুনা সি এমগী ঙাক্লিবা সিফাই খুদীংমক মৈতৈ মচা অমত্তা য়াওহন্দবসি নচাগী থৌরাংনি। শেল থুম খুদীংমক বেঙ্ক একাউন্ট হাংদবা কয়াসু লৈরি। সি এম ওইবসিদি লমদমসিদা লুপা পৈশাদি ঈশিং ঈচাওগুম্বনি। মদুননি শিবা কিনদ্রিবা।

নোরতোনঃ নত্তে নুপীমচা ডিপুটি সি এম কা হেন্না হৈশিংবনি।

থাজমানবীঃ চহী তরামরি তরামঙা মন্ত্রী ওইরক্লবনি। ঐসু হৌজিক মশক মুন্না খঙলে। মশাগী ওইজবা খিবদা মহাক্কুম্বা অমত্তা য়াওদ্রে। (মতাংসিদা ওকসন চঙলকই)

নোরতোনঃ চঙলকউ চঙলকউ করি হায়নীংই। ব্বারী শান্নহৌরো (ইমুং চঙখি)

ওকসনঃ চুম্বা ঐগী ঠিকাগী বিল কায়হৌনবা শোই অমত্তা।

থাজমানবীঃ লুপা কয়াগীনো দাদা ওকসন।

ওকসনঃ লুপা লাক্ষ তরাহুমদোইরোমনি। চেঙ চিংবগীনি।

থাজমানবীঃ করিগী ব্বারি, দাদগী লমন য়াম্না তোল্লি। দরকার লৈবা খুদীং য়ানবা শীঙ্গগে। নুপী অঙাং থিবদি পোখারে ?

ওকসনঃ পুম্নী অসি শিবা ঙাইবা হায়বদু ... ঐদি টিকেট ফংজরে।

থাজমানবীঃ (নেক্রো) ওহ্লোক্লা মোন্দা নুংঙাইতনা, অদুক য়াম্না ঠিকা তৌদুনা তাল্লিবা শেনফমদু কনাগীদমক্লো ?

ওকসনঃ ইমা বাবা, ইমুং মনুং খ্বাই লৈরিনা।

থাজমানবীঃ ঙসি ঐসু য়াম্না নুংঙাইজরে। ঐখোয়না অঙম্বা পুম্নমক ফনবা তৌদুনা তেঙবাঙজগনি। অদুগা ঐখোয়গীসু মতেঙ খরদি পাংবীয়ু। নত্তে ঐগীসু ...

ওকসনঃ সি এমগী ইমুং ওইখিবদগী ঐখোয়গা লোয়নরকপা কাউবীরবরা হায়বনি। সি এমগী ইমুং মনুংদবু করি ব্বাৎকনি।

থাজমানবীঃ মৈতৈ পাউরৌদা নিংথৌদসু মৈতাল ব্বাৎলি হায়নরিবদুনি। অদুবু ঐগীদি মৈতালদা নত্তে অব্বাৎপসি ওহ্লোক্লা য়ামখ্রে।

ওকসনঃ ঐনা ঙম্বা মতাং থোক্লবদি থব্বায় ফাওবা থাদোক্তুনা তেঙবাঙজগে।

থাজমানবীঃ নুপামচানি হায়নখিবদি হোংনফদে। অদুবু মমাঙদা থাজবা ঙম্মদ্রিবসি চুমথোক্লবদি ফৈ।

ওকসনঃ মমাঙদা হায়বদি ?

থাজমানবীঃ মৈরাবগী ইলেকসন মতমদা ব্বাফম কয়া মৈরাবগা দাদা ওকসন, ঐ

খ্বাইদগী লুবা ৱাফম কয়া ঙাঙনখি।

ওকসনঃ (নুংশা স্বর হোন্দোক্লা) চুম্মী লাল্লি হায়বা ঙমদে। ওকসনসু খ্বাইদগী চাউবা সিয়ার তৌখি।

থাজমানবীঃ মৈরাবা লৈখিদ্রে, অমুক হন্নক্লরোই, অচুম্বদি লেঙদনা লৈরি।

ওকসনঃ পূম্নমক চুম্মী অশি-অচঙ ৱাফংনবা য়ারোই, ঐসু মৈরাবগী লমন শিংগে খল্লি। ইমা লৈমা ফজনা ঙাওরে। ইমানা ঙাওরমদ্রবদি ঐগী ইতীক ইথৌনাসু খঙলমগনি, মৈরাবা শিবা নুমিৎতগী ইমা জ্ঞান তাখিদবদু ঙসি ফাওবা ...

থাজমানবীঃ মৈরাবগী য়েৎকী পাম্বোম দাদা ওকসন লৈরি, ওইগী পাম্বোম থাজ হিংলি, থরায় য়াওদ্রবা হকচাং ইমা লৈমা লৈরি। মসিদা করিগী তোপ্পা খন্দোকফম থোকপা লৈ।

ওকসনঃ থাজ ! ৱাফমসি তরাইদে। ইমা লৈমা ঙাওরিবসি ফহনবা ঙম্লবদি ইমাগী মমাঙদা চপ চাবা লমনগী মশক ময়েক শেংনা উৎনীংই।

থাজমানবীঃ মদুমক তশেংনা চুম্মী। অদুবু ইমাগী চহী মতাং, অদুবু ঐনা কুপ্পা শিন্নদুনা লায়য়েংলি। খরদি ফরকপা মাল্লি।

ওকসনঃ ফরকপা ওইসনু। ইমাগী পুক্নীদা মৈরাবা মীহুৎসিগা অনীরক থেংনবনা ওইরম্বা য়াই। মৈরাবা মীহাৎকী মতাংদা মীহাৎপা য়াম্না লায়না পুখোকপা ঐগী দায়ত্বনি। অদুবু ...

থাজমানবীঃ মীহাৎপা থিবদা মতেঙ খরদি পাংবীয়ু। দাদা ওকসন, ঐনা থম্মোয় শেংলবদি ইমা লৈমা ঙাওবা শোয়দনা ফবসু ওইসনু।

ওকসনঃ অচুম্বগীদমক কদায় ফাওবা লেপ্পা ঙম্মীগনি থাজ ?

থাজমানবীঃ ঐসু থরায় ফাওবা থাদোকচগে।

ওকসনঃ সি এমগী নুপী অমনা ...

থাজমানবীঃ তশেংবনি দাদা।

ওকসনঃ শেংলেকো থাজ ?

থাজমানবীঃ শেংলে। ঐগী মরম খঙবীবা নৎত্রা ?

ওকসনঃ মতম খরদং খাঙবীয়ু, ঙাইবীয়ু ঙসিদি মতাং চাদে। ঐগী চিংনেবসু লৈরি। মীহাৎপদি লৈরে। মশানা সরেন্দর তৌনবা শেম শারি। ঐসু য়াম্না কুপ্না থিগৎলি।

থাজমানবীঃ দাদা ! ৱাফমসিবু ?

ওকসনঃ তশেংবনি, থিগৎপিনবা য়াওদ্রবরা হায়দুনা লৈরুবনি। অদুবু ঐগী খোঙলোয় ...।

থাজমানবীঃ খোঙলোয় নত্তে ঐ থৌবুনি।

ওকসনঃ ঐগীদি দায়ত্বনি। হীরম অহুমদা পেন্দবগী, অচুম্বগী খোঙথাঙনি।

থাজমানবীঃ মীহাৎপা তশেংনা খঙবীরেকো?

ওকসনঃ খঙলে খঙজরে চেনবদি তৌবীগনুকো।

থাজমানবীঃ ঐ থাজনি।

ওকসনঃ ঐসু খঙই, অদুবু সি এম অমগী নুপীনি। ঐগী কা য়ৌরকপদা মীওইবশিং মতীং খঙনগনি।

থাজমানবীঃ মদুমক পরিক্ষানি, য়াম্না নুংঙাইজরে, দাদা ওকসন অচা-অথক খরদি ৱারীনা নীংশিংলুদ্রে।

ওকসনঃ হয়েং মতম চাবদা চামিন-থকমিন্নরসি, ঐসু হল্লগে (থোকখি)

থাজমানবীঃ দাদাগী শেনফমদুগীদমক পূন্নমক ঙম্নবা হোৎনজগনি। (চৎখিবা মায়কৈদা য়েংদুনা) মীওইবসিবু থাজনখিগদ্রা অদুবু য়েংবদি তোকপা য়াদে। ঐগী থৌরাং শোয়দনা মায়পাকপা ওইহনবীয়ুকো। (মতাংসিদা লৈমা থোকই)

লৈমাঃ থাজ চাক ঈশিং, ঐ নঙবু ঙাইহিবনি মৈরাবসু কৌরকউ। (চঙখি)

থাজমানবীঃ ইমা য়ারে মীয়ামসু হনখ্রে, চঙজরক্লগে। মীশিং অসিবু থাজবা য়ারিবরা? অদুবু য়েংবদি য়েংলগে ঙমদ ঙমদ্রগা ইতোমতা থৱায় থাজখ্রগে। (চঙখি)



## মাপলশুবা মতাং

মফম ঃ সি এমগী রেসিডেন্স মতম ঃ অয়ুক

*[ লৈমা চন্দোন চরা নিংথিনা থিল্লি, পুন্ডৌ ফনেক ইনফি অডৌবা শেৎ চাদুনা মপি ঈরা চেন্না মায়কৈ মরি ওন্দুনা লাই খুরুম্মী ।]*

লৈমাঃ ইমাগী মৈরাবা ! নঙবু ঙাইবদা ইমাদি ৱারেদা মমানা হায়বা ইনবা মচা ওইয়ু হায়বনিকো; ( হীক হীক কপই ) নিঙমখিদ্রেদা ইমাদি ...

নোরতোনঃ (থোরক্তুনা ) ইতৈমা, করিগীনো অদুক থম্মোয় শোক্লিবদুবু, নচানুপীনা থওইবীদ্রবরাও ?

লৈমাঃ ইমাগী মৈরাবা নুমিৎ কয়ানি ইমাবু ঙাইহনখিগদগে ?

নোরতোনঃ ইতৈমা হকচাংদু য়াম্না শোক্লনি খরসু পোথাবিবা ফৈ ।

লৈমাঃ চুম্মী, পোথাবনা পুন্সীবু শাংদোকহল্লি; ইমাগী মৈরাবা ইমাবু পোথাহল্লরো ।

নোরতোনঃ খরসু কাউথোকপিয়ু, অকাউবনা পুন্সীবু নুংঙাইহল্লি ।

লৈমাঃ কাউদনবা মীওইবনা হীদাক ফাওবা চানরিবনি ।

নোরতোনঃ মদুসু হকচাংদা শোকহল্লি, পুন্সীবু তেনশীলহল্লি ।

লৈমাঃ অদুবু হীদাক্কী মতেং য়াওদনদি হিংবা ঙমদ্রে । নিংশীংবনা অৱাবা কয়া মাইয়োক্লহল্লি । অদুবু পুন্সীগী ওইনা পোথাবা পামলে । (কপ্লকই ) মৈরাবা ইমাবু পোথাহল্লো । (মতাংসিদা কেথবী মশা নান্না চঙলকই )

কেথবীঃ পাবুং ইচে থাজ লৈখিব্রা ?

নোরতোনঃ লৈ লৈ । করিগীনো নঙনা লাকথোক্তনা ... (লৈমা মখোল থোক্তনা কপ্পা কপ্পা চঙখি)

কেথবীঃ ইচে থাজদগী ৱাফম অমত্তা !

নোরতোনঃ ফম্মু ফম্মু ঐ কৌথোকপিরক্লগে । (চঙখি)

কেথবীঃ (মতোমতা কোয়না চত্তুনা য়েংলগা) মসিননি প্রজাশিংবু মন্ত্রী, এম এল এ ফাওবনা কাউথোক্লিবা; য়াই কাউথোকপা মতীক চায়। (থাজ থোরকই)

থাজমানবীঃ কেথবী, করি লৈরে; নহাক্লগী ৱারীদু কমদৌবা?

কেথবীঃ ৱা লোইনখ্রে। নুমিৎ ফাওবা লেপ্পরক্লে।

থাজমানবীঃ আই এ এস বীরেন্দ্রগা শোয়দ্রে?

কেথবীঃ শোয়দ্রে।

থাজমানবীঃ নুমিৎনা করম্বা মতমদা?

কেথবীঃ লাক্লিবা ফাইরেলগী হুন্নি পানবদা লুহোংবা।

থাজমানবীঃ অদুগা ঙরাং আই পি এস রাজেন্দ্রনদি ঐঙোন্দা পাউ অমা টেলিফোন্দা হায়রকই।

কেথবীঃ ৱাফমদু ঐসু মঙোন্দা ফোঙদোকপা ঙমদ্রে। মদুগী মতাংদনি ঐনা লাকচরিবা। ইচেনা মতেঙ খরদংদি পাংবীদবা য়াদ্রে।

থাজমানবীঃ ৱাফমসি তরাইদে। অমনা ঐগী ইথৌমকসু ...

কেথবীঃ চুম্মী। অদুবু মতৌ করম্না শেংদোকসিগে হায়বসিমদি ইচেগা তানজনীংই।

থাজমানবীঃ ইথৌ সি এম ঙসি পুং মাপল মখায়দা থুংলরগনি। সি এম হেক লাকপগা মখোয় অয়াম্বা সিদা লাক্কনি।

কেথবীঃ মদুগী পাউসু পাবুংনা তম্মী। মতাং চাবা ফংলবদি খঙহঞ্জনীংই।

থাজমানবীঃ অফিসার মশেল মরক্তা অমগা অমগা ...

কেথবীঃ অফিসার মশেন্দি খরবু ফরি, লুরিবদি ওকসননি।

থাজমানবীঃ ওকসনদি অদুক হাক্লা লুনা খল্লুরনু, মাগী দায় ঐনা পুগনি।

কেথবীঃ লাইরিক লাইশু মতীকচানা হেহৌদ্রবশিং ৱাখল খন্থবা ঙম্বগী চাং য়াম্না ৱাৎলি।

থাজমানবীঃ ওকসন মমাঙঙৈগী ওকসন নৎত্রে। জ্ঞান ফজনা তারে। মতমসিগী শেঞ্জাও পায়বা তোপ তোপ্লা মীশক অমা হায়বদু ওইরে। লৌশিংসু লৈরে থম্মোয়সু চাউরে। ফরে মসি ফন্ন-ফন্নবা শীল্লসি; অদু নঙগী থবক্কী মতাংদুদি?

কেথবীঃ ঙরাংদগী জোইন তৌজরে।

থাজমানবীঃ রিমসতনিকো?

কেথবীঃ মানি।

থাজমানবীঃ লাইবক য়াম্না ফরে।

কেথবীঃ ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বদুনি।

থাজমানবীঃ মতমসিদদি মীগী খুৎশেমনে।

কেথবীঃ মদুসু কায়দে। অদুদি ইচে, ইথৌ লাক্লবদি ঐখোয় ড্যাডিসু অফিস কাগদবনি, মসিনা মাগী মথৌনি ঐসু হঞ্জরগে।

থাজমানবীঃ ফরে ফরে, ঐ থিন্দেক্লরোই।

কেথবীঃ য়াজরে ইচে; অদু ঐগীদো অমুক্তদি নিংশীংবীয়ুকো। (থোকখি)

থাজমানবীঃ হোয়দা হোয়দা (নোরতোন চঙলকই)

নোরতোনঃ নুপীমচা ঙসিদি ইপাসু হল্লগে, য়ূম থাদোকপসু কুইমল্লে।

থাজমানবীঃ চাক চারগা হনবীরো পাবুং।

নোরতোনঃ ঐ চাক চাররোই।

থাজমানবীঃ য়ুমদা কনানা অমুক থোংবীদৌরিবনো ?

নোরতোনঃ হকচাংসু ঙরাংদগী ঈনুং নুংঙাইতে। চাবা তুমদব্রা কৈনো চানীং-থক্লীংবসু অমত্তা পোক্কে।

থাজমানবীঃ ফরেনে অদু ওইরগা। অদো পাবুং ঐগী থবক পূম্নমক শেম শাবা লোইরে শোয়দনা মঙ্গল ওইরনি। অমরোমদা পাবুং লৈতবনসু হেন্না ফরনি।

নোরতোনঃ অদুনি নুপীমচা। অদুবু থবকসি তরাইবদি নত্তেকো। থিয়োরিগা প্রাক্তিকেলগা য়াম্না খেন্নবনি।

থাজমানবীঃ থবক্তি শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি। ঙসিদি কলেজগীসু অচৌবা ফঙ্কসন অমা লৈ ঐনা প্রেসাইড তৌগদবনি। প্রোগ্রাম অসি নুমিৎ মঙা তরানি মমাঙদগী শীল্লবনি।

নোরতোনঃ ডাকু, রোবোট, ওকসনগী পাউনা কমদৌবা ?

থাজমানবীঃ পূম্নমক পূন্নবগী মফম মতম চপ চানা লৈরে। মসি পূম্নমকসি তারক্লবা শীল্লবনি।

নোরতোনঃ রোবোট মীতা য়াম্না লুবনি, পুলিসনি, হৈ শিংবনিকো।

থাজমানবীঃ পুলিসকী হৈ শিংবনা থাজদগী হেক্লোই। মাঙদা চৎপগী অশোয়বদু তুংইনবনা শিৎ শিৎনা খঙই।

নোরতোনঃ মী অমা হাৎপা ফাওবা কদাইনো হায়রিবসিদা নঙনা মরি পূন্না লোইশিন্নবা হোৎনবা লায়না থক লৌগনুকো।

থাজমানবীঃ ঙস্নমক শোয়দনা লেপ্লবনি। অমেরিকাগী ৰাথোক থাজদনা থোকখিবনি। অচুম্বগী জয় হায়বসি শোয়দবনি। ঐগী ৰাখল লাক্লবদি ঐসু মাঙজখিবা য়াই।

নোরতোনঃ শিবগী মখা তাবা করিসু লৈত্রে। শোয়দবা হায়বসি ইশাগী বাশক্তা লৈরে।

থাজমানবীঃ করিমত্তা শোয়ররোই খল্লি। মরম পূন্নমক রোবোটনা ফজনা ঐঙোন্দা তম্বীরবনি।

নোরতোনঃ রোবোট মশাগী ওইজবদা থিবা পুলিস অফিসারনি হায়বসিদি কাউবা চুমদে।

থাজমানবীঃ ঐ চপ চানা খঙজরে। ওইজবা থিবদি ওইজবা ফংনবা হোৎনবদা মাঙজবা তাবনি। পাবুং য়ূমদা হনখিবসিনসু ফরে।

নোরতোনঃ নমা লৈমদি কমদৌবা ?

থাজমানবীঃ ইমাগী ঐসু খল্লী; অদুবু ঈশ্বর লৈরি, শোয়দনা তেঙবাঙবীগনি। ইমাদি নুম্মিৎ খুদীংগী শনি মন্দিরদা পূজা কৎলি। পূজা চৎখিবগী তাঞ্জা অদুদা শীঞ্জবনি। শনি মন্দিরদগী কালিমাই অমুক চৎলিবনি।

নোরতোনঃ মহাক্না মী খ্বাইগা মান্নদবসিদা ...

থাজমানবীঃ অচুম্বগীদমক ঈশ্বর লৈরি।

নোরতোনঃ অশোয়বা হায়বসে মীওইবগী খক থাদোক্লবা য়াদে। মিনা হকচাংগী তুং কোইন ইন্নবগুম্বনি!

থাজমানবীঃ হেক ঙল্লিবমখে শোয়দনবা মতম চঙনা শাগৎচরক্লবনি ।

নোরতোনঃ মদু ইপাসু খঙই।

থাজমানবীঃ পাবুংসু ঈশ্বর খুরুম্বীয়ু। মরালনা মপোৎ ফারবা মখোয় মরিগী পুন্সীদি শোয়দনমক লোইরগদবনি।

নোরতোনঃ শোয়দনা মায় পাক্লগনিকো ?

থাজমানবীঃ মফম মতম চপ চানা শীল্লে। মসিমক্তি পাবুংসু খঙবীরনু। ঐসু সি এম ওকপা য়াওরল্লগা কলেজগী ফঙ্কসন য়াওবা চৎলগনি।

নোরতোনঃ অদুবু মী হাৎপা হায়বসে তরাই তরাইবা নত্তে, মৈরাবা হাৎপা খঙনরক্লিবসিনি, খক লোৎপা য়াদবনিকো।

থাজমানবীঃ মদু লাল্লি হায়জদে। ঐগী প্লান অসি খঙনরক্তুনা ঐবু ফাবা পুনবা তৌরবসু ঐগী লাইবক ফবনি। করিসু খঙনদনা লৈখ্রবসু হেন্না লাইবক ফৈ। (মতাংসিদা রোবোট চঙলকই)

নোরতোনঃ ইবুংঙো রোবোট চঙলকউ চঙলকউ। (থোকখি)

থাজমানবীঃ অনৌবা করি ?

রোবোটঃ ঙসি সি এম হল্লককনি; পুং মাপল মখায়গী সিদ্যুলনি।

থাজমানবীঃ ঐসু পুং তরামখায়দা কলেজকী ফঙ্কসন অমা প্রেসাইডতৌগনি। এয়ারপোর্ট ফাওবা ওকপা য়াওরম্নগা কলেজ চৎচগনি।

রোবোটঃ সার, ডিপুতি সি এম ডাকু, ওকসন ঐখোয় মরিগী য়াম্না কনফিডেন্সিয়ল ওইবা মীটিং অমা নুংথিল পুং অমদা শীঞ্জবনি। মৈরাবা হাৎখিবগী মতাংদা মরী মখোঙ পূম্নমক খঙদোক্লরগা মরাল লৈবদু কনানো হায়বদুময়েক শেংনা খঙনরগনি।

থাজমানবীঃ ঐগী হায়ববু হেক ঙম্লিবমখৈ পঙ্থহন্দবা হায়বসি ঐখোয় সাহেবকীসু ঐগীসু অফবনি। ঐনা হায়রিবসিবু লাম্লব্রাও ?

রোবোটঃ মদুমক অচুম্বনি। করিগুম্বদা ব্রাফমসি লিক ওইহ্নখিবদি য়াদ্রেকো। অদুনা খরা হেন্না সেক্যুর ওইবা কা অমদা শীনবা চুম্মী।

থাজমানবীঃ মদু পূম্নমক সেকেন্ড ফ্লোরগী মমাঙ থংবা কাদুদা ফগনি। সি এমনসু খ্বাইদগী চেকশীল্লবা কানি হায়দুনা মরু ওইবা অবোনবা পূম্নমক তানফম ওইরিবনি।

রোবোটঃ মেদামদি ?

থাজমানবীঃ ঐনা মমাঙদসু নিংশীংজখিবদুনি থবক অসিদা ঐবু চেন্নহনবীগনু। সি এমনা খঙখ্রবদি ঐখোয়গী যৌরাং খক ফরোই।

রোবোটঃ মদুসু চুম্মী। অদুবু মরম খরদদি মেদামবুসু য়াওহঞ্জনীংবা লৈ। ঙসিদি অচুম্বা অমদি শোয়দনা খঙনরগনি।

থাজমানবীঃ তঙায় ফদ্রবদি কলেজদা টেলিফোন তৌবীরগা খঙহনবীরকউ। হেক য়ারিবমখৈ ঐনা থিগৎলকপনি হায়বসি ফোঙদোকপিদবা ফৈ।

রোবোটঃ সি এমনা কন্না চপখৎলকপা তারবদি ... ?

থাজমানবীঃ অদুদনি য়াদ য়ারকত্রবদি কলেজদা ফোন তৌবীরকউ হায়জরিবসি।

রোবোটঃ ব্রাফমসিদা লৈখায় অমা তাহন্নবা ডিপুটিসু কন্না ইন্টরেষ্ট লৌরিবনি। ডিপুটিনা হায়বদা সি এমনা য়াদবসু লৈরোইদা।

থাজমানবীঃ অফ-ফত্ত পূম্নমক ডিপুটিনা শীনবা ঙাক্তনি। অশীল অরাঙদা খ্বাইদগী হৈশিংবা অমনি। পূম্নমক মঙ্গল ওইনবা শীনবীরো। মতাংসি য়ৌরবদি চেকশীনবীদবদি য়াদ্রেকো !

রোবোটঃ মদু অচুম্বনি। ঐসু হঞ্জরগে এয়ারপোর্টতা উন্নরসি (থোকখি)

থাজমানবীঃ (মতোমতা) হে ঈশ্বর অচুম্বগী মঙাল খরদং পীবীয়ু। ঙসিগী থবক অসিমক মঙ্গল ওইহনবীয়ু। হৌজিক যৌরাং পূম্নমক লোইরে। অরোইবা

পোৎশক অসি থমগদবদা মঙায়রে। মসিদি কনাগুম্বা অমত্তা খঙহনবা, মসিগী মনিল ফংহনবা য়াবা নত্তে। ইথন্তনা পাঙথোকচগদবনি। (মতাংসিদা লৈমা থোরকই) ইমা ঙসিসু শনি মন্দিরদা চৎপীগদ্রা ?

লৈমাঃ নোংমা লেপ্পা য়াদে, চৎকনি, অদুগা কালিমাইদসু য়ৌগনি।

থাজমানবীঃ ঙসিদি মন্দিরদা পূজা লোইরবা মতুংদা ঐগী কলেজরোমদা লাকপীয়ু য়াম্না ৱাগদ্রা?

লৈমাঃ করিগী ৱারুনি। য়াই, ইমা ইচাগী কোলেজদা লাক্কে।

থাজমানবীঃ ইমা, মৈরাবা পাক লাকপা য়াররোই। (মতাংসিদা টেলিফোন লাকই, পায়) হলো ... মানি থাজনি ... হোয় ... ঐ শোয়দনা য়াওজগনি ... থমজরে (থম্মী) ইমা সি এম ওক্লবগী ৱানি।

লৈমাঃ মৈরাবনা তৌরকপ্রা ?

থাজমানবীঃ ডিপুটি সি এমদগীনি। ইমা ঐ ইমুংদা থবক খরা অমুক্তা লোইশিঞ্জগে। ঙসিদি অরুবা থবক খরসু লৈ (চঙখি)।

লৈমাঃ (মতোমতা) ঐগী ইচা মৈরাবনা মমা ঐবু অসুক তাথীনা ৱারৌরিবা করিগীনো। মতম কুইশিল্লকলে মমাগী নাক্তা লাকখিদবা (কপ্লকই) মৈরাবা নঙ ইমাবু খক নুংশিদ্রবরনে। ইমাগী য়াথং ইনগনি হায়বদাইনে নঙবু! মমানা মচা নুংশিবগা মচানা মমা নুংশিবগা মমানা নুংশিবতনা হেল্লিদকো।

ওকসনঃ (চঙলক্লগা) ইমা মেম সাহেব লৈবীদব্রা?

লৈমাঃ মেম সাহেব হায়ববু কনানো ?

ওকসনঃ ঐবু শক খঙবীদ্রবরনে ইমা ?

লৈমাঃ (জ্ঞান তানা) নত্তেনঙবু মৈরাবগী মরুপ নৎত্রাও ?

ওকসনঃ মানি ঐ ওকসননি।

লৈমাঃ নঙনা মৈরাববু শোয়দনা পুরক্কনি হায়রগা অসুক কুইনা লোত্তুনা লৈরিবদি করিগীনো ?

ওকসনঃ ঐ লোৎপা নত্তেইমা।

লৈমাঃ মৈরাববুনা নঙনা কদায়দা থৈদোক্তুনা থমখ্রবা ?

ওকসনঃ মৈরাবগী মরম খুদীংমক মেম সাহেব থাজমানবীদা হংবীয়ু। মহাক্না মরম লোইনা খঙবনি। নত্তে মেম সাহেবপু লৈতবরা ?

লৈমাঃ করিনো ইবুংঙো মরম মোকপা, ময়ুমদা লৈতনা কদায়দা লৈরুনি। মথৌ চৎনবগী থৌরাং তৌরিবনি।

ওকসনঃ অরুবা ব্রাফম অমগী অমুক্তং উন্নজনীংবনিদা।

লৈমাঃ ইবেম্মগা উন্নবা লাকপসে মশা-মশাগী কান্নবা থিবা ঙাক্তা লাকই। নহাক্কীসু নশাগী কান্নবগী ওইরিনিনে নৎত্রাও ? ফরে ফরে ঐ কৌথোকপিরক্কে।

ওকসনঃ ইমা।

লৈমাঃ (কৌই) নুপীমচা, থাজ, ইমাগী থাজ ?

থাজমানবীঃ (ইমুংদগী খুন্নকই) করি হায়বগে ইমা, থোকচরক্কে (থাজ থোরকই)

লৈমাঃ ইবুংঙোসিনা উন্নজগে হায়রীয়ে (ওকসন্দা) থোরকএ উন্নরোকো (চঙখি)

ওকসনঃ ঙসিসি সি এম লাকপা শোয়দ্রেকো ?

থাজমানবীঃ শোয়দ্রে, অয়ুক্তা টেলিফোন ফংনরে। হৌজিক ঐ এয়ারপোর্টতা ওকপা চৎলগনি। পুং মাপল মখায়দা লেন্দিং তৌগদবনি।

ওকসনঃ ঐনা লাকইবসি মরম অমা লৈরে।

থাজমানবীঃ করি মরমনো?

ওকসনঃ ঙসি নুংথিল পুং অমদা সি এম, ডিপুটি, রোবোট ঐখোয় মরি অরুবা মিটিং অমা লৈ খঙবীরব্রা ?

থাজমানবীঃ ঐ খঙজদে।' পাউসিবু কনাদগীনো ?

ওকসনঃ পুলিস অফিসার রোবোটকী পাউনি।

থাজমানবীঃ অদুদি চুল্লমগনি। অদুম নিংথীনা তানবীয়ু।

ওকসনঃ ঐগী অরেপ্পনি। ডিপুটি সি এমগী মচানুপী কেথবী আই এস অফিসার অমগা লুহোংবগী মতম লেপ্লখ্রে।

থাজমানবীঃ ঐদি তাবু তাজদ্রি।

ওকসনঃ ঐদি মখোয়গী ঈ পাউ কুপ্পা লৌরি। ঐ মখোয়দা করিমতা য়েৎলরোই; ঐসু ঐগী, মখোয়সু মখোয়গী।

থাজমানবীঃ মদুমক ফৈ। নুপামচা ওইবগী নুপা থোকপা থৌনানি।

ওকসনঃ পুন্সী হায়বসি শিবা ঙাইবনি। অদুবু শিবা তারবসু মওং তানা শিনীংই।

থাজমানবীঃ ব্রাফমসি নীংবা কায়বগী মওং মাল্লিদা।

ওকসনঃ মীওইবনা করম্বা মতমদা নীংবা থুংববু য়াওনখ্রবগে ?

থাজমানবীঃ মদুমক তশেংনা চুম্মী।

ওকসনঃ অচুম্বদি মতম চুপ্পদা লেঙদনা লৈরি। লিলনা মখুল চঙলমদাইদা চুম্মকই হায়বদুনি।

থাজমানবীঃ অচুম্বদু থিদোকপিয়ু।

ওকসনঃ মিটিংদদি শোয়দনা খঙনরগনিনা; অদোমসু খূদক্তা খঙবীরনিদা।

থাজমানবীঃ ঐদি কলেজগী তঙাইফদবা ফংসন অমা প্রেসাইড তৌজবা তারি। এয়ারপোর্ট ফাওবদং য়ৌরম্লগা কলেজরোমদা চৎচখ্রনি। পূম্নমক ফনবা শীনবীয়ু।

ওকসনঃ ফরে ফরে। ঐগী ৱাফমদুসু মতাং চাবদা অমুক্তং নিংশীংবীয়ু।

থাজমানবীঃ পূম্নমক শোয়দনবা শীঞ্জগে। তাঞ্জা ফংলবদি হোরেল উন্নরিঙৈদা অমুক্তং নিংশীংবীয়ু। পূম্নমক নহাক্কী মীশক ঙাক্তনি, অদোমবু লুনা তৌজবনিদা।

ওকসনঃ ফরে ঐসু হোরেল মিটিং মতম চানা য়াওনবা হোৎনজগে, হঞ্জরগে।

থাজমানবীঃ য়ৌবীরো, মঙ্গল ওইবীয়ু (ওকসন চৎখি মথন্তা) হে ঈশ্বর অচুম্ববু শক্তি পীনবীয়ু। থৌরাং অসি মঙ্গল ওইহনবীয়ু। (তপ্না তপ্না চঙখি)।



## অরোইবা মতাং

মফম ঃ সি এমগী রেসিডেন্স মতম ঃ নুংথিল পুং অমা তারমদাই।
সেকেণ্ড ফ্লোরগী মমাঙ থংবা কা

*(ইবুংঙো সি এম মাগী মওং তারবা চৌকীদা ফম্মী। কাগী লৈতেং মওং তানা শেম্মী । অকোয়বদা সোফা থাই। কোয়না ফম্মীন্নদুনা মিটিং তৌবা য়াবগী মওংনি। নাকন্দা রোবোট লৈ।)*

ইবুংঙোঃ রোবোট মখোয়শিংদু কৈদৌরে পুং অমা চপ চানা হায়বদাইনে। হৌজিক মিনিট তরামুক্তা ঙায়রে। ডিপুটি নখোয় অনীনা শীল্লিবসি য়াম্না লুবনি; মফম মতম শোয়নবা য়াদে হায়রগা মখোয়না কৈদৌরবা ?

রোবোটঃ শোয়দনা য়ৌরক্কানি। ডিপুটি সি এমনা য়াম্না লুনা তাকপীবদগী শীঙ্গবনি।

ইবুংঙোঃ অদুবু শোয়দ্রবরা হায়বা ?

রোবোটঃ টেলিফোন্দা অমুকসু রিমাইন্দ তৌজখ্রে। মতম চানা শোয়দনা য়ৌরক্কনি।

ইবুংঙোঃ ডিপুটিবুদি ঙসাই ঐবু ওক্লম্বদা চেকশীন্না হায়রমবনিনে। (তাঞ্জাসিদা ডাকু চঙলকই) হায়নরিঙৈদা লাকপু লাকএ।

ডাকুঃ (ইকাই খুম্নবা) ঐ খুরুমজরি।

ইবুংঙোঃ ফম্মু ফম্মু।

ডাকুঃ (ফম্মী) হল্লকপদা ঙায়বনিনা খরদি ৱাবীরমগনি। অদুবু ৱাফমসি কুইথবা চুমদ্রে হায়দুনা তঙাইফদনা অথুবা ওইনা ফম্মীন্নবা শীঙ্গবনি।

ইবুংঙোঃ তহা-তহাবদৌনা খিত্তং তপথবকা য়াখিদ্রবনিনে ?

ডাকুঃ য়াদবা মতাং অমা লাকপদগীনি।

ইবুংঙোঃ ফরে, ৱাফমবু করিনো ?

ডাকুঃ ইচানুপী কেথবী আই এ এস বীরেন্দ্রদা সারনা হায়বীদুনা থাজখ্রে; লুহোংবগী মতম লেপ্পখ্রে।

ইবুংঙোঃ মদুদা করি অকায়বা লৈরবগে ?
ডাকুঃ ওকসনবু মতম অমদা শিজিন্নখিবদু ... ।
ইবুংঙোঃ অদুদা হৌজিক কৈদৌরবা?
ডাকুঃ ঐখোয়না শেম্বীদুনা মহাকসু অচৌবা ঠিকাদার অমা ওইরে।
রোবোটঃ ব্রাফমসি ঐ হেক্তা শমজিঞ্জরগে।
ইবুংঙোঃ হায়য়ুনে।
রোবোটঃ সার ব্রাফমসি লুশিল্লকইবনি। হৌজিক মৈরাবা হাৎপগী ব্রাথোক অসি ইনৌ নৌনা অমুক চোংথোরক্লি। কেশ অসি মাঙহনবা য়ারোইদৌরি।
ইবুংঙোঃ ঐনা হোম পায়বনি। কনানা কমদৌনা থিগৎলকইবা।
ডাকুঃ রোবোট ব্রাফমসি ময়েক শেংনা ঙাঙনহৌরসি ওকসন য়ৌরকত্রিঙৈদা।
রোবোটঃ কেশ অসি মাঙহনবা য়াবা মতাং ওইদ্রে।
ইবুংঙোঃ মৈরাবগীদমক্তা চোংথোকপিনবা কনাসু লৈত্রে। মমা হায়রা জ্ঞান তাদনা ঐগীদা লৈরে।
রোবোটঃ মতাংসিদা ওকসননা ...
ইবুংঙোঃ ওকসননা কৈদৌরবা ? মাসু কোক লোইশিনখ্রবদি করি কায়বগে ?
ডাকুঃ মদুমকনি পামজরিবসি।
রোবোটঃ মদু অকায়বা লাকপদগীনি। ব্রাফমসি লুশিল্লকপদগী ঙসিগী মীফম অসি শীঞ্জবনি।
ইবুংঙোঃ লুশিল্লকপগী মরমদু করিনো হায়বা ?
ডাকুঃ ঐগী ইচানুপী কেথবীগা ওকসনগা মরী লৈনরম্মী, মদুনা মৈরাবা হাংপগী মরমদসু অমা ওই।
ইবুংঙোঃ পাখং লৈশাবীনহা ওইরিবশিংগী ব্রারীদুগা ঐখোয়গা করিসু মরী লৈনফম থোক্তেনা।
ডাকুঃ মতাং খরদা ...
ইবুংঙোঃ অদুদি করম্না, কনানা কমদৌনা হৌজিক অমুক ফোঙদোরকপা ?
রোবোটঃ নৌনা থিগৎলকপা লৈবদগীনি।
ইবুংঙোঃ লায়খ্রবা মেটরদুগী মাঠা অদুক হাক্লা শাবা হৌনদে। থৌনা ফবা শারকপা খুদীং লোইশিল্লগা লোইরে।
রোবোটঃ ওকসন মশা মাঙজখ্রবসু ব্রাফম অসি ফোঙদোরক্কনি অসিনি।
ইবুংঙোঃ মথৌনা য়াম্না ফরগনা মহাক লোইশিল্লেদনা। ফরে য়েরুবা থম্বা চুমদে। নখোয় ঐগী ইতীক খঙলীবা নৎত্রো ?

ডাকুঃ অদুবু ওকসন লাক্লগা মাগী চপচাবা অমতংদি খঙদোক্লসি সার।
ইবুংঙোঃ নখোয়না হায়রীবসিনদি মহাক লাক্কদবা মান্দ্রেদা।
রোবোটঃ শোয়দনা লাক্কনি। টেলিফোন্দা নিংশীংবদা শোয়রোই হায়রকখ্রবনি।
ডাকুঃ মহাক্লা খরা থেঙথরকপসিদুম ঐখোয়দা ফরবনি।
রোবোটঃ মদুমক তানবা ঐনা শীঞ্জবনি।
ইবুংঙোঃ ঐগা ওকসনগা ঙাঙনগে নখোয় তাও। ঙসিদি অরোইবা ওইনা পাঙথোকসি। ঐদি মৈরাবা হাৎপগী মতাংসি শুকখন খল্লুদ্রবনি।
ডাকুঃ ওকসন ঙসিদি শেঙ্গাও পায়বা অমা ওইরে। মাগী শক্তি খরসু লৈজরে।
ইবুংঙোঃ মহাক্কী শেঙ্গাও, মাগী শক্তিদুনা কৈদৌদৌরিবা, মাবু মুন্না খঙই। ঐখোয়গী লম্বীদা কনামত্তনা খুরৌ থাংহনবা য়াদে।
ওকসনঃ (য়াম্না লেম্না চঙলকই) পূন্নমকপু খুরুমজরি (খুরুম্মী) ঐবু ঙাইনবীরম্মনি। ঐগীদি ঐঙোন্দা তাকপীরকপা মতমদু চপচানা লাকচবনি।
ডাকুঃ ঙাইনদেদা ঐখোয়সু য়ৌরকপদা মঙায়রি।
ইবুংঙোঃ (শাউরপ্না) ওকসন ঐ পাউ লোইনা তারে। মখা শাংথবা কান্নদে; হৌজিক নহাক্কী অপাম্বা করিনো ?
ওকসনঃ (ঙক্লা) ৱাফমসিবু ... ?
রোবোটঃ মৈরাবা মীহাৎকী মতাং ...
ডাকুঃ মানি কেশতুগী মতাংদনি।
ইবুংঙোঃ শেংনা শেংনা ফোঙদোক্লসি। ঐদি ঐগী লম্বীদা খুরৌ থাংবা য়াদে। অদুনা মতম মতমদুদা তৌফম থোকপা পূন্নমক তৌখ্রবনি।
ওকসনঃ ও, ৱাফমদুগী ... ? মদুদি ঐসু ভাব তাজে।
ইবুংঙোঃ মৈরাবা হাৎপসি ওকসন্ননি মসিদা করিসু লান্দ্রে। মখা তানীংঙাইসু লৈত্রে।
ওকসনঃ অদুবু কেশ অসি ঙসিদি নৌহৌননা চোংথোরকএ।
রোবোটঃ সরকারগী কেশ চহী কয়া চঙবা য়াই, অদুবু মাঙহনবা য়ারক্তবগী মতাংসু লাকই। তশেংনমক মীহাৎসিদা ওকসন চেন্নে।
ওকসনঃ মীহাৎসিদা ঐনা দযা তাবা তারবদি চেন্নরিবা অতৈসু অমত্তা লেম্না থারোই। ঐনা তৌবা ঙম্বা শক্তিসু লৈ।
ইবুংঙোঃ (নোক্লগা) করম্বা শক্তি, হা ওকসন করি শক্তিনো হায়বা ?
ওকসনঃ মৈরাবা হাৎপদা শীজিন্নখিবা পিস্টোল সার রোবোটকী সার্ভিস গননি

মরম পুন্নমক পাবুং ডাকুনা শীনবনি। মীহাত্তুগী মাষ্টর ব্রেন পাবুংনি।

ইবুংঙোঃ নঙোন্দা তশেংনমক হকথেংননা নেকপদি কনাননো ?

ওকসনঃ মতমদুদা ঐবু ইথৌগী য়ুমদা কৌবীরগা পাবুং ডাকু অমদি ইথৌ ইবুংঙোনা পুন্না লুপা লীশীং য়াম্খে শিন্নবীখিবদুনি।

রোবোটঃ নোংমৈ ঐনা খুৎশীন্নৈ। লুপা লীশীং য়াম্খে ইথৌ অমদি ডিপুটি অনীনা পী।

ওকসনঃ মানি।

রোবোটঃ হৌজিক ময়েক শেংলে।

ইবুংঙোঃ ৱাফমসি ঐখোয় মরিদা লৈরে। অদুবু হৌজিক ঐনা হোম পায়রী সি এম ওইরি। কেশসিদা চেন্নবা ফাইল খুদীংমক থিদোক্লগা মৈ থাদোকখিবা তাই। য়াদ য়দ্রবদি ফাইলশিং লৈবা অফিস কাশিং মৈ থাগদবনি।

ওকসনঃ হৌজিক্তি ঐঙোন্দদা থঙজীনবা য়াররোই।

রোবোটঃ মীহাৎসিগী ৱারী পুন্নমক ওকসন্না লোন্না টেপ রেকোর্ডিং তৌদুনা থনমলে।

ইবুংঙোঃ ৱাফমসি অচুম্বরা ওকসন ?

ওকসনঃ তশেংবনি। ঐখোয়না ঙাঙন-শকনখিবা খুদীংমক ঐগীদা রেকোর্ড তৌদুনা লৈ।

ডাকুঃ (হুন্থুরগা) ওকসন নঙসি ঐদি য়াম্না চন্না থল্লুই।

ওকসনঃ মী অমা হাৎপা হায়বসি অরায়বা নত্তে। মদুগী মরম খঙনা চঙশীঞ্জবনি।

ইবুংঙোঃ (নুংশা খ্বর হোন্দোক্লগা) টেপ রেকোর্ডিং অদু ঐসু অমুক্তদি তানীংইদা।

ওকসনঃ হৌজিক য়াওজরি। মৈরাবা মীহাৎকা মরী লৈনবশিং হৌবদগী লোইবা ফাওবগীনি।

ইবুংঙোঃ ফৈ তাথোকসি অদুদি। ওকসন নঙ লৌশিং লৈনহে।

ডাকুঃ ফরবসু ফত্তরবসু লালহৌলুপ অমগী লীডর ওইরম্মিবনিদনা।

ওকসনঃ (টেপ রেকোর্ডর পুথোক্তুনা থাবা হৌই; ময়াম চেকশীন্না তুমীন তুমীন তানবা হোৎনৈ। খঙহৌদনা কাদুদা অহৌবা বম মথং মথং থোকখায়রকই, চেত্থোকপা নঙহৌদনা মরিমক কাদুদা বমনা [illegible] গোংচৈ পুন্নমক পুমচাই চাই )


MANIPUR UNIVERSITY LIB
ACC NO
16245/Man
* II 'PH'

